# ꯅꯨꯡꯁꯤꯕ ꯂꯩꯅꯝ

# নুংশিবা লৈনম



খোমজিঙবা
ইহিলেন খা-ঙানবা



শগোলশেম ইন্দ্রমনি (১৯০৭-১৯৮৭)

*খুন্নাই অসিগী চাওখৎ খোঙথাংদা শোথাহোরবা*
*হিরম খুদিংমক্তা লৈবিরীবা শিন্নাইবশিংনা ইরৈবাক্কীদমক য়াইফবা*
*পুরক্লবগী রাখল্লোন্দা কংচরি - পাবুং শাগোলশেম ইন্দ্রমনিগী*
*মরমদা খোমজিঞ্জবা লাইরিক*

**"নুংশিবা লৈনম" !**

**NUNGSHIBA LEINAM**

*A book on the life of* **Sagolsem Oja Indramani** *from different perspectives.*



Edited by :

*Thiyen Kha-nganba*

***(Okendro Khundongbam)***







| | | |
|---|---|---|
| অহানবা থোরঙবা | - | আগষ্ট ২০০৫ |
| কোপি মশিং | - | ১০০০ |
| কোপী রাইট | - | অফোঙবা |
| মখুম য়েকপা | - | হুইরেম সোমো |
| মমল | - | লুপা ১২০/- |

নম্ফম ঃ আর: এন: বি: ওফসেট প্রিন্টরস, নাগমপাল রিমস রোড কোর্নর, ইম্ফাল।।

# ꯁꯦꯟꯇꯦꯅꯦꯂꯒꯤ ꯃꯇꯥꯡꯗ
# নেসনেলিষ্ট ইন্দ্রমনি

মণিপুরগী য়াম্নামক মরুওইগ্নবা লাইরিক অমনি হায়না লৌজরিবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী মরমদা তোঙান-তোঙানবা অইবা-অইবীশিংনা মরিক চুম্না ইবীরিবা "নুংশিবা লৈনম" কৌবা লাইরিক অমা ইহিলেন খা-ঙানবা (ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম) না খোমজিন্দুনা পুথোকপা লাইরিক অসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। লাইরিক অসি প্রুব লৌবগী তাঞ্জাদা পাবা ফংজহৌই।

শগোলশেম ইন্দ্রমনিতমক হায়রবদি করিগুম্বা অমা ইৱাং-ৱাংপগুম পুক্নীং অসিদা ফাওই। মীংগী মমাঙদা ওজা হায়বা ৱাহৈ অসি হাপ্লগদি মপূং ফাবগুম নীংঙি। ওজা হায়বা ৱাহৈ অসি তাকপী তম্বীবা ঙম্বা, লমজিংবিবা ঙম্বা অদুগুম্বা মীশক অদুবু ঐখোয়না ওজা হায়রগা খঙনৈ। ওজা ইন্দ্রমনিদি হীরম অমখক্তগী ওজা ওইবা নত্তে হীরম কয়াগী ওজানি। মরম অদুনা ওজা হায়বা ৱাহৈ অসি ওজাগী মীংগী মমাঙ থানা য়াওদবা য়াদ্রবা অমনি।

লাইরিক অসিদা ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সি ৱারী (বাইওগ্রাফি) মপূং ফারবা অমদি য়াওরে। মসি এলাংবম য়াইমনা ইংরেজগী লোন্দা খ্বাই খুদিংমক্লা খঙনবা ইবীরকপনি। ৱারেং অসিদা ওজাগী পুন্সিদা পাঙথোক্লম্বা, তৌরম্বা খুদিংমক অমত্তা চিখ্নবা লৈতনা মরীক চুম্না ইরি। তশেং তশেংবা ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সি ৱারীনি।

মসিগী মথক্তা কৈথেল্লাকপম সনাহোঙবা মঙাঙনা শীংথাবরোঙ হায়দুনা তোঙান তোঙানবা মীওইনা মখোয় মখোয়না ওজাবু হকথেংননা উহৌবা খঙহৌবা অদু শীংথাদুনা ইবা অদু অমুক হন্না ইথোক্লুনা হাপ্লে। সনাহোঙবগী ফোঙদোক্লিবা মফোঙদোক অনৌবা

মওংনি। মসিগীদমক থাগৎচরি। মদুগা লোয়ননা মাগী মশাগী ওইবা কয়া অমা ঈমারোল কংলৈলোন অশেংবদা ইদুনসু ওজানা চেল্লম্বা মতীক ময়াই কয়াবু শীংথারি। অরোইবদা সনাহোঙবনা হায়রি ''সলাইরেন লৈবাক্কী হিয়াই - তস্ফা ! লুচিংবা নহাক ঙাল্লখো।'' অসূম হায়না মাগী ব্রারেং লোয়শিল্লি। কয়াদা চঙখোন্না ইরকখ্রবনো ?

মহারাজ কুমারী বিনোদিনীনা ওজাগা হকথেংননা উনবা থৌদোক খরদা থোকখিবশিং অদু শন্দোক্লা তাক্কুনা ফোঙদোরকপনা ওজানা হীরম খুদিংদা ওজা অমা ওইবগী মগুণ চপ চানা চেল্লী হায়বদু তাক্লী। মহারাজ কুমারী অসিনা অমুক্কসু হায়রী মদুদি - ''ওজানা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অসিনা ওজাবু তত্তনা নীংশিংহল্লি।'' অসুম হায়না।

হাওবম সনাজাওবসু অসূম্না হায়রী - ''মণিপুরগী নেসনেলিজম য়াকায়হনবীরম্বা শগোলশেম ইন্দ্রমনি।'' হীরম খুদিংদা মখোঙনা মরোদোম লেপচনবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা শক্লম্বা মণিপুর নেসনেলিজমগী য়াকায়রোল ঈশৈনা ঙসিদি খোঙ্গাং য়ৈরক্লে, হেন্না নিল্লক্লে।'' ব্রাহৈশিং অসিগী ব্রাহহোক্লা ওজানা চেল্লম্বা মগুণ অদো তাক্লী।

তেম্থাগী মোইরাংথেমগী ওজা রাজেন্দ্রনা মমা লৈবাক পোক্লফম লমদমবু নীংজবা, নুংশিজবা শৈরেং মতেক অমনা শৈহৌরগা ওজা ইন্দ্রমনি মশামক্লা হায়রম্বা ব্রাহৈ খরা পল্লদুনা হায়রী - ''ঐনা য়েংশিনবীগদবা ঐগী অঙাং লীশীং লীশীং লৈ, মখোয়শিংদু চেকশিন্না য়েংশিনবিগদবনি, ঐগীনি হায়বা তোপ-তোপ্পা অঙাং লৈতে। মণিপুরগী নহারোল ঐগী অঙাংশিং ঙাক্তনি, ঐনা মখোয়বু ফগৎহনবা তাই।'' ওজা ইন্দ্রমনিদা সরকারগী ফম পীবদা ওজানা লৌ হায়বা য়াখিদবগী ব্রাসু পল্লি। শক্লাইরবা মনি, মশানা ফিরেপ লৌজবা ঙম্বা মনি, মহাক্তি কংলৈপাক অসিগী তাঙলবা, মমল নাইদ্রবা মনিনি হায়রী।

ডা: এন সনাজাওবা প্রো: ওফ লো গুহাব্রাটি য়ুনিভর্সিটিনা ইবা ব্রারেং ''রিভোল্যুসনরি নেসনেলিষ্ট শগোলশেম ইন্দ্রমনি'' হায়বা অসিদা ওজা ইন্দ্রমনিনা হায়রম্বা থল্লম্বা ব্রাহৈশিংদু অমুক হন্না থল্লী।

ওজাগী ৱাখল্লোন অমদি ওজাগী মরমদা ইবা, ঙাঙবা শকপা মীগী মপাউ তারগা অমদি ওজা ইন্দ্রমনিনা পাঙথোক্লম্বা থবক ময়াম অসি উরুবগা খনখি ওজা ইন্দ্রমনি হৌজিকসু হিংলি, মীয়াম্লক্তা মতম কুইনা হিংখিগনি মতুংদসু! হায়না সনাজাওবনা মাগী ৱারোইশন্নি ৱারেংগী।

লাইরিক অসিদা লাইশ্রমগী কবি সমরেন্দ্রনা ইবা ''শক লোৎস্রবা থৌৱাই'' হায়না মীংথোনবা ৱারেং অমা য়াওরী। মসিদা অইবা অসিনা মশানা ইয়োর হায় স্কুলদা তম্নকপগী ৱারী লীরী। মতম অদুদা স্কুল অদুদা ওজা ইন্দ্রমনি ওজা ওইরী। ওজা ইন্দ্রমনিগী খুৎতম্বী স্কুলগী লাইরিক্তা নত্তনা হীরম কয়াদসু তম্বীবা অসিনা অঙাংশিংবু স্কুল কানীংবগী ইথিল অমা মপুন্নীংদা পোকহল্লী। সমরেন্দ্রনা মীরমদগী বি,এ, পাস তৌদুনা হেক লাকপগা ওজানা মাবু শিন্দম শিনশঙ হায়না কৌবা ওজানা লিংখৎপা স্কুল অদুগী ওজা ওইহনখি। স্কুল অদুগী মওংনা মতৌনা ওজা ইন্দ্রমনিনা পাল্লিবা অনীংবা খরগী মখৈদি খঙবা ঙমখি হায়না সমরেন্দ্রনা হায়রি।

ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সি ৱারী খঙগে হায়রবদি লাইরিক অসি পাবা মথৌ তাই। তোঙান তোঙানবা মীওইনা মানা মানা থেংনরকপা উরকপা অদু চিথদনা ইনরকপনিনা মপূং ফারবা, মরীক চূন্নবা পুন্সি ৱারী অমা ওইরে।

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা হায়রম্মী - নঙনা কৌবদা কনা থোক্লক্রুবদি নদোম চৎলু তাল্লিবা পম্বুং অদু য়ৌনবা। কবিনা হায়রম্বগুম ওজাসু তৌখি। শম্না হায়রবদা হীরম খুদিংমক্তা ওজা ইন্দ্রমনিদি ওজানি। মমা লৈবাকপু, পোক্লফম লমদমবু য়ৌনা নুংশিজবা নীংজবা অমনি। ইরৈবাকপু নীংতম্না পালহনবৈদমক মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্নুনা হোৎনরম্বা কংলৈ পোকপী পলেমগী অশেংবা মপারী অমনি হায়জরী। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা চেন চোংবিরিবা নহা ওইরিবা অইবা ওকেন্দ্রোগী থৌনাবু হন্ন-হন্না থাগৎতবা ঙমদে।

— *খাইদেম প্রমোদিনী খা-ঙানবা*

# ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# ওজা ইন্দ্রমনি

ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সি অমসুং মহাক্লা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অদুগী মরমদা নীংশিংনবা ওইনা ইহিলেন খা-ঙানবনা ইডিট তৌবা লাইরিক অসিদা ওজাবু নুংশিবা মী অমা ওইনা ঐহাকসু খরদং ইজরী। ঐনা ইজরীবা অসিদি ইশানা থেংনজখিবনা অয়াম্বনি।

ওজানা পোকখিবা অসি ইং ১৯০৭ মে তাং ২ দনি। ঐহাক্লা ইং ১৯২১ মার্চ তাং ১৫ দনি। অদুনা ওজানা ঐঙোন্দগী চহী ১৪ হল্লি। ওজাবু ঐনা অহানবা উখিবা অসি ঐনা ক্লাস ফাইভ নৎত্রগা সিক্স তল্লিঙৈদা ঐগী য়ুমদা ট্যুসন তম্বীখিবা অদুনা ওইগনী খল্লি। ইং শোক চপ চাবদি নীংশিংবা ঙমজদ্রে। মতুংদা ওজাগী চৈরাও চীংখোঙদগী মখারোমদা ফার্লং অমরোম চৎলগা লৈবা য়ুমদা অহিং লেক্তুনা তমখি। ঐঙোন্দগী চহি হেনবা ছাত্র খরসু অহিং লেক্তুনা তম্বা য়াওখি। ওজানা পৈশা অমত্তা লৌদনা তম্বীখিবনি।

মতম অদুদা ঐনা য়াম্না তোয়না উখিবা অসি ওজাগী য়ুমদা হকচাং শাজেল (এক্সরসাইজ) তম্বা মী কয়ানা লাকখিবা অদুনী। হকচাং শাজেল তৌরগা হকচাং ফহন্দুনা অনাবা কয়া কোকপা ঙম্মী হায়দুনা তত্তনা মী কয়া লাকই। ওজানা নীংথিনা তম্বী। ওজানা খঙবা নহা ওইরিবা কয়াবু শাজেল অসি তম্বীদুনা তৌহল্লি। হকচাং শাজেল তৌবগী কান্নবা কয়া লৈ হায়না তাকপীদুনা তৌনীংবা পোকহল্লি। ঐহাক ইশামকসু ওজানা শাজেল তম্বী। বাই মচা অমদা শাজেলগী স্বর হোনবগী মওং ফজনা ওজানা তাকপীবশিং অদু ঐনা ইশিন্দুনা থম্মী। বাই মচা অদু ঐনা নুংশিদুনা ঐগী উপুদা য়াম্না কুইনা থমলম্মী। মদু মাঙখিবা চহী ফাদ্রি।

শাজেল তন্বীবগী মথক্তা ওজাগী যুমদা গদগা হাইনবা, মুক্লা শান্নবনচিংবা অসি তৌবা ঐনা উবা ফংখি। ওজাগী থংনবা মনাও শ্রীইবোমচাসু শান্নবা অসি য়াওখি। মহাকসু শান্নবশিং অসিদা হৈ-শিংবা অমনি। মতম অদুগী মণিপুরগী মমিং লৈবা শাফবা কয়াসু ওজাগী সেবকনি। খুদম ওইনা শ্রীমৈসনাম অচৌ, শ্রীরাজবাপু শর্ম্মা অসিনচিংবা।

ওজাগী ব্রা ঙাংবদা তাবা নুংঙাইবা অমসুং থাজহনবা ঙম্বগী শক্তি অমসু লৈ। শম্না হায়রবদা অৱাংবা থাক্কী মগুণ (পর্সোনেলিটি) লৈ। মণিপুরদা হকচাং ফহন্নিংবগী ঈহৌ অমা নহারোলশিংগী মথক্তা লৈহনখিবা অসি ওজানা ইহান হানবনি। হিরম অসিদা ওজানা লময়ানবা ওইখি।

**মহৌশাগী লাইয়েং (নেচর কিওর) ঃ**

ওজাগী মরু ওইবা থবক অসি মহৌশাগী লাইয়েংনা অনাবা ফহনবা অসিনি। অনাবা মখল কয়া লাইয়েং অসিনা ফবা ঙমহল্লি, থাজনখিদুনা ওজাবু কৌবা মী কয়া লাকখি। মখোয়গী মরক্তা অচৌ অশাংশিংসু য়াওখি। ঐনা ঙকখিবদি ওজানা পৈশা অমত্তা লৌবা তৌদনা সাইকল তোংদুনা য়াম্না তোয়না চংখি। মণিপুরদা মহৌশা লাইয়েংগী লময়ানবা অসিসু ওজানি।

হকচাং ফনা লৈনবগী হিরমদা ইবা চেফোং (জর্নেল) 'মাইবা' কৌবা অমসু ওজানা ফোঙখি। চেফোঙ অসিদা ওজানা হিরম কয়াদা ইদুনা পারিবশিংবু খঙহনখি। ওজাগী ব্রা ঙাংবা হৈবগুম্না ইবসু য়াম্না হৈ। পাবা নুংঙাইহল্লি।

ওজানা গুৱাহাটি কটন কলেজদগী থোরক্কুনা মণিপুরদা লৈবা কয়া কুইদ্রিঙৈগী মতমদা মণিপুরদা ছাত্র সভা (ষ্টুদেন্টস কনফরেন্স) ফম্নগা ওজানচিংবা অখন্নবা মীশিংনা ব্রা ঙাংহনবগী পাউতাক পীহনবগী থৌরম অমা ইম্ফালদা চথরম্মী। হায়রিবা কনফরেন্স অসিদা ব্রা ঙাংখিবা ওজাশিংগী মরক্তা ওজা ইন্দ্রমনি অসি ময়াম্না য়াম্না পাম্নবা অমা ওইখি। ওজাবু ইম্ফালগী মফম কয়াদা, কৈশাম্পাৎ, উরিপোক, থাংমৈবন্দ অসিনচিংবদা ব্রা ঙাংবীখি, পাউতাক কয়া পীখি।

মীথোই-মীহেনবা অচৌবা মীশিংগী পুন্সিগী মরমদা ৱারী শাবা, অচৌবা অফাওবা মীশিংগী মরমদা ৱারী শাদুনা নহা ওইরিবশিংবু পুক্নিং থৌগৎপা, মখোয়গী পুক্নিংদা মশাবু চাওখৎহন্নিংবগী ৱাখল পোকহনবা অসি ওজানা তোয়না শিজিন্নবা মী শেমগৎনবগী পাম্বৈ অমনি। ঐহাক্তি অঙাং অমা ওইনা ওজাগা খরা তোয়না চৎমিন্নবা অমসুং ফম্মীন্নদুনা ৱারী শাবা ফংজখিবা অমা ওইখি। ওজানা অফাওবা মী কয়াগী মরমদা ৱারী শাবীখি।

মশাবু থাজবা (সেল্ফ কনফিদেন্স) লৈহন্দুনা থৌনা অমসুং পাঙ্গল হেনগৎহন্দুনা মীবু শেমগৎপা অসি অচৌবা মীথোই মীহেনবা মীশিংনা শিজিন্নবা অফবা পাম্বৈ অমনি। ওজা ইন্দ্রমনিসু মসি শিজিন্নখি। অৱাবা, হন্থবা ৱাখল খনবগী মহুত্তা নুংঙাইবগী হকচাংগী ৱাখল খনবা অসিনা অফবনি হায়বসি অচৌবা মীশিংগী পাউতাকনি। মসিগী খুদম অমদি, নোংমা নুমিৎ অমদা থাংমৈবন্দগী মী খরনা থাংমৈবন্দা অচৌবা মী ইরৈ লৈতে, ফম চাওবা, ইনাক খুনবা মীসু য়ামদে হায়বদি চাওখৎপা ৱাংলি হায়না হায়খি। মদু তাবদা ওজানা হায়খি - থাংমৈবন্দগী মীশিংদা মীঙোম্দা তাংজবা, নপশিনবা হৈনদে। মখোয়দি মশা মতোমতা হোৎনজদুনা, মীপাল তাংদনা হিংবা পাম্মী। খুদুম ওইনা মতম অদুদা থাংমৈবন্দগী দুকান মচা - পোৎশারী হায়না খঙনবা অসি ফম্না মশিং য়াম্না লৈ। অসুম্না, মশাবু নোংমা নোংমগী ফগৎহলক্লে হায়না থাজবা অসি ফগৎহন্নবগী মরু ওইবা পাম্বৈ অমনি। মসিবু ওজানা তোয়না শিজিন্নখি।

রাজনিতী - ওজাগী রাজনিতীগী মরমদদি ঐগী খঙবা য়াম্না ৱাংলি। মরমদি ঐনা ঐগী পুন্সিগী অহৌবা মতমদা অমসুং পুন্সিগী লোইরমদাইগী মতমদা রাজনিতী খরা পাম্লবসু ঐগী রাজনিতীগী পুন্সি য়াম্না তেনখি। মরম অদুনা দলগী ওইবা রাজনিতী (পার্টি পোলিটিক্স) তা মতম শাংনা লৈখিদে। মরম অদুনা রাজনিতীগী মতাংদদি ঐনা ইবা পামজদে।

ওজা ইন্দ্রমনিগুম্না মণিপুর ঈমাবু য়াম্না নুংশিজবা অমসুং অৱা অনা তারবা মীশিংবু নুংশিবীবা তেঙবাংবীবা অচৌবা মী অমগা মতম

খরদং ওইরবসু তিন্নজহৌবা অমসুং নিজহৌবা অসি ঐগী লাইবক ফবনি হায়জনিংই।

গীতাগী পাউতাক অমত্তং নীংশিংলগা ঐগী অতেনবা ব্বারেং অসি লোয়শিঞ্জগে। মসিদা তাকপীরিবা অদুগী অশম্বা ব্বারোন্দি অসিনি ঃ

মী অমনা পুম্সিদা তৌখিবা মীওইবগী ফননবা তৌখিবা থবক অদু পুন্সি অদুদা মপুং ফাদ্রবসু মদুগী মহে লেম্না মাঙদে। মথংগী মপোক্তা পুদুনা চৎলি। মহাক্না হৌখিবা মপোক্তা য়ৌবা ঙমখিবা অদুদগী হৌরগা মখা চথে। অদুগা হান্নগী মপোক অদুদগী হেন্না ব্বাংবা (ফবা) মপোক ফংই। অসুম্না মথং-মথং হেন্না ফবা মপোক ফংদুনা মমৈদা খ্বাইদগী হেন্না ব্বাংবা খুভম অদু ফংজে।

মরম অসিদগী ঐনা থাজজে মদুদি ওজানা হেন্না ফবা মপোক অমা শোয়দনা ফংলমগনি। হিরম কয়াদা লমজিংবীরম্বা ওজা ইন্দ্রমনিগী মরমদা লাইরিক অমা ফোঙদুনা মীয়াম্না নৈনবা হায়বসি থেংবু থেংমল্লবনি। ঙসিদি লাইরিক অসি ফোঙলবনিনা মীয়াম্না নৈনদুনা ওজাগী মরমদা খঙননবগী তাঞ্জা অদু ফংলগনি।

— *গুরুময়ুম চন্দ্রকুমার শর্ম্মা*

# ꯐꯣꯡꯖꯔꯤꯕꯒꯤ ꯃꯥꯌꯀꯩꯗꯒꯤ ꯕ꯭ꯔꯥꯐꯝ ꯈꯔꯥ

# ফোঙজরিবগী মায়কৈদগী ব্রাফম খরা

কংলৈ লমদম অসিদা ঙসি ঙসিমক থোক্লিবা কাংলুপকী মুক্লবা, ঈ মশেলগী মরক্তা ঈহিং নাইহিং তানরিবা, অমনা ঙাংবা অমনা তানদ্রিবা 'ঐ-ঐনা' তৌবা থবক্লা মচুমলে মফরে খন্নরবা, লৈবাকসিগী মফম শিন্না কাচিন কোয়া পুন্নমক্তা ঈং -চিক্লা নীংতম্না হিংবগী হক লৈরক্তবসিমক লমদম অসিগী লমজিংবীনবা, লমতাকপীনবা, লুচিং-পুরেল লৈতবগী ময়েক লারবা খুদমনি। ফনা কুইরে ঐখোয়গী লমদমসিদা অশেংবা লুচিংবা লৈরক্ত্রিবা, হৌজিকসু লৈত্রি, লৈনবসু হোৎনরুদে। মরম অদুনা ঙসিদি অরেং অরেং পুখ্রবা, তৌজরিবা লাংজরিবা পুন্নমক উচি ব্লারেপকা চপ মান্নরে। মরম অদুনা লমদম অসিদা মতিক চাবা, মমা লৈবাক্কীদমক থৱাই থাবা কিদবা লুচিংবা অমা মথৌ তারে। চিরবা তাঞ্জা অসিদা লুচিংবা অমা ওইবদা চংদবা য়াদবা মগুণশিং অদু নৌহননা নৈনবা, খঙমীন্নবা মথৌ তাবা মরম্না মণিপুরগী মরু চঙবা মপারী - শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী খুজি খুনাম থিবা হায়বসি নীংতম্বা পাম্বা খুন্নাই অসিগীদি তৌদবা য়াদবা থৌদাং অমনি। মরম অসিমক্লা মরম ওইরগা ঙসি কংলৈ মীয়ামগী থম্মোইদা ফুমদুনা থম্লকপা থৌদোকশিং, হকথেংননা উহৌবা, পাউথাং ওইনা তাহৌবা ব্রাফম কয়াবু ঐ ইশামক্লা খোমজিঞ্জদুনা মীয়ামগী মায় মীৎ খরদং ওইরবসু শিংহঞ্জগে হায়বগী ব্রাখললোন্দা ''নুংশিবা লৈনম'' ফোঙদোকচবনি। ইতিক ইপাদি নত্তনা চাওরবা পোৎলুমসি ইকোক থক্তা থোংগৎচরুবা ঐহাকসে লাল্লদ্রনে? ঐগী নাক য়েত্তা তেঙবাংবীনবা অহল লমন কয়া লেপ্পীবনা থবক অসি পাংজবনি।

তোঙান তোঙানবা অইবা-বী কয়াদগী খোমগৎচবা ব্রারেং, শৈরেং কয়াসিদা হান্না লৈরম্বা ওরিজিনেলিটিগী লাইরিক অমা ওইনা

পুথোক্লবা হোৎনবদা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবনা খরা খজিক শেমদোক শেমজিন তৌবদা থোইদোক্লা ৱারৌবীরোই খঞ্জে। য়াম্না মরু ওইখ্রবা ওজাগা লোয়নবীরম্বা খুদিংমক্তগী ৱারেংনচিংবা খোমদুনা য়াম্না মপুং ফাবা ওইহনবগী খুদোংচাবদুমসু লৈখিদবগীদমক্তা খ্বাই পুন্নমক্লা ঙাকপীগনি। ইশেং শেংনা হায়জরবদা ওজাগী মতিক ময়াইনা কনমনখিদুনা লাইরিক অসি ফোঙদোক্লীংবগী ইথিল অমা পীরকখিবনি। লাইরিক অসি ফোঙজনবা খুদোংচাবা পীবিয়ু হায়জরুবা মতমদা ইকায় খুম্নজরবী ইমা শগোলশেম তরুনীনা (মচানুপী অহল) অয়াবা পীবীবতা নত্তনা তঙায় ফদবা ৱাফম, মচাক লৈরবসু অঙম্বা মতেং পাংগে তাকপীরকপনা লাইরিক অসি ফোঙনবগী থৌদাং ঐহাক্লা লৌজবনি। ওজাগী নুংশিজরবা ঈচা খুদিংম্‌কনা (মিং পঞ্জরবদা তরুনি, ইন্দ্রকুমার, বিনোদিনি, স্নেহপ্রভা, রাজেন্দ্র, নেনা, নোনি অমদি মরী মতাশিং) থবক্কী, ৱাখলগী হুমাংমলগী, শেনগী অঙম অঙম্বা তেঙবাংবিদুনা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজবনি। থোইদোক হেন্দোক্লা লাইরিক অসিগী অশোই-অরান, বনানগী চিংখহৌবা কয়াবু মতেং পাঙবীখিবা পাবুং ইন্দ্রকুমারগী চাওরবা লমন তোনশিঞ্জরে।

তেনখ্রবা মতম খরসিগী মনুংদা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহে খরা ফোঙদোকপীনবা হায়জরুবদা হৱাও হৱাওনা য়াবীরকখিবী ঈমা খাইদেম প্রমোদিনী খা-ঙানবা অমদি পাবুং গুরুময়ুম চন্দ্রকুমার শর্ম্মা অনিবুসু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরী। লাইরিক অসিবু তেনখ্রবা মতমসিদা থৱায় য়াওনা নম্বগী থৌদাং লৌবিরিবা আর:এন:বি: ওবসেট প্রিন্টরগী ষ্টাফশিং, মখুম য়েকপীরিবা হুইরেমগী ওজা সোমো পুন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা পুক্সিগী শীঙবা ঙস্লরোইদবা লমন কয়া তোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসিনা মীয়ামগী নীংজরিবা-পাম্বীরিবী খুদিংমক ফংবিরগদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জগে অদুগা পেন্দবা, অশোই-অরান থেংনবিরবদি পুন্নমক ঐগী অশোনবনি খনবীদুনা ঙাকপীয়ুকো। খ্বাই পুন্নমক্তা হায়জনিংবদি ওজা ইন্দ্রমনি হায়না মীয়াম্না শক্ল-শোন্নরিবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী পুক্সি খোঙচৎতি তাইবঙদা অতাংবনি। খুন্নাই অসিগী চাউখৎ খোঙথাংদা মাঙজিল থানবা হোৎনবদা

হিরম খুদিংমক্তা শান্ন-খোৎনবদা, হকচাং লায়েং, লৈঙাক্লোন, শেম্মীৎলোন, মহৈ মশিংগী, মশা ফবশিং, শক ফজবশিংবু মীয়াম মমাংদা পুথোক্তুনা পুক্লিং থৌগৎপা খুন্নাই অমগী মরু চংবা মীওই পুথোক্লবা হোৎনবতা নত্তনা কনা লৈজদ্রবা অঙাংশিং, পিদোল্লবা অহল লমনশিংবু নাওয়োক নাওকোননবা হোৎনবদা শিবা নাবা কিদনা চংশিনখিবা খোঙজং পুন্নমক শোন্নরী ঙাংনরী। তাইবঙ শিছা পাঙজবতা নত্তনা হিরম পুন্নমক্তা ইচংদা চঙবা ইয়াওদা য়াওবা ইচেন্দা চেন্নবা লৈগী শক্তমদুমক্কী। ওজাগী নুংশি মীংলেনগা লৈরাংগী নুংশিবা লৈনমগা করিদবু খেন্নরিবা। পুন্সি চুপ্পা মুৎনাইদনতা লৈহৌরগদবা ওজাগী মিংলেন কংলৈ খুন্নাইগী য়াইফবা, নুংশিবা পুরকপা ওইরসনু হায়না তাইবঙ মপুদা নিজবগা লোয়ননা পুন্নমক্কী মফমদা শিন্নজরী "নুংশিবা লৈনম" !

**ইহিলেন খা-ঙানবা**
**(ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম)**
*Founder Secy.,*
**Kangleipak Loinasillon Apunba Marup**
**(KLM), Imphal**

# য়াওফম লমায়শিং

| সে: নং: | হিরম | অইবা/অইবী | লা: |
|---|---|---|---|

## শৈরেং

# ꯅꯨꯡꯁꯤꯕ ꯂꯩꯅꯝ

# নুংশিবা লৈনম


খোরি লাংবা

ইহিলেন খা-ঙানবা
(ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম)

## ꯏꯃꯥ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ

# ঈমা মণিপুর

✍ শগোলশেম ইন্দ্রমনি

মালেম লৈনা লুম্বরা
পলেম ঈমানা মহেল্লি
কোরৌ নোংমাদোন্না ৱাংবরা
পন্থৌ ঈপানা মৱাংই
পলেম পন্থৌ পোকপীদো
মণিপুর সনা লৈবাক্কি
লাইনা থাবা লমদমদো
মণিপুর সনা লৈবক্কি।

মচু তরেৎনা ফিজং ওইরিবী
অৱাংপা লৈতবী ঈমা-ও
ঈংনা তপ্না মতম লেল্লিবী
ঈমা ও নুংশিবী
লৈতে মফমকৈদ নঙগুম্বী
হো ঈমা পুকচেল তপ্পী।

চীংনা কোইনা পনশাবা
চীংমীনা কোইনা পনঙাকপা
নুংশিবী ঈমা মণিপুর,
লমদমসিগী অথোইবী
ইংনা তপ্না ঙাম্থোয়রিবী
পুকচেল তপ্পী ঈমা ও
নঙদি নচাশিংগী অশেংবী ঈমানি

ঙসিদি ব্বারে ঈমা নুংশিবী
অমনবা ফিজোল শেৎলে
ব্বাৎলে ঈমাগী ফজবা
ঙাওচৎনরে ঙসিদি ঈমা,
শজিবু মালঙ য়ৌরকপদা
থোইনা হেন্না মৈচাক পুরে।

ঈমা নঙগী নতম্পাক্তা লৈজগে
হো ঈমা মীতৈ লৈমা নুংশিবী
হন্না য়েংনদ্রবা তাইবঙ অসিদা
করম্না লৈগনি করম্না হিংগনি
হন্না য়েংনদ্রবা তাইবঙনা
হৈরাংগুম মশুং তারকই
লৈরাংগুম লৈচা তারকই।

অরোইবা ওইরগদ্রা ব্বারকলে
শিনবা থুংনা মথি ফোঙলক্লে
অব্বা লান তারকপগুম্লে
অব্বাবা কয়া খাংদুনা তপনা ইংনা
লেলিবী ঈমা মীৎলু পীরাং ঈহৌরে
ব্বারে ঈমা মীতৈ পোকপী
ব্বারৌগনুকো ঈমা নচাবু
পাঙ্গল চাওরক্লে ঈমা
মীৎলু পীরাং তৈথোকপীরো।

# ꯇꯥꯉꯂꯕ ꯃꯅꯤ

## তাঙলবা মণি

*মোইরাংথেম রাজেন্দ্র, তেছা*

মণিনি মণি তাঙলবা মণি
মীওই 'পোক্তা পোক্লবা মণি
পোক্লফম লমদমগী মণি
মণিপুর সনা লৈবাক্কী মণি
কোরৌ নোংদৈ অপোকপনা ৱাংখিবা
মালেম লৈমদৈ অপোকপীনা লূমখিবা
পলেম পহ্লৌদৈ পোক্লফমনা হেনখিবা
নুংশিজখিবা পোক্লফম লমদম
লৈজখিবা অচেৎপা ফিরেপ
মিহৌখিদবা অচৌবা ফম
কথোকখিবা মশাগী লৈজবা
পামজবদা ঙাওজখিবা পামজনা
কথোকপদা খম থেংখিবা
ঙাওজবদা অয়োবী য়ৌখিবা
নুংশিজখিবা মীওইবা খুন্নাই
ইচা মীচা নাইখিদবা
মিহৌ লাংদা থুখিদবা
নমথাক লাংবু থদংখিবা
শরৌ লাংবু ফোইদংখিবা
ফম্বু ইজ্জৎনা লুমখিবা
ফিরেপ্না ফমদৈ হেনখিবা
মণিনি মণি, তাঙলবা মণি
মীওই 'পোক্তা পোক্লবা মণি
পোক্লফম লমদমগী মণি
মণিপুর সনা লৈবাক্কী মণি
কোলোয় মিংনা ইন্দ্রমনি

# ꯄꯥꯈꯧꯒꯤ ꯕ꯭ꯔꯥꯈꯜꯂꯣꯟꯗꯤ ꯅꯤꯡꯇꯝꯕꯅꯤ

## পছৌগী ব্রাখল্লোনদি নীংতম্বনি

*আর:কে: প্রিয়োশখি,*
**শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকাই**

নুংশিদকো নুংশিদা পছৌ-ও !
কোরৌ মিঙ্খ্নো "ইন্দ্রমনি"
ওঙ্খোক্লসু নুংশিদা !
নীংশিং-নীংশিংলুরগা পছৌ-ও !
নহাক্তি মালেমদা অতাংবনিদো
লেংদনা লৈহন্নিংইনে নহাকপু
মালেম লৈকোইবুংসিদা।
তাইবঙ মালেমসিদগী চৎপ্রবসু
নহাক্কী নমিংদি শোন্নরি, ঙাংনরি
ওজা ইন্দ্রমনি, ওজা ইন্দ্রমনি
অদুবুনে নমোম ওইবী ঐহাক্না
পছৌ -ও ! পছৌগী খোঙ্গুল লীজরুবদা
পছৌগুম্বদি অনীশুনা লৈরমদেদো।
নহাক্তি মীনুংশি হৈবা
থৌজাল লৈবা, ঙাকপী হৈবা,
মীওইবা খুন্নাইবু শৌগৎনীংবা,
তোল্ল-তারববু য়োকপীবা,
অফবা ব্রাখল্লোন্দা
লমজিং লমতাকপীরম্বা
ঐখোয়গী লময়ানবনিদো।
পছৌগী ঈহুলদি নীংতম্বা পামজবনিদো
ঙসিদি পছৌনা থারম্বা চারানা
তাইবঙ মালেমদা মঙফাওনরক্লে,

পোক্লফম ঈমাগী মশাইগোন্দা
চাওজরকপা-চাওজরকপী নপারী-নমোমশিংনা
পছৌগী মিথ্খেবু শোন্নবা হৌরক্লেদো
পছৌগী মিংলেনতবু তাবদা
"পাম্মুইদা মাঙখিবা" শোন্নদবা য়াওদেদো।
পছৌ নহাক্লা শৈথারম্বা শৈরেংনা
ময়েক লানা লৈরিদো
থম্মোয়গী পিক্লবা লকানুংসিদা
নহাক্লা থাবীরম্বা শিদ-য়াই
ঙসিদি মালেমগী মফম কয়াদা
অরংবা মুক্তাগুম ঙানখরে,
নহারোলনা হকচাং ফনবা
হকচাং শাজেল তম্বীখি
বোডি বিল্ডিংদা নত্তেদো
বোক্সিং, ব্রেথ লিপটিং
মুক্লা, লমজেল খিবিক্লি
মিষ্টর মণিপুর, মিস মণিপুর পাঙথোক্লুনা
স্পোর্টসকী য়ুম্ফম থোনবীখি
শীংথারুবগী লোইবা নাইরোইদো
পছৌগী পুক্সিগী ৱারী
পুৱারীগী লমাইবু হন্ন-হন্না হাংদোকচে
অঙকপনি ! অঙকপা, পছৌ-ও
নহাক্লা শেমগৎপীরম্বা
মপী-মপা লৈজদ্রবা কয়াগী
মহৈ লোইশঙ, আশ্রম কয়ানা
মতমগী ঈচেলদা
লেপতনা চেম্থরিদো,
চেম্থরকপা ঈচেলসিগী ইরাওখোল থীংবা ঙমদ্রবদা
পছৌ নঙগী মিথ্খেবু শোন্নরক্লি।
পছৌ-ও ! তাইবঙ মালেমসে

অখাক-অরাওগী মৈনা চাকখিবা তারে,
পম্বৌ পোক্লফম লমদমসে
হাৎনে-শুনবগী য়াইকাইবুং ওইরক্লে
মচিন-মনাও মশক খঙনরক্করে
অঙম-অঙম্বা হাৎতোক্লরে
অচুম অরানগী ৱায়েন লৈরক্করে
পুন্নমক মাঙখ্রেনে
খায়বুং, খায়বুং তানরক্লে
অদুগনে পম্বৌ - ও
পম্বৌগুম্বা অমত্তং লৈরম্লবদি
ওইখিগদ্রা ঙসিগী মীহাৎপুংসে ?
পম্বৌনা পামজরম্বা ৱাখল্লোনদি
নীংতম্বনি, নীংতম্বা !
তাকপীরম্বা পাউতাকসু
নীংতম্বনি মালেমদা লৈরিবা
মীওইবগী হকনি
ফংফম থোকপা পুন্নমক্কী
পাউজেলশিংদো শাফোংলক্লে।
পম্বৌনা ইরিনে পুন্নমক শুনা
মচা মনাও ঐখোয়গীদমক
তুংগী লনগৈ শেম্লীনে
থম্মোয় অমসুং কলম্না
লৈহৌনবা কাউঙমদনা মীরোল কয়ানা।
নীংতম্বতনা পম্বৌগী ঈহুলনিদো।
হিরম খুদিংমক পামখিদে
খুন্নাইগী, মীওইবগী
থাদোকখি ওইজবা
লাউখি খোঞ্জেল থোক্লা
নীংতম্বদি চাকখাও হাংলবসু নুংঙাই
মীখা পোনবা হায়বসিদি ৱাই





নিংথৌগুম্মা নুংঙাইবসু পামজদে
মীনাইগী মনীংতম্বনি পাম্লীবা
নীংতমজনিংই মহৌশাগুম
নীংতমজরম্বা ঈমা লৈবাক্নুম,
অদুবু ঙসিদি
মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ-মীপুন্না
চৎনবী ওইরেদো।
ঙসিগী খুন্নাই মচেৎ তাখিগদৌরে
লমজিংবীনবা য়াওদরে,
কনবীনবা লৈতরে
মতৌশিংসি উবদা পলেম ঈমানা
হীক্লা-হীক্লা কপলিয়ে
ঈমাগী অৱা মৈচাকসে
য়েংদুনা লৈবা ঙমদরে পন্থৌ - ও !
ফংলগনি শোয়দনা নীংতম্বা
মমা লৈবাকপু নীংজবা
লাকসনুকো পন্থৌগুম্বা কয়া
ওইজগে ঐহাকসু, পন্থৌগী ৱাখল্লোনগুম
মমা লৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্বা
পন্থৌ ইন্দ্রমনিগী পামজবা নীংতম্বা ৱাখল
ওইহনসি অমুক্তং
ইন্দ্রমনিগী পামজবা ৱাখল্লোনদি নীংতম্বনি।

৯০)(৩



# ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯕꯒꯤ ꯊꯧꯔꯤ ꯀꯣꯡꯒꯣꯏ

## নীংশিংবগী থৌরি কোঙ্গোই

*যুম্নাম চনু ৱাংলেনথোইবী*
*(উত্তম্বালা) থৌবাল অথোকপম*

হে খুন্নাইসিগী থৌরি কোঙ্গোই !
চাইখ্রব থম্মোয়গী শিয়োমনুংদ
য়েংসিনবগী নারোন্দ থোইন হেন্না খোপচিনন
কংসিল্লব পুক্নুংগী চৈথেং মৈরিনা
নীংতম্বা থবায়গী চৈখৈনুংদ
যুম্বী মরীগী পান্দম খোঙচৎন
ঈং-চিকপ খুন্নাইগী পনখৈ থিরম্ব,
করম লাছোক্লসিগে তোর্বানসে ?
য়াচংলকপ; অয়ুক্কী লমশাংদ
অশেংব ঙমখৈগী অরোইব লাল
লৈঙাকলোনগী মপুক হোরব ৱাহছোক
চীংলোন মাপলগী লৈরাই ৱাংম য়ৈরদ্রি
খোঙদোইরকখোনে নীংশিংবগী অপোকপা পছৌ
ঈমাগী থম্মোয় কায়রসু
মতিঙ শোক্ল খাঙখিব
লৈবাক নীংব কোমজাওদ
লৈতাফম খঙদ পেছোক্লা
পামজবনি শয়োন'মগী খুদম
নুংশি-হৈব থম্মোয়গী শুমাংদ।
চনু ঙকশমদ
ঈজংকী লৈপুন হুক্লবা
ঈখেং তম্পাক্কী তুমখুলদ
চুখৎপিরো কোঙ্গোল লিক্লম
কোঙ্গোই য়োংহিংগী পাউখোং,
হে অথৌবা ! ইন্দ্রমনি
হন্ন কোলোয়নজগে নহাক্কী মীংলেন
তাইবঙসিন লৈরিমখৈ।।

৯-)(-৬

# ꯂꯝꯖꯤꯡꯂꯣꯏ

## লমজিংলোই

*✍ গোমতি লৈমা, শগোলবন্দ মন্ত্রি লৈকাই*

মীপুম খুদিংমকপু লমজিংলোই ওইরম্বা
পাম্মুইদকো পম্লৌ-ও লময়ানবা
অমুক হল্লকহননিংইদকো মালেমসিদা
নহাক্কী হোৎনবা কনবা, থৌনা লিংজেলতবু
শক্ল-শোন্নরিদো মীয়াম্না
নহাক্তবু কৌরিদো তৎতনা,
পাম্মুইদকো লমজিংলোই ''ইন্দ্রমনি''।
পম্লৌনা তাকপীরম্বদাই ঐখোয় পুম্বদা
চেকশিল্লু পাখঙ চেকশিল্লু
তুংগী খোঙচৎ থোরক্কদবা
লাক্লে হৌজিক লাক্লে খুন্নাইসিদা
খঙহৌদন চেনশিল্লকলে অকি-তুজুং
পাম্মুইদকো লমজিংলোই পম্লৌ ও।।
লাক্লগনি তাকপীরম্মী মীওৎ-মীনৈ
মাংলগনি ঈমা লৈবাক ইরমদম
করিগী খঙদবগে নখোয়বু
হৌগৎলো হৌগৎলো হায়দুনা কয়ারক হৌদোক্লম্মী
খঙবনি পম্লৌদি তুংগী মাঙলমচৎ
মপুগী থৌজাল লৈবনা
পাম্মুইদকো পম্লৌ-ও লময়ানবা।।
চৎখ্রেদো লময়ানবা নহাক্তি
নরমদমবু হন্ন-হন্না য়েংদুনা
নীংতম লাম্মীনি পম্লৌদি
ইরৈবাক ইরমদমগী লমজিং পুরেন্নি
পুন্নমক্কী, মীয়ামগী হিংলম্বনি
পুখৎলম্মী ঈমা লৈবাক্কী হিংনবা
চৎখ্রেদো মীতৈ কংলৈ লৈকোনসিদগী
পাম্মুইদকো পম্লৌ লমজিংলোই নহাক্তি।।

❧

# ꯍꯦ ꯑꯊꯣꯢꯕ! ꯍꯣ ꯂꯃꯂꯥꯅꯕ !

## হে অথৌবা ! হো লমলানবা !

*লেনিন খুমনচা, খাঙবোক মখা*

মাইথোং কয়া লোংবা
কোরৌগী শক্লোন লৌরীবা
মণি-মুক্তাগুম লংলম্বা
শোখরবা লমদমসিদা
অনৌবা কংলৈপাক' লময়ানবা
করম্না কাওরসিগে নহাকপু !
হে অথোইবা নাংশিংলি
উরুবদা, য়েংলুবদা
''মিষ্টর মণিপুর''
''মিস মণিপুর''।
হাওরবা সরেংগী মহাওবু
চাদনা খাঙবা ঙমখিবা
নোংশাগুম থৌনা ফখিবা
পুন্সিগী মীকুপ খুদিংদা
শোখরবা খুন্নাইসিবু
চাওখৎনবতা হোৎনবীরম্বা
করম্না কাওগনি পৗঁ-ও !
অফবা খুন্নাইগী,
অফবা নহারোলগীদমক
অহিং-মীংশেল খাঙ,
মাঙলোমদা চঙশিনবীরম্বা
নঙদি অথৌবনি ঐখোয়গী
লাইপোকনি লমদমসিদা।
খোইরুনবা শমলাং,
শুক্ষাৎয়াই পুবা ৱাঙাং,

য়ায় চেনবা মীনোক,
তোপ্প তারশিংগীদমক খনবদা
নশাগী চেংফুদগী চেং হুরান্দুনা
লৈত্ত-লাইরগী অন্নাবা কোকহনবা,
পুপাং শুদ্রবশিংগীদমক
'অনাথ আশ্রম' দা চেনখিবা
নঙদি শুক্লা মমলবা অহিংদা থোকপা
শক্তিক থাবানি।
শকউদ্রবসু হে অথৌবা নহাকপু
মতমনা পুরকপা ইথক্কী ইপোম্না
থীরক্লিনে অচুম্বগী খোঙ্গুল।
লৈঙাকপশিংগী অশোয়বা পুথোক্কুনা
মপাল কাংজৈবুংদা লাওরুবগী
জেলগী চেকপলনুংদা লেনখিবা
মায়কৈ খুদিংদা শোখহৌরবা লমদমসিগী
অশেংবা মশক উৎপীরম্বা হে অথৌবা
নঙনা লাওরম্বা খোল্লাও
"....মীতৈগুম্না, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী
মরাইবক থীরবা, লৈখা তারবা ফুরুপ লৈরমলোই'
তশেং-তশেংনা থোরক্লে
ঙম্নমক ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা।
কয়াম ব্রাৎলিবগে কংলৈপাকসিদা
অমুক হন্না শাফোংলগদবা
কাওঙমদবা নহাকপু
মৈরা পায়দুনা ঙাইরমগে।।

# ꯄꯥꯝꯃꯨꯏꯗꯀꯣ ꯑꯣꯖꯥꯗꯣ

## পাম্মুইদকো ওজাদো

✍ য়ুম্নাম তোমথিন (বীর) মীতৈ
ব্রাঞ্চে তোকপম লৈকাই, ইম্ফাল

পাম্মুইদকো ওজাদো
নুংশিদকো খল্লুবদা
লৈহন্নিংই তাইবঙদা
হল্লক্কুনা মালেমসিদা॥
পাম্মুইদকো ওজাদো
ইন্দ্রমনি কৌবদো
মীয়ামগীদি ওজানি
পুম্নমক্কা কৌনবা॥
হংজনিংই ওজাদো
মতমসিগী ঈচেলসে
খঙজনিংই পম্বুংদো
মতৌ করম্না য়ৌগদবা!
মতমসিগী ঈচেলসে
অঙকপনি ওজা ও
য়াওল ঈচেল নাইদরে
পম্বুং লম্বী খঙখিদ্রে॥
মকোক মমৈ মাংখরে
মকোক ঙাক্ত ঙাইখরে
অচৌ-মচা নাইখিদরে
মপু ঙাক্ত ঙাইখরে॥
মকোক মখৈ থমাইরে
খাম্বী-মৈহৌ ওইখরে
অচৌ মশেন থেংগাইনরে
লৈবাক ঈরাং ওইখরে॥
তাইবঙগী মীনুংশি খঙখিদরে
তাইবঙ থম্মোয় পানখিদরে
নুপী অঙাং খাকখিদরে
অঙম অঙম হাংনরে॥
অঙকপনি ওজা-ও
মতমসিগী ঈহৌসে
চংফম-শুফম খঙদরে
লম্বী খোঙবু থিংবনা॥
অব্বাববু ওইখরে
নুঙবী'নক্কা লৈবনা
চিনবানমখৈ মেনখরে
মীহাৎ-মীপুন কিবনা॥
অঙকপনি ওজা-ও
মতমসিগী য়াওনসে
চাওখৎপনি হায়সিরা
মীবু মীনা হাৎপসে
খামবিনবা লৈতরে॥
অহল-মব্বা চমখরে
লমজিংনবা য়াওদরে
অমম্ববু ওইখরে।
অব্বাবসি উবদা
মালেমলৈমা ঈমানা
হিক্ক-হিক্কা কপখরে
মপারী-মমোম কৌদুনা॥
ওজাগুম্বা কনানো
লমজিংনবা য়াওরবা
কনবীনবা লৈরবা
ঈমাগী অব্বা মৈচাকসে ?
পাম্মুইদকো ওজাদো
মমা লৈবাক নীংবদো
লৈহন্নিংই তাইবঙদা
হল্লক্কুনা মালেমসিদা॥

# ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯀꯄꯥ ꯈꯨꯗꯤꯡ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# নীংশিংলকপা খুদিং ওজা ইন্দ্রমনি

*রিনা নাওরেম, শামুরৌ*

ঐনা তাইবঙদা খোঙদারক্লিঙৈ
ওজা ! নহাক্তি তাইবঙ শেম্বা হৌরল্লে
মল্লবা চৎনবী ইনৌ নৌহল্লমলে
মল্লবা মীয়ামবু মঙাল পীরমলে।
ঐনা য়েংজরকই, তাজরকই
হনবা নাইদবা ওজাগী শিল্পা
ৱাখল লৌশিং কখোকপা
অচুম্বা লম্বী লমতাকখিবা
হোৎনজমল্লি ঙসিসু ঙাল্লরিবা
সনাগী ময়েক্লা ইখিবনা
মদুগী ময়েক্লা ঙানবনি
ঐনসু ইজবা ফংজবনি
খঙজবনি ওজাগী শিল্পা কয়া।
ওজাদি হুরানবসু কিখিদে
অৱা-অনাগী তেঙবাংগীদমক
লংজমন মহৈসু নাচুংবীদে মদুগী
শাইরেন খোঙবফাও তাখিদে
পান্দমদুগীদমক চাংয়েংবদা
পলেম মমাবু মালেম লৈমনি খনখি
পলেম নুংশিবগুম মরৈবাকপুসু নুংশিখি।
করম্না শৈথারগা লোইগনি
কন্দাইদগী হৌরগা কন্দাইদা
লোইবা নাইদেনে ওজাগী নতিক-নয়াই
ওজা হায়বসিদা শুপ্লবনি
ওজাদি অনিশুবা ইমানি ইপানি
মানি ওজানি পুম্নমক্কী ওজানি।

# ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯀꯏ ꯑꯣꯖꯥꯗꯣ ꯑꯃꯨꯛ

## নীংশিংলকই ওজাদো অমুক

ওইনাম চনু চাওবা,
থাঙ্গা চীংখা লৈকাই, লাই মমাং

ইন্দ্রমনি হায়না মীঙ্গৌবা
শেংলবা মণিপুর ঈমাগী মচাদো
মীয়াম্বু মীৎ-মায় শিংহল্লম্বা,
অচুম্বনা কদাই অরানবনা কনা
তাক্লম্বনি মীয়ামদা ময়েক শেংনা
লাউরম্মী অহৌবা খোঞ্জেলনা
মণিপুরদি মীখা পোনবা য়ারোই হায়না।

চাওখৎ খোঙথাং
লমজেন্দা মণিপুরবু চিংখৎলম্বা।
থৌনা ফবা পাঙ্গলবা নহারোল কয়া
শেমগৎপীরম্বা ওজা নঙবু নুংশিবা
ইন্দ্রমনি হায়না মীঙ্গৌবা
হল্লক্লরোইদ্রা অমুক লমদমসিদা ?

মপোক মপোক খুদিংদা
ওজা মপোক তানজগে
শোন্নহৌনবা মীয়াম্না,
শোন্নরি মীয়াম্না শিখ্রবসু নহাক্তি
ঙসিগী মালেমসিদা।
ওজা নঙনা হিংলম্লবা লৈরমলোই
অৱা চৈথেং কয়াসে !
অৱাববু কনবীবা
তোল্লববু য়োকখৎপীবনা নথৌ ওইরম্বনিদো।

মীয়াম্বু অমত্তা ওইবগী
মীৎয়েংনা য়েংলম্বনিদো নহাক্লা।
মীনুংশিগী শেংলবা পুককৈ ওইরম্বা
নথৌনা নরিংজেনতবু তাইবঙনা শকখঙখিবনি।
মীওইবগী পুন্সিবু মমল লৈনা লৌবীরম্বা
শেংলবা লাইপোক্পী নহাক্তি!
নোংমদোল খুয়া তানখ্রবসু
নচা ননাও ওইবা ঐখোয়গী
অশোয় অরান য়েংদুনা লেপ্লিবোই
নীংই ইনাক্তা ওজাগী শেংলবা রাখলবু
লৈবীয়ু মতম পুম্নমক্তা
ওজাগী থরাইনা লমদমসিদা !

রোমান অমসুং জর্ম্মনগী মতৌগুম্না
মীখা পোন্দবা ফুরুপ ওইনা
শেমগৎপা পামখিবদো,
ঙসিদি ওজা নঙনা মাঙখ্রবদা
মণিপুর ঈমাসে ওইরে
পুনসিন্নবা য়াদ্রবা মৈয়িপুর।
মীকপ মীরাওখোলতনা থল্লবা
অঙম-অঙম হাৎনরবা
মতম অসিদা
পোল্লকখো ওজা, ইন্দ্রমনি নহাক !
অমুক হন্না তাইবঙসিদা।
মীখা পোল্লবা লমদমসিদা
হাপ্লম্মু থৌনা
হাকপীরম্মু মীওইববু নুংশিবা
পাউতাক কয়া কয়া
অনৌবা কংলৈ লমদম অমা
শেম্বীরম্মু নহাক্কী রাখলনা ॥

⁂



# ꯀꯪꯂꯃꯁꯤ ꯁꯩꯔꯦꯡ
# কংলমসি শৈরেং

*খুন্দোংবম গুনমনি লৈমা,*
*হৈরোক পার্ট-টু থোকচোম লৈকাই*

কংলমসি মোঙফম অদুদা
ঈরৈবাক্কীদমক থব্রায় থাখ্রবা
অ'থৌবা অথৌবীশিংদুগী মফমদা
অশেংবা লৈরাং খুজোক অমত্তং
শিঙ্গুরমসি থম্মোয়দগী পিরাং
পেনজগনি থব্রায়শিং অদুনা
শান্তি ফংগনি লাইরমলেন্দা।

অশেম্বা লৈরাং চরোংদু
লৌবিরোই থব্রায়শিংদুনা হরাওনা
লাই ওইখ্রবা থব্রায় খিবিক্তা
অশেংবা থম্মোয়গী মকত্রবা
লৈনম চেল্লবা লৈরাংদু
অমুক্তা কংসি মোঙফমসিদা।

থাখীবনি থব্রায় মখোয়দু
নঙ-ঐ মাগীদমক
শিববু করিসু নাচুংদনা
শাশিন্নবা পিরাংনা হৈথদুনা
অশেম্বা লৈরাং কংতুনা
শরুদা লৈতেং তৌবদো
লঙশিনবদা থোক্কনি ঐখোয়দা
মুংপা ঙমদ্রবা দাকফম ওইনা।।






# ꯇꯥꯛꯄꯤꯔꯝꯃꯤ ꯑꯣꯖꯥꯅꯥ

## তাকপীরম্মী ওজানা


ডা. জমুনা ময়েংবম
কোছা খাবম


পুক্সিসে থবক্লি, থবকসে পুক্সিনি
মীওইনা হিংলবদি মীগীদমক্তসু হোৎনগদবনি।
অকি তুজুংনবা য়াওদনা নোক্লুক্লা হিংমীন্নগদবনি ।
মীপুম খুদিংদা পাউতাক পীরম্মী ওজানা
নিংঙাইদনা ফমদুনা লৈথোক্লবা
ফংলোই পুক্সিগী ফিদম
ব্রাহে অমা য়াংন ঙাংথোরকপা
ব্রাহে অমা লুম্না ঙাংথোরকপা
অনিমক্কী ব্রাহছোক লোইন লৈ,
ওজানা অসুম্না তাকপীরম্মী
অব্রা-অনাগী তেঙবাংদা হঙ্গোইরোইদবনি,
ঈশাবুসু অফবা অমা ওইহনগদবনি,
হকচাং শাজেল চাং নাইনা তৌগদবনি,
চাব-থকপদা চেকশিন্না চাগদবনি
অচম্বা চিঙ্গাক্তা হৈনগদবনি,
ঈং-তম্প ব্রাহে ব্রাতানা
থম্মোয় মীপুম খুদিং শুমহৎকদবনি।
অসুম্না তত্তনা তাকপীরম্মী ওজানা
শান্ন-খোৎনবনা হকচাং ফহল্লি,
লমচৎ শেমই মীওইবগী
মালেমগী মফম খুদিং শক্তাকই।
ব্রাখল তাহনগদবনি নিংথিবা ব্রাহৈনো
মমা মপা লৈজদ্রবশিংগীদমক
আশ্রম অমা লিংখৎতুনা
য়োকখৎপীগদবনি মখোয়বু নুংশিনা
অসুম্না পাউতাক পীরম্মী ওজানা॥

# ꯆꯉꯁꯤꯜꯂꯨ ꯑꯍꯤꯡꯕ ꯂꯥꯟꯖꯪꯗꯥ

## চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা

*চিংতম লুৱাং, সগোলবন্দ*

কান্নদবদা মরৈ তৌরুনু
কান্নদবদা অকনবা শারুনু
কান্নদবদা অফাওবা শারুনু
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।।

কয়া শিখ্রে কয়া চৎখ্রে
করিদি লৈহৌরি নীংশিংনিংঙাই
করিদি হিংহৌরি অহিংবা ৱারী
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।।

ইরমদমগী পোখোক্লা হিংনবা
ইরমদমগী ইয়োংফি শেৎতুনা
ইরমদমগী খোইথুল্লবা হৈরাং চানবা
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।

পাইশিল্লক্লিবা লংজা ক্বাক পুম্নমক
মীনা মী চাবা, শাহিং চাবশিং
থেংননবা অফোঙবা থৌনানা
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।।

তুংগী মীরোলগীদমক
তুংগী মীংচৎ লৈনা হিংহৌনবগীদমক
তুংগী মতীং লৈবা খুন্নাইগীদমক
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।।

ঐখোয়না কনাবু ঙাইদুনা
ঐখোয়না কনাগী য়াথংনা
হিংহন্নবা অতৈ পাউতাক অমা লৈত্রবনি
চঙশিল্লু অহিংবা লাঞ্জংদা।।

# ꯄꯥꯕꯨꯡ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# পাবুং ইন্দ্রমনি

এম, টিকেন মৈতৈ
খাঙবোক মাইস্নাম লৈকাই

নহাক্তি পুম্নমক্কী অথোয়বনি
লৈতে চাংদম্নগদবা নহাক্কা
খনখিবনি নহাক্তি তুংলমচৎকী
পাকচাওরবা শেংলবা ব্লাখল।

ওইখিবনি নহাক্তি লুচিংপুরেল
ইমা লৈবাক্কীদমক্তা হিরম কয়াদা
মীনুংশি চাউবা নহাক্তি
পুম্নমক্কী য়াইফনবা হোৎনবা
লোইনাইদ্রবা নতিক মগুনগা লোয়ননা।

অহোংবা নাইবা পুন্সিদা
অরোইবা নাইবা খোঙচৎতা
অঙক্পনি নহাক্কী থৌদাং
তাইবঙ মপুমক্লা থারকপ্রা ইরমদমসিদা ?
পীখিবনি নহাক্লা মতীক মঙালগা লোয়নবা
লৌশিং পুক্কে, শিদয়াই
ঈমা লৈবাক্কীদমক্তা, লৈহৌরিবশিংদা
শৈথাহৌরগনি নহাক্পু পুম্নমক্লা
নহাক্তি পুম্নমক্কী অথোয়বনি

৶ ৶

# ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤꯒꯤ ꯃꯐꯝꯗꯥ

## ওজা ইন্দ্রমনিগী মফমদা

*হরিদাস (পুন্সি) তোঞ্জম*
*উরিপোক*

মালেমসিগী ফম্বাক্তা
শগোলশেম চামুনা থাবুম ১০ নাউপু
তাইবঙদা খোঙদারক্কুনা
শগোলশেম ইবোচৌবা, চামুগী
ফংজখি অহুমশুবা মপারী ওইনা
শগোলশেম ইন্দ্রমনি।
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না
য়াওখি মহাকসু তাইবঙগী লীলা,
লৌশিংগী মৈরাবু চুখৎলম
মহৈ লনগী পুক্কৈদা
অনৌবা মঙালবু পীরম
কল্লবা মতমগী নোংলৈ কয়া
অখাক-অরাও কয়াবু
ঙম্লমক মায়োং য়াদুনা
পুন্সিগী শিঙ্খাবু পাঙথোক্লকম্মি মহাক্না।
পোক্লম্লবসু তাইবঙসিদা
মীওইপোক ওইনা মহাক্তি
লাইপোক্কি - লাইপোক,
শক্লোন কয়া লৌখি মহাক্না -
করিগুম্বদা ঈপানি পুম্নমক্কী
করিগুম্বদা ওজানি পুম্নমক্কী
করিগুম্বদা লুচিংপুরেলনি পুম্নমক্কী
অমুকসু ওইখি
মপারী অথৌবা মণিপুর ঈমাগী।
শোন্নরি নহাক্তবু ঙসিসু

মীওই কয়ানা চীনবাহোংদা,
লোহোক্লবা মীওই কয়ানসু
হায়দোকপা ঙমদ্রসু চীনবাহোক্লা
শোঞ্জরি থম্মোয়নুংদদি তুমিন্না
"ওজা ইন্দ্রমনি ! ওজা ইন্দ্রমনি !"
নহাক্কী মীংলেন্তবু ঙসিসু।
কয়াদা পেঞ্জরমগদবা ঐখোয়না
হিংলন্নবা ঙসিফাও নহাক্লা,
অদুবু থবাই হকচাং অনিনা
লৈত্রবসু মালেমসিদা নহাক্লা
লৈরি নহাক্কী মিখেদি॥
হো ঈমাগী মপারী অথৌবা
লৈচিন পোমাই হাংদুনা
অমুক্তদি য়েংলখো, তারখো,
নহাক্কী মিখেতবু শোল্লিবসে।
"নহাক্কী থবাই-মিংলেন মঙানা
ঈংনা চীক্লা লৈবা ওইয়ুকো
চীক্লবা লাইরৈবাক্কী লৈকোলদুদা॥

~)(~

# কংলানা শাফোঙৈ

*লৈমপোকপম লোয়ুম্বা*
*খোঙজোম (চীংথাম)*

ব্রাশক চেৎপা কংশীল্লবা লাইরেনগুম
কুমশীং কয়া লোৎলুবদি
য়েংহৈদ্রবা থব্রাইশিংগী খাংঙমদ্রবা খোল্লাওদা
নিঙমদা য়াওল্লম্বা অমম্বা পনখৈদগী
খোমলেন মীকপ থোক্লকপ্রনে ঈমা !
হরাওসিরনে ঐখোয়বু, নোকসিরা নতৌসিদা
অনি থোকপগী মৈরীনা চুপ্লবা
অচৌবা তান্নবগী হিদান্নফম ওইরকঙৈ
ঈ মশেলগী লাইচুরবা লানফমসিদা
কনাননো অমুক খুভাম চেৎনা পায়রগদবা ?

# ꯊꯛ-ꯊꯛ
## থক-থক

ঐচ সোমোরেন্দ্র সগোলবন্দ

ঈমা থক থক নিকলে
ঈংবনা মৈশাদগী কিবনা
ঈমা থক থক নিকলে।

থক থক নিকচরবসু ঐখোয়
হিংলি মীহিং চাদনা য়ুহা হাবগুম
ঈমা থক থক নিকলে,
মায়কৈ খুদিং লাওরি
মায়থিবগী মায়জাওবগী লাংদা
ফারি চিনফা পুবগুম মতমসিদা।

করিগীদি ব্বারুনি পোক্লবনিনা
হোৎনসি চিংমীন্নসি পুন্না, অদুবু
তৎখ্রবদি করিগুম্বদা য়োৎলিশিংদো
ঈমা থক থক নিক্লগনি

নিকতনবা লেঙদনবা
অব্বা-নুংঙাই য়াইফ থৌরাংদা
খঙ্থরসি মীকুপ খরদং
ঈমাসে পুখরবনি
য়েংহৈদ্রবা কোমদুদা ॥



# ꯑꯣꯢꯍꯜꯂꯕꯁꯤ ꯏꯅꯤꯡꯇꯝꯕ ꯈꯨꯟꯅꯥꯢ
# ওইহল্লসি ইনীংতম্বা খুন্নাই

অরাম্বমচা তোমচা লুৱাং
নিত্যাইনন্দ রিমস রোড

হিংসি ইনীং তম্না
অকি তুজুং য়াওদনা
চীংমী তম্মী খাইদনা
শক-চু খেন্নবা থমদ
লোল-লি খেন্নরবসু অমত্তনি,
ঈমা অমত্তগী মচানি॥
পিক্লবসু কংলৈপাক ইরমদমনি
য়ারোইসি মীখা পোনবা
ঈয়েক্তা ইরোলদা লাইনিংদ
লৈজে ঐখোয়গীসু ৱাৎতন
থম্বীরম্মী চীংমী-তম্মীগী ওইনা
ঈপা-ঈপুনা য়ানরব পুয়াশিং॥

তোংঙান তানরমদে কৈদৌনুং
চাউথোকন হিংজরম্মী ঈপা-ঈপুশিংদি
ইকায় খুম্নরম্মী মালেমগী ফুরুপশিংনা॥

চংঙমদে মখোয়দ য়েক্ল তরেৎ
মখোয়দুদি মীথিবোং মীতম্বাল
মীতোকচাক মীনুহৎ মীনুরা
মীরৈহৎ মীনুখাং কৌবনা॥

অদুবু ঙসিগী মীরোলসিদি
চংশ্রমাল্লে লূ-তোঙদা লোইন,

মখোয় তরেৎনবু চংশ্রবদি
ওইদ্রে ইনীংতম্না হিংবা॥

থাদোক্লসি মখোয় তরেৎসিবু
ওইহল্লসি ইনীংতম্বা খুন্নাই
ওকলে খারে মীখা থাবা॥

মসিমকনি পামজবা ওজানা
থব্রায়না থব্রায়বু নোল্লুকপা
ওজা ইন্দ্রমনিগী লাইশোলনি, থব্রায়নি॥

ঌ৩১৩

# ꯎꯈꯤꯗꯕ ꯀꯨꯏꯔꯦꯗ ꯄꯁꯧ

## উখিদবা কুইরেদা পছৌ

*ইহিলেন খা-ঙানবা*

মীওইবদি মী ওইনা হিংগদবনি
তৎতনা হায়রম্বা
কংলৈ লমদম অসিগী মপারী
থৌনা লৈবা অথৌবা
লুচিং পুরেল নহাকপু উখিদবা কুইরেদা॥
মীওইবা খুন্নাই মরক্তা
ফত্তবা চৎনবীগী পলবু নমখাইদুনা
অচুম্বা লম্বী থিবদা
চোকথবা নাইদ চেষ্টরকখিবা
পুক্লিং ব্রাখল ঙসিদি
খম্বা লোইবা নাইদনা
হৌহৌরনি কংলৈ লমদমসিদা
শিদয়াই নাদয়াই, পাম্বী ওইদুনা॥
হকচাং ফবনা ললনি,
ব্রাখল লৈবনা অথোইবনি,
পুক্লিং লুপ্পনা পজেং ফিরালনি,
খাঙবা কনবনা লম্বীনি
থৌনা ফবনা নুপামচানি
ওইগদবনি শিদ-পাম্বী মীওইবগী
পোকচ'মলনি তাইবঙদা,
চাংয়েংনা পুক্সি ওইখিবা
অৱাবনা নুংঙাইবা শাখিবা
মীয়ামগী ব্রাখলদা ঙাওরবা
নহাক্কী ব্রাখলদা
পলেম ঈমানা কপখিবদো
খঙলমলোই নঙদি
উরমলোই নহাক্তি ?
পুম্নমক্কী ওজা ওইখিবা

পুম্নমক্কী পঙ্খৌ ওইরিবা
কোলোয় নওদি নীংথিবা
শগোলশেমদা পোকচবা
ইন্দ্রমনি কৌবা ও !
মাইকৈ য়াম্বা মীৎয়েংদো
শিঙ্খা য়াম্বা ব্রাখলদো
চিনগা থবক্কা লেঙমান্নবা
নীংঙকপদগী পান্দমনা মাঙ থাবা
থবক্কা পুক্সি ওইখিবা
নহাক্কী পুক্সিবু
ফঙনিংনা থিজরকপা নচা ঐখোয়দি
লমুক্করে পঙ্খৌ ও ॥
লৈত্রে লৈত্রে লমদমসে
মীনুংশিগী লিচৎ
তেঙবাংনবগী হৈনবী
শাহিং চাবা হিংচাবনা
খেক্লা খেক্লা নোক্লগা
মাগী মরুম থুপ্পা ঙাক্লা
খুন্দাখ্রে হে পঙ্খৌ
মসিবু করি মহেনো তাকপীরোগবা নচাদা ?
উৎপিরো নহাক্কী নশক্তমদো
ঙমজগে পাঙজবা ইরৈবাক্কী
থাদোকচগে পিক্লবা ব্রাখল
পুনজগে লংলা অমত্তনা
মীওইবা কৌবা খুন্নাইসে,
ঈগী ঈচেল থিজগে
মীনুংশিগী ব্রাখলনা ॥
মহৈশঙ খুদিং চঙলুরে
লোইশঙ কয়াদসু হংলুরে
অদুবু খঙলমদে কনা'মতা
অদুননি কঙাওনরীবা হে লময়ানবা।
লাকখো, পোক্লখো লমদমসিদা

তৌরখো, পাওলখো শিছা
কপ্পতনা মশিছা ওইরবী
লাইর ফিমন শেৎলিবী ঈমাসে
ঐখোয় পোকপী পলেমনি,
মচাশিংগী খনবদা
অহিং মিংশেল খাওলিবী
মীনোক মৈশা নংলবী
কংলৈ ঈমা কংলৈপাক
ব্রাত্ত পাদ লনগৈগী
তুংনফমনি কাওরবরা ?
লুচিংবীনবা লৈত্রবা নচা ঐখোয়দি
চংলু-চংলুবা খুদিংদা
লাংগী লাং ঙাক্তা ঙাইখরে,
ফনি খন্না থাংলুবা খোংথাং
য়েক্লবা ঙাক্তা ওইরম্লে
ময়াই কাবা চিঙ্গাকনা
শান্তিগী মশাইকোন ওইরিদো,
ঈখেংগী চৎনবীনা লমদমসে
অকন-অথৌ শক্লরী,
খুরক্কী ঈনা লাই শাদুনা
মচিন-মনাও, মমা মপা মশক খঙনদরে
পেছোক' হৈত্রবা খুন্নাইসে
লানবুং ওল্লে পছৌও
অমুক্তদি লমজিংবীরখো পছৌ ও
ঈমাগী নুংহিক নুংজানবা খোঞ্জেলসে
মপারী লৈত্রে তেংথাজবনি
পারী শেৎনবগী কপ্পনি
কাউথোক্লো পুম্নমক ঙসিদি
কংলৈ পোকপী ঈমাসে
নওবু লাকপা ঙাইরিয়ে।

❧

# ফিজিকেল শো খুদিংগী শকপা শৈহৌ ঈশৈ

শগোলশেম ইন্দ্রমনি

চেকশিল্লু পাখঙ চেকশিল্লু
শেমহৌরো হৌজিক অকনবা শক্তি
নহাগী পাঙ্গলবু চেকশিল্লু ..
মীওইবা মপোক পুন্সিগী মকোক
পাখঙগী মতম অতাঙবনি অতাঙবা
ঐখোয়গী জাতি নোংশাগী শাগৈ
নোংশা লল্লাও ঐখোয় পুন্না
লাওরসি॥

# ꯃꯥꯂꯦꯝ ꯂꯩꯅꯥ ꯂꯨꯝꯕꯔꯥ ?

# মালেম লৈ'না লুম্বরা ?

✍ শগোলশেম ইন্দ্রমনি

মালেম লৈ'না লুম্বরা
পলেম ঈমানা মহেল্লি
কোরৌ নোংনা ঝাংবরা
পন্থৌ ঈপানা মহেল্লি।

পলেম পন্থৌ পোকপিদো
নুংশি পোইরৈ লমদমনি
লাইনা থাবা লমদমসে
মালেমদা তাঙবা লৈবাকনি।

চীংনা কোইনা পনশাবা
চীংমীনা কোইনা পনঙাকপা
পলেম নুংশিবী ঈমাও
পোইরৈ লমদম নুংশিবীও ।

চীংবুরোই চানা নমদা পো
তম্বুরোই চানা থাদা কোন
পলেম্মা নুংশিনা নাওয়োকপীবদি
পলেম চরা হেন্নবরা,
পলেম মিনাই ওইনবরা ?

৯)(৯

# OJA INDRAMANI
## *As a Teacher and an Educationist*

✍ **Elangbam Yaima**
**Retd. Director of Education**
**Manipur**

*I had two personal encounters with Oja Indramani in my life. In the first encounter, I met Oja as a teacher. That was when I took admission in Class III in the Your High School in 1933.*

*In the second encounter I met Oja as an educationist as well as my employer. He appointed me as a Science graduate teacher in the Sindam Sinsang Residential High School, Chingmeirong in 1949.*

### OJA : AS A TEACHER :

The word Oja itself means a teacher. He was a teacher. He was a teacher of many things. I am referring to him here as a school teacher. Oja Indramani taught us English in Class IV and V in the Your High School. In his teaching the English language, he not only made us learn the text book lessons along with an understanding of the meaning in Manipuri, but also the English equivalent of every important English word in the text book. He made us in find the English equivalent of any English word we read. This habit helped us to enrich our English vocabulary very much. This is one method of his teaching the English language.

Apart from teaching text book lessons he taught us many others not found in our text books. He explained



things like diseases, health, nature cure, physical culture and exercises, importance of vegetables; fruits and milk, Yogis exercises and many other interesting thought. Physical culture and body-building were his favorite activities. He would select young students from the school who are interested in these activities and give them training in physical culture and body building at his house where he kept various apparatus like dum bells, barbell etc. for the exercises. These young students, under Oja's expert guidance developed muscular bodies and attractive physique. To encourage these young students body builders Oja managed to include an item for their physical exhibition in the programme for the School Annual Prize Distribution Function. These were done long before the formal establishment of the Manipur Man-Building Institude.

In the classroom Oja used to narrate to us stories on the lives and activities of personalities like Bernard Macfadden, Eugene Sandow, Gama, Charles Atlas etc. and showed their pictures to us. He used to chant the Latin phrase. "Mens sana in corporesano" and explained the meaning in English - "a sound mind in a sound body", reminding us that bodily health is necessary for good mental development. All these created in us an interest in and a desire for good health.

One of his favourite non-textbook lessons was on the evils of smoking. To bring this lesson before a larger audience he organised a students' programme in English presented in the School Annual Prize distribution ceremony in 1935 by two students from Class-V and one from Class VI. One of the students from Class-V acted as a doctor who explained the evils of smoking in detail to the other two students. That programme impressed the audience

and the chief guest of the function, Mr. B. Chailha from Assam who later on sent a prize to be given to the student who acted as doctor in the next prize distribution function. It's kind of class Teaching-consisting of both textbook lessons and non-textbook lessons organised by Oja considerably enriched the knowledge and awareness of the students. Such are the activities of our beloved Oja indramani as a teacher.

**Oja Indramani as a Social Worker/Educationist :**

Oja Indramani procured some land in the Lei-Ingkhol area of Chingmeirong and opened as Ashram on that land. He accommodated nearly 200 orphans and engaged in various programmes for self-help for their maintenance. Donations coming from sympathisers helped much in carrying out various activities in the Ashram. The immates of the Ashram were mostly Tribal Children from various hill villages.

After passing out of my school, I had less contact with Oja. The contact was completely last during the second world war period (1942-1945) in Manipur. During the war period no other schools functioned in Manipur except the Johnston High School which was run at the house of Late Oja K. Gouro Singh at Khagempalli with only a few students. The Tombisana High School lost even its buildings.

At the end of the World War-II in 1945 people started coming back to their home steads and getting themselves settled for normal life again. The great need for schools for children was very strongly fell by all. Oja

Indramani, being always in the forefront in all welfare activities played his part effectively as an educationist.

During the second world war the Army constructed some missionary buildings in the Chingmeirong hillock north of the main road for use of the Army authorities. As the war had ended, the Army authorities had to leave Manipur. Oja Indramani who was looking for some buildings for opening a school took the opportunity and successfully persuaded the Army authority to hand over the buildings at Chingmeirong to the Managing Committee of the proposed school of which Oja was the Secretary. Maharajkumar P.B. Singh was the chairman of the School Managing Committee and prominent persons from Thangmeiband and Chingmeirong area were also on the Committee as members. The Sindam Sinsang Residential High School was established and housed in the military buildings. Originally the School conducted special classes in music, dance, painting, physical culture including indegeneous martial arts besides the normal school classes. In course of time, only the regular school classes continued. The school was affiliated with the Calcutta University and presented candidates to the matriculation Examinations of the University. Later on the affiliation of the school was transferred to the West Bengal Board of Secondary Education, Calcutta University. The Sindam Sinsang continued its affiliation with the West Bengal Board even after all other Secondary Schools of Manipur shifted there affiliation from Calcutta University to the Gauhati University in 1948. The school got affiliated to the Gauhati University after 1958.

The School served an extensive area around it. Students even from such places as Sekmai, Khurkhul, Kangpokpi, Heingang and Lamshang areas come to the

school. A large number of tribal students from all the hill districts of Manipur as well from Nagaland, Mizoram etc. come to the school. Oja had a soft corner for tribal children. He allowed admission of a large number of Tribal Students to the school. Some of them were given hostel accommudation in the school campus as well as in the Lei-Ingkhol Ashram Oja managed to obtain the services of the best teachers for the school. Many brilliant students of Manipur who passed out of the universities and other institutes of higher training used to teach in the school before they want for better jobs. It will not be out of place to mention here that there are very few persons in high positions in Manipur who had not taught in this school for some time at least.

The school can produced students whose occupied top positions in many Govt. Departments as well as in public life. There are prominent doctors, Engineers, Lawyers and political leaders who was students of this school. Many students from Mizoram and Nagaland who read in the school are also occupying high placed in the services of those states. Many of the students from Manipur had become MLAs, MPs and Ministers of the State Govt. all this as a result of the pioneering work in the field of education by Oja Indramani.

Oja also searching the way to development of the Lilasing Khongnangkhong M.E. School to the present High School with its extensive buildings and campus.

Uptill the early 1950's there were very few schools for girls. There were also practically no facility for further students for adults who could not complete school education in time. Oja Indramani keenly felt the need for more high



school for girls - and also facilities for adults for completing their school education and passing the matriculation examination to qualify themselves for various jobs.

The school provided educational facilities to the children of quite an extensive area around it. Students from Sekmai, Kangpokpi, Khurkhul, Lamsang, Heingang, Thangmeiband.

A managing committee was formed with Oja himself as the Secretary and local leader of Thangmeiband and adjoining areas as members for the proposed Girls High School as well as for Adult Education. With whatever donations received construction of the buildings for the school was started. A difficult situation arose when the funds were almost exhausted and the Civils Supplies Department also did not issue any permit for purchase of C.I. sheets at controlled prices for roofing the school building. Finding no other way immediately Oja as a last resort, removed the tin sheets from the roof of his own house and helped to complete the roofing of the new school building. He managed to spend sometime in a roofless house for the sake of the new school. On completion of the building construction the New Girls and Adult Night High School was opened. The classes for the Girls were held in the day time, and night classes were organised for the adults. The Adult night school continued for some years to pass the matriculation examination. In later years when more facilities are available elsewhere. The adult night classes were closed down. The girls school is continuing as the Govt. Khoyathong High School.

There were some of the activities of Oja Indramani as a pioneer in the field of education in Manipur for which Oja's name will remain shinning for all time to come.

It was in the context of the S.S.R. High school that I had my second encounter with Oja Indramani in 1948. After the end of the second world war in 1945 I continued my studies and passed the B.Sc. Examination of Calcutta University in 1948. I had also joined the Socialist Party (then Congress Socialist Party) as serving in the Canchipur High School as a science graduate teacher. Oja asked me to come over to Sindam Sinsang and take charge of teaching science in the school. Everytime I met him, Oja asked me to come over to his school. On Oja's school when another science teacher Shri I. Gopal Singh Joined the school to take over the teaching of science.

In course of time, the responsibility for running school fell on my shoulders. Oja gave me free-hand in executing various development programmes for the school and I could, with co-operation from the staff and blessing from Oja and the managing committee succeed in bringing up the school to an acceptable standard. Oja perhaps knew my family condition as well as my mentality. He persuaded me very strongly to be less active in politics and devote more time for development of the school. As Oja predicted, family conditions compelled me to be less active in politiecs. I fell that I did not have the mental make up for the power politiecs that was coming up gradually. When as offer from the Education Department came to me Oja blessed me to go over to the Department and do some useful things for education. It was with Oja's blessings that I could reach the top position in Education Department. I am grateful to Oja for his magnimity. I can never forget Oja in my life.

# শগোলশেম ইন্দ্রমনি
## ( ১৯০৭ - ১৯৮৭ )

শগোলশেম ইন্দ্রমনি, ইং কুমজা শোক ১৯০৭ কী মে ২ দা ইম্ফালগী থাংমৈবন্দা পোকখি। অপোকপগী মিংনা ইবোচাওবা অপোকপীগী মিংনা চমু কৌই। মচিন-মনাও ৬ (নুপা ৪ নুপী ২) গী মনুংদা ৩ শুবা মচানুপানি। পীক্লিংৈঙদগী অপোকপা পম্থোগা লৈমীন্নবা ফংলক্তুবনা মমানা ফিমু শারগা য়োন্দুনা ৱানা য়োক্লকই। মমান্নবা ময়াম্না স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎপা উবগা মহাকসু চৎনীংখি। নোংমা লৈকায়গী অহল অমনা হংই 'ইন্দ্রমনি নঙ লাইরিক তম্নীংদ্রা ?' মহাক্না খুম্মী, 'তম্নীংই, অদুবু ঈমানা লাইরিক লৈনবা শেন লৈতে হায়দুনা তমগে য়াদে।' অহলদুনা হায়, 'অদুদি নখোয় ঈমাগী চেংবোনদগী ফিমু অমখক পুরকউ স্কুলদা মিং চনবীগে।' ৱাহৈ অদু তারবা মতুংদা মহাক্না ফিমু অমা লোন্না পুরগা অহল অদুদা খুৎশিন্নখি। অহল অদুনা ফিমু অদু য়োল্লগা মহাকপু স্কুলদা মিং চনবীখি। লাইরিক লৈবীখি। অসুম্না অহলদুনা লাইরিক তম্বগী লমদা মহাকপু লমজিংবীখি।

মহাক কলকতা য়ুনিভর্সিটিদগী মেত্রিক পাস তৌখি। মমানা মখা তম্লনু হায়খি। চাংয়েং হায়দোকপা নুমিত্তা মমাগী ফমুংদা ফল্লগা নিংঙাই তৌজখি। মমানা য়াররোই খন্দুনা লৈকাইগী মচিন তোঙবা মীওই কয়াদা থা থাগী শেন খরা খরা হাপহল্লগা গৌহাতিগী কতন কলেজদা আইএ তমহনখি। মনীংতম্না লাইরিক তম্বা ঙমদবগী নীংবা কায়খি। মহাক্না হয়েং চাউরবা মতমদা লাইরিক তমজনিংবা, তম্বা ঙমজদবা, মপা মমা লৈজদবা মচাশিং অমদি লুখ্রাবী মচা লোইনা য়োক্তুনা মহৈ-মশীং তমহনগনি ৱাশকখি। মদুমক মহাক্না চাউরবা মতমদা ৱাশক ঙাকখি। মহৈ মশিংগী লমদা শোথরবা লমদম অসিগী নহারোলশিংবু মহৈ তমহন্নবগীদমক মহাক্না ইং ১৯৪৮ দা শিন্দমশিনশঙ রেসিডেন্সিয়েল

হায়স্কুল লিংখৎখি। ইং ১৯৫২-৫৩ দা ডি নিউ গার্লস এণ্ড এডল্ট নাইট হায়স্কুল লিংখৎখি। স্কুল অসি হৌজিক খুয়াথোং হায়স্কুল হায়দুনা মিং হোংখ্রে। সরকারনা (১৯৭৮ দা) লৌশিল্লবা মতুংদা ২০০৪ দা মুত্থৎখ্রে। ১৯৫৮-৫৯ দা লিলাশিং খোঙনাংখোঙ জুনিয়র হায়স্কুল লিংখৎখি। স্কুল অসি মথং চহীদা হায়স্কুল ওনখি।

মণিপুরগী নহারোলশিংবু মশা-মউ ফবা কংলৈচা ওইনবা হকচাং শাজেন তম্বীদুনা ফিজিকেল কলচরগী লমদা লমদম অসিদতা নত্তনা অৱাং নোংপোক লমদমদা লময়ানবা অমা ওইখি। মণিপুরগীতা নত্তনা নাগালেণ্ড অমদি অতৈ মফম কয়াদগী হকচাং শাজেন তম্বা লাকখি। ১৯৫১ দা মহাক্না মণিপুর মেন বোডি বিল্ডিং ইনষ্টিট্যুট লিংখৎতুনা মণিপুরদা ইহান হানবা ওইনা মিষ্টর মণিপুর কন্টেষ্ট পাঙথোকখি। মদুতা নত্তনা মুক্না , বোক্সিং, রেস্লিং, ৱেটলিফটিং অমদি জিম্নাষ্টিকনচিংবা কয়াগী শো উৎপা অমদি কনটেষ্টনচিংবা পাঙথোকখি। এমএমবিবিআই অসিনা পাঙথোকপা হকচাংগী অমদি শান্নবগী তান্নবা কয়াদা খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমদি খ্বাইদগী ফবা শান্নরোইশিংনা ট্রোফিগী মথক্তা শঙ্গোম শুম্বী ষন মপীমচা মনা ওইনা পী। খ্বাইদগী লমজেল য়াঙবদা ফৌবোৎ তরা পী। অসুম্না অফবা চিঞ্জাক চাবা ঙমজদবা শঙ্গোম থকপা ঙমজদবা শান্নরোইশিংবু অফবা চিঞ্জাক চাবা ঙম্নবা পাম্বেনি।

১৯৪৯ ওক্টোবর ১৫, মণিপুর ভারত্তা তিনখ্রে। অদুবু খ্বাইদগী য়ানিংদবা অহানবা মীওই শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা ওইখি। মীয়ামগী মত শেম্নবা নেসনেল য়ুনিয়ন কৌবা পার্টি অমা শেমখি। ১৯৫৩ দা মাদর মণিপুর কৌবা নুতিগী ফোঙবা চেফোঙ অমা মশামক্না ইডিটর ওইদুনা ফোঙবা হৌখি। মণিপুরনা ভারত্তা তিনবগী মায়োক্তা অকনবা রাজনীতিগী খোঙজং হৌখি। মদুগীদমক থেংখাং কয়ারক হন্না জেল চঙখি। মথং-মথং ওইনা মণিপুর রিভোলুস্নরি নেসনেলিষ্ট পার্টি অমদি মণিপুর নেসনেলিষ্ট পার্টি শেমদুনা মণিপুরদগী ওইবা রাজনীতিগী খোঙজং কয়া চঙবা হৌখি। কয়ারক হন্না জেলদা ফাজিন্দুনা থমখি।



মীয়াম্বু হকচাং ফনা থমদুনা মণিপুরবু হকচাং ফবশিংগী লৈবাক অমা ওইহন্নিংবদগী হকচাং শাজেল অমদি মহৌশাগী লাইয়েং পথাপ চথখবা হৌখি। পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ ফাওবদা মহাক্না নেচর কিওরগী লাইয়েংবু পামজখি। মহাক্না শাফ-শাজেন, লায়না অমসুং লায়েং, চরা হেনবা অমসুং চাবা লাইরিক অহুম ইদুনা ফোঙলম্মী।

১৯৮৭ নভেম্বর তাং ২৭ ইরাই নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা খঙহৌদনা থম্মোয়গী লায়না অমনা শগোলশেম ইন্দ্রমনি অরোইবা নিংশা হোনখি। মীওইবা খুন্নাইদা ফোঙবা ঙম্নরোইদবা পাউখোং অমা চনবীরমলে !

*– Oja Indramani Memorial Trust*

৯৯৬

# ꯀꯔꯤꯒꯤꯗꯃꯛ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤꯒꯤ ꯁꯥꯏꯑꯣꯅꯁꯤꯡ

# 'করিগীদমক্ ওজা ইন্দ্রমনিগী সাইওনশিং'

## (মীৎলম্‌দ উরক্‌প-পুক্নিংদ ফাওরক্‌প)

*কৈথেল্লাক্‌ফম্ সনাহোঙ্‌বা মঙাঙ*

*মৈত্রম, মেকোলা*

**শীংথাবরোল ঃ**

"...লৈখিদ্রবা ওজাসিবু হৌজিক্তি, নুমিত্ত, নুংসাদ, লম্বীদ, শান্নবুংঙদ, স্কুলদ, পোলটি ফার্মদ, উহৈদ, ঈশিংদ, মফম খুদিংদ, উদুনা ঙাক্ত লৈরি, করিগুম্বদ কাউব ঙম্লরোই" - কৈসাম কুঞ্জবিহারী।।

"... মাদি মী শেম্মী। থবক তৌব ঙমগদব মী উরবদি খক থাদোক্তে... মাঙোন্দ মীতৈ জাতিবু মশক তাক্লিংবগী অকম্ব ফিলিং লৈ" - হৱাইবম নিলমনি।

"... মণিপুরগী মাঙনব তৌবশিংবু য়াম্না থিনা চৈ, শাথিন শীদোকই। থীশ্রবা শক অদুনা ৱা ঙাঙলকপা মতমদদি মগুণ অমা লাক্কুনা মশক কয়াদ ফজনা উখ্রবা" - ৱাহেংবম প্রহলাদ।।

"...ওজা ইন্দ্রমনিনা ... হকচাং ফবা শাজেলগী মরমদ লেকচর তৌদুনতা লৈ.. পামজবা .. মঙলান অদুদি মহৈরোইশিংগী অচৌবা হোষ্টেল ... ইরোইফম শান্নফম মখল শুনা থম্বা.." - কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র।।

"... মরৈ য়াম্ন তৌগল্লি। মী তিন্নবা য়াম্না হৈ.." - জিসি তোংব্রা।।

"... অনৌবা মণিপুরবু শেমখিবশিংগী মনুংদা ইন্দ্রমনিসু অমনি বোঙী বিল্ডিংগী... বোক্সিংগী...মানা পুরকই ... মণিপুর শেমগৎপদা .. মথৌদাং ফজনা তৌখিবা নুপা অমনি" - সলাম তোম্বী।।

"...মরাইববকপু মশানা লেপচবা মীশক অমনি.." - ডা: এন, তোম্বী। ('অশ্নবা মী' ফে: ১, ১৯৯৬-পোক্লফম)। অসিনচিংবা শীংথারোল, তেংথারোলশিং খরসিদগীসু ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সিগী শক্তম-শক্লোনশিংনা মমল লৈন-পৈনা মীৎলমদা শং-শঙ লেপহল্লরে। ওজা মশামকনা হায়বীখিবা ৱাফমশিংনা তোপ-তোপ্না থমখ্রগা অতোপ্পশিংনা ফোঙদোকপীবা ৱাফমশিংসিদগী ওজাগী মশেক মঙালগী ওইবা পনকোইনুংগী পাক চাউববু হেন্না মহৈ য়াম্ন অমদি কুপতুনা থম্বা য়াদবা মৈগুম্ববু ময়েক লানা তুংগী মীরোলশিংনা উজবদা পুক্নিং ওস্তোক্লা লুমজে।

**হীরম কয়াদা ওজা ইন্দ্রমনি ঃ**

(১) বোডি বিল্ডিং, মোদর্ন রেষ্টলিং, মোদর্ন বোক্সিং অমদি ইন্দিজেনস গেমস, (২) নেচর কিওর, (৩) মোদর্ন ওর্ফানেজ, (৪) জর্নেলিজম, (৫) এদল্ট এডুকেসন, (৬) অইবা অমদি আর্ট, (৭) লৈঙাক্লোন অসিনচিংবদা শরুক তরেৎ থোক্লা চাউরাক্লা য়েংবা য়াই। তরেৎসিগী ফিবান্নুংদা চনগদবা মিস মণিপুর অহানবা ঈহৌ, পোলিটিকেলগী ঈহৌ, আর্ট ফোর্মশিংগী ঈনোৎ, মাইবরোল, পুন্সিরোলনচিংবসু নিংথিনা চনশিন্দুনা লৈখিবা অচঙবা মপোক অমনি। হৌজিকমক চীংমৈরোংদ লৈরিবা ওজাগী "লৈ ইঙ্খোল" না পুম্নমক্কি হিরী কোনফম, পোরম পোমিৎ শুংফম ওইখিবগা লোয়ননা ওজাগী শেংলবা মিরেলনা লৈ-ইঙ্খোলগী মফমশিংদ মরৈবাক্কী তুংগী মীরোলবু ঙাইবগুম তৌনা পুক্নিগী মীৎলমদা লেপলকপবু ওজাগী থম্মোয়গী মপাউ তারুবশিংনদি ঙসিসু অদুম্মক উরি হায়নিংই।

**থম্মোয় মরী শুব ঃ**

মথক্কী 'শীংথাবরোল' তাঙ্কক্তো শক্লাইবশিংনা শীংথাবীখিবা মচাক ময়াম অসিদা নৈনরুববসু, মখোয় করিগীদমক অসুম্না হায়রিবনো হায়বগী ৱাহং ময়াম মা চোংথোরক্লবদা পাউখুমশিংগীদমক ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সিগী ৱারীবু মতমগী লারোল হাইগত্তুনা য়েংনিংলকই। তারবদসু খঙউবদসু অমুক মহাক্কী খোঙ্গুল খুনামশিং ঙসিদি করি লৈরি হায়না ঙরাং অমদি ঙসিগী মায়কৈশিংদা মীৎফমশিং ওন্ন-ওন্না

থম্মীংলকই। তশেংবমক্তি শক্লাইবশিংনা শীংথারিবসিখক্তনসু ব্রাহং হংথনিংঙাইদি অদুক লৈত্রবনি হায়বা য়াই। পাউখুম ওইনিংঙাই য়ুমফমশিংবু থিদোক্তুনা নিংথিনা পরেং লেংশিনফম থোকপগী শিষ্টানা হেন্না লুম্লকই। থিগদৌরিবরা, পুথোকতৌরিরা, উৎতৌরিরা, ফাওরকপা ইহুলদু চিক মাংহনখিদৌরিবরা হায়বনচিংবা হেন্না হকপা ব্রাহং চবুলদু ঙসিগী মীরোলদা হংলক্লিবনি। ওজা ইন্দ্রমনিগী ফোটো নৎত্রগা অয়েকপা মাইথোং শক্তমশিং মীৎনা চেদা উরিবসিনা লু-তোংনা শাবা হকচাংগী শক্তমনি। পানগী তাইবঙগীনি। নুংগী তাইবঙগী শক্তমদি, শীংথাবরোলগী ব্রারোলশিং মতম-মতম তাশিল্লকপা ঙল্লবদি, থম্মোয়গী ওইবা শকফমদু তোপ-তোপ্না উবা ফংগনি হায়বসিনি। শীংথাবা হায়বসি হেক্ত হায়বা য়াবা নত্তে। ব্রাহৈশিংদুবু পোকহল্লক্লিবদু ওজা ইন্দ্রমনিগী পুন্সিগী য়ুমফমশিংদুনি। মদুশিংদুগা চানগদববু ব্রাহৈনা মহুৎ শীনবতনি। হৌজিক্তি শীংথাবরোলদগী ওজাগী থম্মোয়বু খরমখৈদি মরী শুব য়ারগনি। ঐখোয় নৈনমিন্নবা তাই। থনুংগী শক্তম অমসু য়েকখিবা তাবগী থৌদাংদু হৌজিক্কী মীরোলনা লৌবা তারি।

**করিগীদমক সাইওনশিং ঃ**

মসিমক্তি অরুবনি। অদুবু পম্বদি ওহ্মোক্লা পন্নিংই। থম্মোয়নুংদা নেৎশিন্দুনা থম্বদা ওহ্মোক্লা ব্রাবা পোত্তা ওই। অসুম্না পুক্লিংদা ফাওই - ওজা ইন্দ্রমনিদো মহাকচাঙ অমখক্তংগী কোক অমত্তং, মীৎ-না-খুৎ-খোঙ অনি অনিদং ওইখিবদো ওহ্মোক্লা পেল্লল্লোই। হকচাং মশীং য়াম্না থোক্লিংলমগনি। মদুনা থৌরম হীরম কয়াবু য়েহ্মোক্লদুনা চুমদ্রিং চুমদ্রিং অয়াঙবা তেনজৈগুম পাইশিন্নিংলমগনি। মরমদি তৌগদবা, তৌদবা য়াদবা, অব্রাৎপা, অশোয়বা, লম্মুকনবা, শেরান্নবা কয়ামুক্লা মতমদুগী মণিপুরদা পীক থন্না লৈরমখরে হায়বা খঙলে। চাকখুমগী চরুমৈসু য়াঙদবা য়াদবা, এঙ্গাংসু শেমদবা য়াদবা, ফৌসু ওৎলুদবা য়াদবা, শন ঈশিংসু পীথক্তবা য়াদবা, অঙাংসু থেমদবা য়াদবা, পোদবা য়াদবা অসিনচিংবা মী অমতংগী মতম অমত্তদা পাঙথোকহৌদবা য়াদবা শিষ্টাশিংনা ময়া কা-কাদুনা লৈরমগনি। ঙসিগী মণিপুর অসুক য়াম্না অহোবা, অপৈবা, লম্মাঙনবা, শেরান্নবা, অব্রাৎপা অসুক লৈরবদবু মতমদুগীদি কমদৌরমগনি। ঙসিসি করিগুম্বা নীংসা খরদং হোনজরিবনি হায়গে খল্লবদি মতমদুদা অহোবা ঈফুৎ খরা মেল্লম্বননি হায়বসিদি লাল্লরোই। মতমদুদা মতমদুগী ওজাগুম্বা



মথৌ তাখিবগুম্না হৌজিকসিদসু হৌজিক্কী ওজাগুম্বা অমা ইরৈবাকসিনা য়াম্নমক মথৌ তাই। ফুরুপ অমগী পুব্বারীদা অচঙবা থব্বায় মপোকশিং তাঙগল্লি। মশীং য়ামদে। শঙাইশেল পাইরকপগুমই। অসিগুম্বা মপোকশিং মরাঙ কায়দ্রিবনা করিগী ? নত্তে, ফুরপ্তু তোনানখিনি হায়বগীরা, নৎত্রগা মৈ ঈক-ঈকতুনা চৎফম থোকপগী চৎলম ফানশাংদুরা ? ওজাদি লৈঙাক্লোন্দসু মী অচঙবশিং মরুম কোনখি। মশামক্তি মীখলদা মায়থিখি। মরমদি অফা অপুন্নদৌবা অকক্লদৌবা লম্বীদুদা ইরৈবাক্লা মাগুম্বা অমগী পুন্সিবু পুনশিন্দুনা থম্লিংখিদে। মহাক্কী চাইখাইরমগদবা তোঙান তোঙানবা মরুশিংদু তুংলমচৎকৈদমক কোইচেন চেনবা মখোঙ য়াঙবা লৌমী অমগী থৌদাংদু ইরৈবাক্কী লৌবুকশিংদা মথৌ ওহোক্লা তাই। মসিবু হৌজিকসিদা অদুক পঙহায়-হায়বরোমগীদি শুকনৎ নত্তে। অদুঙৈগী মফম-মতম-মরমশিংদুগী ইঙ্গিৎখক্কি লোকশিল্পকপা ব্বানি। হকচাংনা তরেৎ-তরা লোঙদুনা সাইওনবা ঙমদ্রবসু পুক্লিংগী পাঙ্গলদদি মরৈবাক্কীদমক শাইওনখি লাংওনখি। হকচাংদি নৈহৎলম্বা য়াই। পুক্লিংদি য়েনিং হুন্দুনতা লৈরমগনি। মদুমক্তনা পুন্সিগী অরোয়বা মিকুপ ফাওবদা 'করিসু তৌদে - ফরনি' হায়দুনা ইরোই লোইবা কায়নবগী চৈনা মসি উৎখিদবনি। মাগী ব্বাহে "মীনা শিবসি অমুনবা উহে অমা কেল্লকতুনা তারকপগুম্বনি। মীতৈ গুম্বা, মালেমগী মনুংদা খ্বায়দগী মরাইবক থিরবা লৈখা তারবা জাতি লৈরম্লরোই... ঐখোয় কনানো হায়বদু ইপা-ইপুনা তাক্লম্বদু উৎসি.."। ওজাগী মশাগী চহী ৮০ শুবদা খৃ: কুম ১৯৮৭, নভেম্বর ২৭ তা তাইবঙপান থাদোক্লমলে। অদুবু মরৈবাকপুদি তশেংনমক তুংওইনরল্লবরা ? নত্তে, হিরী কোনফম লৈ-ইখোলদা ঙসিসু হিরী কোল্লমখিগনি। চয়োল অমগী ৬ শুবা নুমিৎ ইরাইদা চৎখিবনি। শিছা লোইদ্রি, খুৎসু থাঙ চামদ্রি। তুংগী মীরোল অমগী ঈচেলদা ওজাগী মীরেলনা থাজ কোরৌ য়াইফববু ঙাইরি।

ওজা ইন্দ্রমনি ! ওজাগী মফমদা থম্মোয়দগী খুদোল অমত্তং তমজগেকো, (ইন্দ্র-মণি!) "সলাইরেন লৈবাক্কী হিয়াই - তমফা ! লুচিংবা নহাক ঙাল্লখো !" ❑

ঌ৵ৎ

# ꯑꯔꯣꯏꯕ ꯎꯅꯈꯤꯕ ꯅꯨꯃꯤꯠ
# অরোইবা উনখিবা নুমিৎ

*এম: কে: বিনোদিনি*
*২৩/১১/২০০০*

নুমিৎ অদো ঐ নীংশিংলি। তাদা ইন্দ্রমনিগী মরমদা অখঙবা খরা ইয়ু হায়রকখি। ইন্দ্রমনি, শগোলশেম ইন্দ্রমনি ঐনদি তাদ হায়না কৌজে। ঐনা ঙসি ৱারেং অসি ইবা মতমদা মাঙদা শং-শঙ লেপলরে - ঐগী তাদ ইন্দ্রমনি।

নোংমা পাউ অমা লাকখিবনি অথেংবা অহিংদা - ফনা কুইশ্রবগী ৱানি। ঐগী ইনাওনুপাশিংনা ফোন তৌরকখি - পাজি ঙসি থোক্লবা য়াই থুনা লাকউ। পাজি হায়রিবসে ঐগী ইপুবোক ডা: ভারত্তপুনি। ঐনা থীন্দনা কার পুরগা চৎখি ঐগী ড্রাইভর নুপামচা অদুগা। অৱাং বি: ও: সি: খরা হেল্লকপদা কার চপ লেপখি। থাও য়াওদবনি। ঙাইহাক চমমনৈ করি তৌসিগে। মী চৎপা মতম নত্তে - অথেংবা অহিংনি। ঐনা নুপামচাদুগা চীংমৈরোং ফাওবদা তপ্ন-তপ্না কার অদুসু ইনখি। মানা থাও লৌবা নৈকাইদা চৎখি অদুগা ঐনা ইতোমতা কার শংদুনা লৈবা তাখি। মতম অদুদি কা হেন্না অকি অখঙসু কয়া লৈখিদে। অদুগীসু মথক্তা মী তাবা হৌরে দুকান পরেং শানা লৈরি থোইনা কিনিংঙাই লৈতে নোংসু মঙাল্লক্লগনি। ঐ ইতোমতা হঙ্গৎ-হন্দা চৎখি, তঙায় ফদনা কনানো অমা লাকপা উখি। মানি, লিচৈ পাইবা, খোঙথাং কন্না থাংবা নুপা অমনি। ঐনা হরাওখি মী অমা উবদা চঙশিল্লি মনাক্তুদা অচৌবা খোঙনাং মখোঙদুদা। ঐগী তাদ ইন্দ্রমনি ওইরম্মী। মানা মুন্না য়েংই। পাক খঙবা ঙমখিদে। মতম অদুদা মফম অদুদা ঐগা থেংনখিবদা হায়খি নঙদি কৈদৌরিবা ? ঐনা ৱারী লীখি। পাউ অদু তারগা শোনখিবনি 'ই ! নুংঙাইতেদা' অসুম্না ইচিন-ইপ্পা ফনা কুইনা ৱারী



শান্নখি। মাগী খোঙচৎ অদো মহৌশা অঙনবা অয়ুক্তা শাংনা-শাংনা হৱা চাবা থোরকপদুনি। মানা নোংমদা মাইল মাপল শোইদনা চৎলি। ঐগী লৈফম য়াইস্কুল শমদুনা শিংজমৈ কোইরগা মাইল মপালগী খোঙচৎ লোইশিল্লি। মতমদো মশা ফনা খিংলি, য়াম্না কল্লি অদুবু নহাদি নত্রে। ওঙ্খোকপনি ঐগা ফনা শাংনা উনখিদ্রে অদুগা তাখি ঐগী তাদ ইন্দ্রমনি লৈখিদ্রে। থাজখিদে ঐনা, ঙকখি করিগী মহাকপু? অদুবু পুমহাং হাংখিবনি, মদুনা অরোইবনি ঐগা-মাগা উনখিবা।

তাদগা ঐখোয়গা খঙনখিবসু কোনুংদনি। মাবু ঐখোয়দা কনানসু ইন্ট্রদ্যুস তৌখিবা নৎতে। মতম অদো ঐ স্কুল তল্লিবা মতম ওইবা য়াই। ঐগী ইচে য়াইমা সনায়াইমা অনাবী হায়রগসু খঙনৈ, ফনা কন্না তি.বিনা নাদুনা লৈবা মতমনি, হিংবগী আশা লৈতে মতম ঙায়বনি। অদুবু চেকশিন্না শেন্নখি। পুক্সি শাংনবা য়েংবা য়াবা মখে য়েংলে, কলকাতাদা চত্তুনা ডা: বিধান চন্দ্ররাই অমদি ডা: নিলারঞ্জন সরকারদা য়েংলুরে। মতাং অসিদা তাদ শগোলশেম ইন্দ্রমনি ঐখোয়না খঙখি। মাদি ঐগী ইচে তোম্বীয়াইমবু নেচরোপেথিগী লায়েংনা কন্না চেকশিন্না য়েংলিবা মাইবনি। অসুম্না ঐখোয়না মাবু উখি। হৌজিক্তি খঙলক্লে মানা নেচরবু থাজখি, হায়খি - "Man cannot defy Nature completely" লাইৱাদো মানা মীয়ামদা শন্দোকখি। অদুনা ঐখোয়না থাজখি অঙকপা মাইবা অসিনা ঐগী ইচেবু শোইদনা কনবীবা ঙমগনি। মানা শাংনা-শাংনা ঐগী ইচে অনাবীগা ৱারী শানৈ। মখল-মখলগী ৱারী ঐনা ঙক্লা তাখি। অনিদো য়াম্নমকসু চান্নজে। মানা তাদ কৌবদগী ঐসু কৌখিবনি। অঙকপা মাইবনি, ঐখোয়বু মানা শুমহৎলি আরবিয়ান নাইটতা য়াওবা অঙকপা মীওই অমগুম।

ঙক্লিবদি অসিগুম্বা নুপাসে ঐনা নীংশিংদুনতা লৈবা মীওই অমদি নৎখিদে। মদুনা মতাং-মতাংদা মানা হেক কৌরক্লগা ঐঙোন্দা করিনো অমা হেক্তা হায়রনি। করিনোসু খঙদে। অদুবু খঙঙমদ্রবা মরী অমা মাগা ঐ লৈনখি মাল্লে।

ঐগী ৱারেং অসে শগোলশেম ইন্দ্রমনি কৌবা নুপা অমগী পুন্সি ৱারী নত্তে। ঐগী লনাইগী ওইনা ঐনা থেংনখিবা, ঐনা নীংশিংহৌবা ৱারী মতেক অমতনি।

মতম অদো, শিন্দম-শিনশঙ অনাথ আশ্রম লিংখৎতুনা য়াম্না ফজনা চখবা মতমনি। জগোই, ঈশৈ, থাং-তা, লাইয়েকপা, হকচাং শাজেন্না মপুং ওইবা ইনষ্টিট্যুসননি। মানা থাজখি, - "Education is the creation of sound mind on a sound body" মতম অমদা ঐনা নিংঙাই তৌখি। তাদা ঐ নঙগী শিন্দম-শিনশঙদা ওজা ওইগে, ওইসু ওইহনখি মতম খরা, অদুবু হৈনদদুনা অদুম তোকখি। অমুক শাংনা মাগা-ঐগা থেংনখিদ্রে। মাবু কাওথোক্লুই, ঐগী ইচে অনাবীসু লৈখিদরে। মরী তৎলবগুম তৌখি। অদুবু অমুকসু মাগা-ঐগা নকশিন্নখি, মতম অদো ঐ য়ুম পাল্লে, নোংমা তাদনা ঐবু নীংশিংবীরকখি। ৱারোলসি মণিপুরদা অহানবা ওইনা Mr./Miss Manipur খনবগী নঙসু জুরিদা য়াওদবা য়াদে। ঐনা হরাও-হরাও য়াওখি। তাদনা মসি হৌরকপা খঙবু খঙলমদে। শক ফজবা খনবগী ৱা ঙাক্তা ওইরমদে। শক-চুগী মথক্তা শাফবা-শাফবী খনবা ওইরম্মী । তাদনা থাজখি - "Without health nothing is useful" । মানা থাজখি - "Healthy person is sincere, honest and noble". অচুম্বনি, অদুগা মীথোই-মীহেল্লবা শাফবা-শাফবীশিংদা মনা-মথুম কয়া পীরম্মী অদুগীসু মথক্তা শনবী অমসু য়াওখি হায়। খঙনীং নীংশিংলকখি, ওলেম্পীক্কী মনাসু ওলিভ পাম্বীগী (চোরফোন) মনানা ওইখি। ঙসি মনা হায়রগা ঐখোয়না অচৌবা শেনফম অমবু খঙনরি। অদুনা খল্লক্লে ঙসিদি শেনগী মনানা য়োম্লগা পুথোক্লরক্লিবা শাফবা-শাফবীশিংসে Decorative Piece ওইনা থমগদবা লাইফদিবী ওইনা। খঙদে করম্বনা চুল্লিবনো? মতম অদুদা পুথোকখিবা শাফব-শাফবীশিংদো সনা-লুপা থোমজিনখিবা নত্তে। মরুওইনা নুপীমচাশিংদো থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ অয়েংবা মীশিংবু হুমাং লাংহনবা থোরকহিবা নৎতে। শুপ্নগী মোজা- ফুরিৎ মচেৎ অমা লিৎলগা, অপৌবা হকচাং কয়াৎ উৎপা খোঙ্গ্রাও মতেক অমা শেংপনি। উৎলিবনা শক-চু ফজবগী মথক্তা চেনদুনা-চোংদুনা মপাঙ্গল উৎলি,

মশা ফবা উৎলি। ঙসিগা কয়াদা খেৎনগ্লবা। অদুবু মসিমদি হৌজিকসু ঐনা থাজরি - মীওইবগী হকচাং কয়াৎপু হেন্না ফজবা কয়াৎপু কদাইদা লৈরিবগে ? ফিজেৎ লৈতেংদি কান্নদবা কুয়োমনি মীওইবগী।

নোংমসু মানা নমদুনা ঐবু খুরাই কেন্দ্রদা মীখল থেংনহনখি। অদুবু তাদনদি খঙখিদে, ঐসে কয়াগী মতিক মতিক চাদ্রবা মীনোহায়বসে। রাজনীতি, ঐগীদমক্তদি ওইখিদে। হৌজিক্তি খঙলক্লে ইন্দ্রমনি মণিপুরগীদমক্তা খনবদা শুকপো পোখাদবা (Untiring) মীশক অমা ওইখি। অদুনা মাদি অনৌবা মণিপুর অমা, অশেংবা ইনভাইরনমেন্টতা সাগৎপা পামখি। হন্না-হন্না মাঙজিন থানা ব্রাখল খনখিবা নুপানি ঐগী তাদদো। মতমদুদা মখোয়না ফোঙখিবা পমপ্লেট অমদা হায়রম্মী। "To-day not only the outsider are trying to supress us but also trying to produce washerman. Barbers and Coolies.". অঙকপা লাইফাওনি ইন্দ্রমনিগী। খল্লি ঙসিগী তং-তাদ্রবা ঈরাক্লরবা মণিপুরগী অরুবা তাঙ্কক্তা তাদা হিংলম্লবদি, মা করি তৌরমগনি। ঙসিগী কংলৈপাক নত্তে মহাক্লা মংজখিবা মঙলান, মসি নত্তে মাগী অনৌবা মশা খিংবা মণিপুর। অদুবু মণিপুর, নিংঙম্লক্তে করিগী মাগুম্বা মচা থোরক্তে। মরাইবক থিখ্রেদকো ঈমা নঙসে ! ইন্দ্রমনি, ঐগী তাদ ইন্দ্রমনি, পামুইদা ! ❑

৯)(৬

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯒꯤ ꯅꯦꯁꯅꯦꯂꯤꯖꯝ
# ꯌꯥꯀꯥꯏꯍꯟꯕꯤꯔꯝꯕ ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# মণিপুরগী নেসনেল্লিজম য়াকাইহনবীরল্বা শগোলশেম ইন্দ্রমনি

✍ হাওবম সনাজাওবা, কিয়ামগৈ

এঙলো মণিপুর ৱারদা মায়থিরবা মীয়াম্না লোইলম লৈঙাক্কী অৱা চৈথেঙ হায়নিংঙাই লৈতনা ৱানা খাঙন্নখিবা অদুমক্না নীংতম্বগী লেম্ফু লৈজবা মণিপুরী ফুরুপকী মফমদদি নোঙ্ছদুনা তুহল্লিবা মফম মতমদুমক্তদা মতীঙ থোক্লা লেপখৎখিবগী ৱারী শীঙবুলনা মণিপুরী পুৱারী ওইদুনা লাক্লি। মীখা পোনবগী চৈথেঙ-চৈনাদুমক্লা লাল মতুংগী মীরোল অমা অনিগী মনুংদা মণিপুরী ফুরুপকী য়াকাইরোল শক্লকখিবা লুচিংবা লময়ানবশিং মথং-মথং থোরকখি। হিজম অঙাংহল, নাওরিয়া ফুলো, হিজম ইরাবোত, খ্বাইরাকপম চাউবনা মমা লৈবাক্কীদমক তৌরম্বা থবকশিং পুৱারীগী লাতমদা মুৎনাইদনা লৈহৌরি। মথংগী মীরোলদা মঙাল নাইনা থোরকখিবা লুচিংবশিংগী মনুংদা শগোলশেম ইন্দ্রমনিবু থোইদোক্লা পন্নরি। অসিগুম্বা তাক্কক্তা থোরকখিবা লুচিংবশিং অসি মণিপুর ঈমানা পীরকপা তাঙলবা পুৱারীগী খুদোলনি। হায়রিবা খুদোলশিংগী মনুংদা ইন্দ্রমনিদি খ্বাইদগী মোডর্ন ওইবা অমদি দাইনামিক ওইবা রিভোলুস্নরিশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী পোলিটিকেল ওইবা ৱাখল মীৎয়েং অদুমক ঙসিগী মীরোলনা মপোপ কায়দনা চঙশিন্নরিবা অসিমক্লা তাকপদি মহাক্কী লমজীং অসি থোইদোক্লা মীৎয়েং শানবা পান্দম অমনি হায়বদি নেসনেল ওবজেক্তিভ অমনি হায়বসিনি। মহাক্লা মঙলম্বা মঙলানশিং থবক্তা ওঙ্ছোক্লম্বশিংগী মনুংদা হেল্থ এডুকেসন, স্পোর্টস, মহৈ-মশীংগী লমদা ওজা অমা ওইনা অমদি ওর্গেনাইজর ওইনা, জর্নেলিজম অসিনচিংবা লমশিংদা লময়ানখিবা লুচিংবনি অমদি

ওজানি। মরম অসিনা মহাকপু হকথেংননা উজহৌদ্রবসু অনৌবা মীরোল য়াওনা খ্বায় পুম্নমক্না মহাকপু ওজা ইন্দ্রমনি হায়না নুংশিনা কৌনরি।

মহাক্কী তাঙলবা মগুণসিংগী মনুংদা হীরম খুদিংমক্কী লৌশিং তানশিন্নবা হোৎনবনি। হিরম অমদা মমুৎতানা লৌশিং তানশিন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা মদোমখক্তং খঙলগা তোকপগী মহুত্তা পুম্নমক্না খঙমীন্নবা হোৎনবগী মোটিভেসন অমা মঙোন্দা য়াওরি। মহাক্না মঙলম্বা অথুপ্পা মঙলানশিংগী খোঙথাং পুম্নমক্তা মণিপুরী ঈমাগী পোকচমল মহে শিংদোক্লবা পান্দম মাঙদা থম্লগা চঙশীনখিবা ঙাক্তা ওইনা তৌখি। মহাক্কী ব্রাখল্লোন্দা মতম অমগী মপাঙ্গল কল্লম্বা জর্ম্মনি, জাপানগুম্বা লৈবাকশিং অসিগী কলচরদা লূ নানবা, পুকচেল শেংবা অমদি হকচাং ফনা লৈববু মরুওইনা অমসুং ইকায় খুম্নমা লৌরম্বা অদুমক মহাক্কীসু থম্মোয়না পামজবিনি। মদুগুম্না মণিপুরী মীয়ামসু মশা মউ ফনা মবুকচেল শেংনা লৈহল্লবতদা মরৈবাক মজাতিগীদমক মথৌ তাবা খুদোল পীবা ঙমগনি হায়বসিনি। হকচাং ফবা হায়বসি নাদ-য়েক্তনবনি হায়বা অসিখক্তং ইন্দ্রমনিনা লৌদে। হকচাংবু ফরবদি অৱাংবা ৱাখল্লোন খনবা ঙম্বদা নত্তনা মতীঙ লৈবা কংলৈ মীয়াম, অনৌবা ফুরুপ অমুক হন্না শাগৎপদা চঙদবা য়াদবা মচাক্লি হায়না লৌখি। মহাক্না থৱায় তানা শেমগৎচরম্বা ফিজিকেল কলচরনা মীওইবগী লমচৎ শাজৎ শেমগৎপা, হিদান্নবগী অৱাংবা ৱাখল্লোন পুবা, পুক্লিংবু লম হেলহন্দনা খুদুম চনশিনবা, মথৌনা মরীংজেল লৈরবা অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবগী নেসনেল ওবজেক্টিব ওইবা ৱাখল্লোন্দা য়ুম্ফম ওইরি। মতৌ অসুম্না হকচাং ফবগী লমদত্না নত্তনা অতৈ লময়াম্লম্বা হীরম খুদিংকমক্তা অমদি মহাক্কী পুন্সিগী খোঙথাংশিংদা মরৈবাকপু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবগী য়াকাইরোল শক্লম-শক্লম তৌরম্বা ঙাক্লি।

ঙসিগী মীরোল্লনা য়াম্না কল্লকচবদি, মহাক্কী পোকপদগী লোয়নরক্লবা মী খুদিংমক লোয়নবা হৈবা, মীগী পুক্লিং ফাথবা ঙম্বা অসিমক্লসু নেসনেল প্রোসেসদা য়াম্না পুকচেল শেংনা শিজীন্নবা হোৎনখিবা অসিনি। কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদোকপা ঙল্লমদ্রবা নিংথৌকোনগী থম্মোয় কয়া য়াওনা মণিপুরগী চীংমায় চীঙশাং কয়ামুক

লমজাও খোন্না পুবা ঙম্বা থম্মোয়শিংবু মাগী খোমজীন তাশিনবা ৱাঙাঙনা মায়ওন পীদুনা পচ্ছুং তান্না মোং হাদনা পুরকপা ঙমখি, অঙকপনি। মদুসু নিও কোলেনিয়েল পোলিটিক্স নত্তবা, মীওইবগী চৎন-লোন ওইবা মীৎয়েংদা তুংগী মীরোলনা মাগী খোঙ্গুল লীরক্কদবা মওংদনি !

তশেংনমক পোষ্ট মর্জর মণিপুর পোলিটিক্সকী ফম্বাক্তা আর, কে, মায়পাকসম্না, য়াংমাসো শাইজা অমসুং ৱাহেংবম প্রলাহ্‌দগা লোয়ননা চৎমীন্নরম্বা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী পোলিটিক্সকী মীৎয়েং অসিমুক ৱাহন্থোক লৈবা অমসুং তুং কোইগদবা ঙসি ফাওবা ফোঙনা থোরকত্রি। নীংতম্না পাঞ্জরম্বা মণিপুরবু ইন্দিয়ানা নমদুনা লৌশিনখ্রবা মতুংদা নমথবগী মওংদা হম্ববা থাক্তা ময়োল্লম্না লৈঙাক্লকপা অসিবু য়ানিংদবা ফোঙদোরকখি। ফংফম থোকপা হকশিং ফংনবা পোলিটিকেল দিমান্দ তৌরকখি। মণিপুরগী পুৱারীদা মুৎনাইদনা লৈহৌগদবা খোঞ্জেলদি মণিপুরসু মনীংতম্বগী থাক্তা লৈগদবনি হায়না য়াম্না ময়েক শেংনা হায়বীরম্বা অসিনি। ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট ওইনা লৈগদবনি হায়বসি মাগী খোল্লাওনি। মসিগীদমক জেলদা লৈখি অমসুং ৱাথোক ওইনরকপদগী ৱাফম অসি ফোঙনা মচা পোকহনখিদে। তৌবদবু মণিপুরগী নীংতম ঈহৌদি ইং ১৯৫৩ দগী হৌনা ইন্দ্রমনিনা লুচিংবা মীওই মরিনা হৌদোকখি হায়বসিমদি চুমদুনা লৈরগনি। মহাক্না পোলিটিক্সগী ফম্বাক্তা চেল্লম্বা পাউজেল, মাগী হকচাং শাজেল, চেফোঙ 'মাদর মণিপুর', 'ইরৈবাক' নচিংবনা পীরক্লিবা খুদোলদি তুংলমচৎনা ঙাইরিবা মণিপুরী নেসনেলিজমনি। নীংতম্বা হায়বসি হেক্তা পীথোক্কদবা নৎত্রগা হেক্তা খঙলৌ লৌরুগদবা ঙাক্তা নত্তে, মসিদি মমুন ফানা তানশিল্লগা ফংগদবনি। তীঞ্জং কায়জঙদবা, মশা মউ ফবা, মীথোয় মীহেনবা অমদি অৱাঙবা ৱাখল খনবা ঙম্বা মণিপুরী ফুরুপ ওইদুনা হীরম খুদিংদা মখোঙ মরোমদোম লেপচনবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা শক্লম্বা মণিপুরী নেসনেলিজমগী য়াকাইরোল ঈশৈনা ঙসিদি খোঞ্চাং য়ৈরক্লে, হেন্না নিল্লক্লে। ❑

# ꯇꯥꯡꯂꯕ ꯃꯅꯤ ꯑꯃꯥ

## তাঙলবা মণি অমা

✍ মোইরাংথেম রাজেন্দ্রা
তেম্বা

"কোরৌ নোংনা ৱাংবরা
পম্বৌ ঈপানা মৱাংই
মালেম লৈমনা লুম্বরা
পলেম ঈমানা মরুম্মী
পলেম পম্বৌ অনিদৈসু
পোক্লফম লমদমনা মহেল্লি"

কয়াদা ফজনা পোক্লফম লমদমবু নুংশিনা ইরিবা কনাগুম্বা কবি অমদা ! মমা লৈবাকপু অসুক্কী মতীক নুংশিজৈ হায়বসি অপাবা খুদিংমক্লা পরেং খরা অসি পারগা অদুম খঙবা ঙম্মী। মরৈবাকপু নুংশিবা কংলৈচা কয়া ঐখোয়গী লমদম অসিদা পোকখ্রে। পোক্লফম লমদমগীদমক কখোক্লবা মীওই কয়া অমসু য়াওখ্রে। মমা লৈবাক্কীদমক কখোকপদা মীয়ামগীদমক হোৎনবদা মশামক্কী মচা মশুশিং য়েংশিনবীবা ৱাংলকপা, অতৈ অতোপ্পগী মচাশিংবুসু মশামক্কী মচামকনি খনবা মীওই খরবুদি লৈরম্বা য়াই অদুবু কয়া য়াম্না লৈবগে হেক থিরুবা তারবদি থিবা য়াম্না ৱাখিগনি। অসিগুম্বা মীওই অসি মশীং খরতনি। খুৎশা থেক্কুনা মশীং থীবদা খরতনি। মখোয় খরা অসিগী মনুংদা মীয়াম্না ওজা ইন্দ্রমনি হায়না খঙনবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিসু অমনি। মচাগীতা খনবতা নত্তনা মীগীসু য়াম্না খনবগী মতাংদা কনাগুম্বা অমনা মচাশিংগীদমক অদুক হাক্লা ইন্টরেষ্ট করিগী লৌদ্রিবনো হংবদা "ঐনা য়েশিনবীগদবা ঐগী অঙাং লিশিং লিশিং লৈ, মখোয়শিংদু (ঈচাশিং) চেকশিনগদবা, ঐগীনি হায়বা

তোপ-তোপ্পা অঙাং লৈতে। মণিপুরগী নহারোল পুম্বা ঐগী অঙাং ঙাক্তনি, ঐনা মখোয়বু ফগৎহনবা তাই" হায়না খুমখি। কয়াদা ফজখ্রবা থম্মোয়নো ! কয়াদা অঙাংশিংবু নুংশিজখ্রবনো ! ওজা ইন্দ্রমনি তশেংনমক মণি অমনি, তাঙলবা মণি ! চিন্তা মণিনি, কৌস্তুভ মণিনি, রুদ্র মণিনি। য়োৎনি খঙদে করিনি খঙদে শোকপু শোকউরবদা সনা ওনবা স্পর্শমণি খাইনা তান্নরি। ওজা ইন্দ্রমনিসু মানা য়াওরুবা তৌরুবা থবক কয়া সনা ওন্ননবা হোৎনখিবা মীশকনি। মহাক্কী পুন্সি ৱারীনা, মানা তৌখিবা থবক্লা মহাক অসুক্কী মতীক ফিন্দমনিংঙাই ওই হায়বা তাকই। শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী পুন্সি ৱারীদগী মীগী থম্মোয়দা দগ পানগদবা য়াম্না তমজনিংঙাই ওইবা থৌরম কয়ামরুম লৈ। মখোয়শিংদুনা মহাক অসি ফিন্দমনিংঙাইগী মশক ওইরবা মীশক অমনি হায়বদু অদুম তাকই। কয়ামুক য়াম্না নীতি চেৎপা, প্রিন্সিপল লৈবা, আইদিয়েল ওইবা, পূক্নিংগী অচেৎপা ফিরেপ লৈবা মীশক্লো হায়বদু মহাক্কী পুন্সি ৱারীগী থৌদোক খরা য়েংলগা খঙবা ঙম্মী।

খুদম ওইনা পঞ্জরবদা, হৌজিক্কী খোয়াথোং হায়স্কুল হায়না খঙনরিবা অদুঙৈগী নিউ গার্লস এন্দ এডল্ট নাইট হায়স্কুল কৌরিঙৈগী স্কুলশঙ শাবগী মতাং খন্নবা য়াই। স্কুল অসি খৃষ্টকী কুম ১৯৫১ দা লিংখৎখিবনি। স্কুলগী বিল্ডিং শাবা হৌদি হৌজিল্লুরগা কুপ্নবা জিঙ্খ্ন (সিআই সিট) ফংদবগী মতাং অমা লৈখি। মতম অদুদা য়ুম কুপ্নবা জিঙ্খ্ন অসি সরকারগী পার্মিট ফংদ্রবদি সিভিল সপ্লাই দিপার্টমেন্টদগী লৈবা ফংনরমদে। হৌজিক হৌজিক দুকান্দা য়োল্লিবা অসুম্না মতমদুদা জিঙ্খ্ন য়োন্নরমদে। সরকারগী পার্মিট ফংবা হায়বসিসু অরায়বা নত্তে। দিমান্দনা য়ামশিল্লকপা মরম্না কষ্টমরশিংনা য়াম্না চাউরবা প্রোব্লেম মায়োক্নরম্মী। মতম অদুদা স্কুল অসিগী শঙলেন কুপ্নবা সরকারগী পার্মিট সিভিল সপ্লাই ডিসিদগী পীবিয়ু য়াখিদে। ফনা কন্না তক্নরবা ফাওবদা পার্মিট ফংবগী ৱাফম লৈখিদে। শাজিল্লুরবা বিল্ডিং অদুদি কুপ্তবা য়াদবা মতাং লাকখি। রিগুলর ক্লাস চথবদা অকায়বা লাক্দৌরিবনি। স্কুলশঙ শাদবা য়াদে, লোয়শিন্দবা য়াদে হায়বসি ওজা ইন্দ্রমনিগী অচেৎপা লাইনিংনি, ফার্ম দিটরমিনেসন্নি। অসিগুম্বা অরেপ্পা অচেৎপা পান্দম অসি পাঙথোক্নবা ওজা



অসি মশাগী য়ুম কুপ্লিবা সিআই সিট জিঙ্খ অদু স্ক্রু লৈথোক্লুনা মহাক মশামক্লা ফকতোক্লগা স্কুলশঙ লোয়শিনবগী থবক পাঙথোকখি। মশাগী লৈননবা মতীক চাবা য়ুম লৈবা নত্তে। অদু ফাওবদা হরাও মথোই কানা মোমোন নোক্লা ওজা ইন্দ্রমনিনা খোঙথাং অসিদা চঙশিনখিবনি। মসিদা কনাগুম্বা মানা তৌরিবা, থাংজিল্লিবা খোঙথাং অসি অঙাওবগী থবক অরোয়বী য়ৌরক্লবনি হায়বীরম্বসু য়াই নৎত্রগা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী অয়ৌবী থাক য়ৌরক্লবনি হায়বীরম্বসু য়াই। অনিসিগী মরক্তা অমদা হেক্তা হায়নবীবা য়াই নৎত্রগা অনিমক শুপ্লা হায়বীবসু য়াই। পামজবদা ঙাওজবা অসি মীওইবগী হৌনশানি। মীয়ামগী খনবদা, মহৈরোইশিংগী খনবদা, মশাগী ওইজবা থাদোকপদা ঙাওজরিবা ওজানি। কনাগুম্বা মী অমনা অসুম্না ঙাওজবা অসি পাক হেক ঙমগদবা নত্তে। মী খুদিংমক পামজবদা ঙাওরিবনি খুৎঙাও মান্নদবগী ৱানি। কনানা মশাগী ওইজবা থিবদা মীগী অৱাবা করি অমত্তা খঙদবমখৈ উদবমখৈ নাচুংদবমখৈ ঙাওরি, কনা অমনা মীগী খনবদা মশাগী ওইজবা থাদোকপদা ঙাওরি। অসিগুম্বা মখলগী খুৎঙাও অসিদনি ওজা ইন্দ্রমনিনা ঙাওজবা। অসিগুম মখলগী খুৎঙাও অসিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা চেল্লবদবু মালেমদা মীওই খুন্নাইগী পুন্সিদা করিগী তঙদু লৈতাবা পুন্সি লৈরমলোইদগে !

মখা তাবা ওইনা ওজা অসিনা ফুদ প্রদক্সন ওফিসারগী পোষ্ট লৌখিদবা মতাংসু নীংশিংবা য়াই। রাজনীতিগী পুন্সিদা খোঙদারকপগা লোয়ননা মহাক্লা এডিটর ওইদুনা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা পাউচে "মাদর মণিপুর" ফোঙখি। অদুবু পাউ-চে অসিদা সরকারনা করিগুম্বা মতাং অমদা য়েংশিল্লকপদগী চেফোঙ অসি থিংজিনখি। চেফোঙ অসি থিংখ্রবা তুংদা "ইরৈপাক" হায়না মীংথোনবা হান্নগীদুগা নুংগী ৱাখল্লোন মান্নবা চেফোঙ অমমুক পুথোকখি। চৈরক অসিদনি ওজা ইন্দ্রমনি অমসুং মাগী খোঙলোয় অহুম পুন্না মখোয় মরিবু থা ৯ জেলদা থমখি। মহাক্কী পোলিটিকেল এক্টিভিটি অসুম্না চত্থরিঙৈদা নোংমা কনাগুম্বা মেসেঞ্জর অমনা মঙোন্দা গেজেটেদকী থাক্তা লৈবা মথক্কী পঞ্জখিবা পোষ্ট, ফুদ প্রদক্সন ওফিসারগী এপোইন্টমেন্ট লেটর পুরক্লুনা মঙোন্দা খুৎশিন্নখি। ওজা ইন্দ্রমনিনা করেম্নবগী মীনোক নোক্লুনা এপোইন্টমেন্ট লেটর অদু

শেগায়খি। অসুম্না মঙোন্দা ওফর তৌরকপা পোষ্ট অদু লৌবীয়ু য়াখিদে। থৌনা ফনা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মাগী ফিরেপ চেৎনা লৈখি। য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা ষ্ট্রাইকিং ওইবা ৱাফমদি ওজা ইন্দ্রমনি মানা লৌখিবা ফিরেপ কয়া থৌনা ফনা মায়োক্লবা অসিনি। মাগী ফিরেপ হোংননবা অপান্বা মীহৌহনবা লাংনা মাবু ফাগে হায়না থাক্লকপদা থাক্লিবা লাং অদুবু ফোইদৎতুনা থদৎতুনা নাছোকপা অমসুং মাগী ফিরেপ হোংদবা অসিনী মাগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা ওজা অসি নীতি লৈবা মী, মেন ওফ প্রিন্সিপলনি হায়বসি মহাক্লা মনাওনুপা ইবোমচাদা হায়খিবা ৱাফম অমদগী তশেং তশেংনা খঙবা ঙম্মী। মনাওনুপাদা মহাক্লা হায়খিবা ৱাফম নৈনদ্রিঙৈদা মদুগী মমাংদা ওইখিবা মাগী রাজনীতিগী পুন্সি অমদি মহাক্লা মায়োক্লখিবা প্রোব্লেমশিং নীংশিংবা য়াই। ফিজিকেল এডুকেসনগী লমদা লময়ানবা অমা ওইনা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা, স্পোন্সর অমা ওইনা, অফবা ওরেট অমা ওইনা, নেচরোপেথ অমা ওইনা, রাজনীতিৱালা অমা ওইনা খোঙদাখিবা, খোঙজংখিবা ওজা ইন্দ্রমনিনি। পুন্সিগী অৱাবা কয়া মায়োক্লখিবনি। ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০) গী সেক্সন ১২৪ (এ) অমসুং ১৫৩ (বি) ভিক্টিম ওইখ্রবা ওজানি, মখা তাবা ওইনা ইন্টরনেল সেক্যুরিটি এক্ট অমসুং প্রিভেনটিভ দিটেন্সন এক্টকী চৈথেং ফংদুনা মাবু ফাদুনা জেলগী অৱাবসু মায়োক্লখ্রবনি। ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কম্মিটিগা করিগুম্বা মখলগী মরী লৈনদবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস হায়বা লোকেল পার্টি অমা খৃ: কুম ১৯৪৬ তা শেমদুনা য়াওর্কলবনি। মতম কুইনা হিংউ তমখিদ্রবা পার্টি অসিগী মতুংদা "নেসনেল য়ুনিয়ন" হায়বা অতোপ্পা লোকেল পার্টি অমা খৃ: কুম ১৯৫২ গী মীখল মমাংদা শেম্নবা মতুংদা খৃ: কুম ১৯৫৩ দা পার্টি অসিগা গান্ধি সেবক সভাগা পুনশিন্নদুনা "রিভোল্যুস্নরি নেসলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর" হায়বা অনৌবা পার্টি অমা পোক্লকখি। অনৌবা পার্টি "পিপলস কনভেনসন" গী প্রসিদেন্টসু মহাক্লা ওইখি। অদুবু লাইবক থিবদি মণিপুরদা পোলিটিকেল টরমোইনগী শাক্কিনা হেক হেক শাফোঙলকপদা ওজা অসি সরকারনা পায়খৎপা ঈহৌ নমথবগী থবক্তা অহানবা ভিক্টিম হেক্তো

ওই। মাগী মতম অমগী থবক তৌমীন্নরম্বা, রাজনীতি য়াওমীন্নরম্বা অদুগা কোন্না সরকার পায়বদা য়াওখিবশিংগী মতম মতমগী সরকারনা মাবু ঈরাং থোক্লবা শীনবা মীনি হায়না হেক হেক লৌই। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক অৱাবা খুদোংথিবা কয়া নংলিবনি।

মহাক্কী রাজনীতি পুন্সি য়েংবদা মহাক কগ্রেসকা নক্লবা মরী থোইনা উদে। মাবু ওৎ নৈখিবা অয়াম্বা কংগ্রেস সরকারননি হায়বা য়াই। অদুবু মহাক্না মাগী মনাও অতোম্বা ইবোমচাবুদি কংগ্রেস থাদোকউ হায়খিদে, মদুগী মহুত্তা কংগ্রেস ওইনা অদুম লৈয়ু মেন ওফ প্রিন্সিপল অমা ওইনা লৈনবা হায়খি। মনাও অতোম্বা ইবোমচা কংগ্রেসকী এক্টিভ মেম্বরনি, খৃঃ কুম ১৯৭২ গী মীখলদা কংগ্রেসকী টিকেটতা এমএলএ ওইনা কাই। অদুবু মতমদুদা কংগ্রেস সরকার শেম্বা ঙমদে। এমপিপি না কংগ্রেসকা কন্না থেংনখি। এমপিপি সু এবসুলুট মেজোরিটি ওইবা ঙমখিদে। এবসুলুট মেজোরিটিগীদমক এমপিপি গী মীওই কয়া লাক্তুনা ইবোমচা এমপিপি য়াওনবা তকশিনখি। কেবিনেটকী থাক্তা মন্ত্রি ফম থিন্দোক্কনি, এডুকেসনগী বিভাগ পুহনগনি, মসিগী মথক্তা শেনসু মতিক চানা পীগনি হায়না থেমখিবনি। মতাং অসিদনি ইবোমচানা ওজা ইন্দ্রমনিগী পাউতাক লৌখি, মতাং অসিদনি ওজা ইন্দ্রমনিনা থৌনা ফনা মনাওনুপাদা অচেৎপা ফিরেপ লৈনবা হায়খিবা। মহাক্তি চোংথোক চোংশিন (দিফেক্সন) গী মায়োক্তা লৈবা মীশকনি, অদুম্নবু তৌবা পাম্লম্লবদি মহাক্না চীফ মিনিষ্টর ওইরম্লগনি, প্রিন্সিপল ইনটেক্ট থম্বা তাই, অপাম্বা মতুংইন্না কংগ্রেস য়াওবনি, কংগ্রেসকী এমএলএনি, কংগ্রেস ওইনা লৈগদবনি, শক্তি নংত্রেগা চৌক্রি পাম্বদগী সাসন পায়বা পার্টি চোংশিনফদে, য়ুমগী ইজ্জৎ ঙাক্কদবনি হায়না মনাওনুপাদা হায়খিবনি। ময়াম্বগী ৱাফম য়াদুনা ইবোমচা ওপোজিসন্দা কংগ্রেস এমএলএ ওইনা লৈখি।

কয়াদা ফজপ্পবা ওজা ইন্দ্রমনিগী পাউতাক ! কনাগুম্বা অমা ওইরম্বা তারবদি মহাক্না ইবোমচাদা কংগ্রেস থাদোকলো হায়রমগনি হায়বা য়াবগী মরমসু য়াম্না লৈ। ১) মহাক্না কংগ্রেসকা য়ান্নদে, কংগ্রেসননি মহাকপু ওৎ নৈখিবা, ২) মহাক লোকেল পার্টি পামজবনি, ওল ইন্দিয়া

পার্টি থাদোক্নুনা লোকেল পার্টিদা য়াওবদা হ্রাওফম থোকপা, ৩) এবসোলুট মেজোরিটিগী থৌরি চিংনবদা চোংথোক চোংশিনগী খুদোংচাবা লৈবা, ৪) চুম্নতা য়াও, শেন পীগে হায়বতা নত্তুনা কেবিনেটকী থাক্কী মন্ত্রি, ৫) মতমদুদা চোংথোক চোংশিন তৌবদা আইনগী অথিংবা লৈতবা। অদুবু ওজা ইন্দ্রমনিদি ফমদগীদি, শেনদগীদি, মশাগী ওইজবা থিবদগীদি অরেপ্পা প্রিন্সিপল অমসুং ইজ্জৎনা হেন্না লুম্মী। অদুনা মনাওনুপাদা প্রিন্সিপল ঙাক্লা চৎলু, ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎলু হায়খিবনি।

নীংশিংবা য়াই, মতাং অসিদা এন্টি দিফেক্সন লোগী মতাং। ভারত্তা, মণিপুরদা, ভারতকী ষ্টেট কয়াদা এমপি অমদি এমএলএ কয়ানা মতম মতমগী সরকার পায়বদা য়াওনিংবদগী, সরকার থুগায়নিংবদগী অমসুং অতৈ মরম কয়াদগী চোংথোক চোংশিন য়াম্না তোয়না মতম অমদদি তৌনরম্মী। আইনসু অথিংবা লৈতবনিনা এমপি, এমএলএ শিংনা মশাগী ওইজবা য়েংদুনা চোংথোক চোংশিন তৌনবনি। চোংথোক চোংশিন য়ারিঙৈ মতমদুদনি ওজা ইন্দ্রমনিনা মনাওনুপাবু দিফেক্টসন পামহন্দবা, হৌজিক্তি চোংথোক চোংশিন্দা অপনবা কয়া লৈরে এন্টি দিফেক্সন লোনা মরম ওইদুনা চোংনিংবা চোংবা য়াদ্রে, চোংনিং চোংনিং তোক্লে, আইন্না মঙকশমদা পোপু ফাবগুম ফারে, তেদবা য়াদদুনা তেনিংদা-তেনিংদা তেরে, চোংনিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎপা এমএলএ শিং চোংবা য়াদ্রে। অমরোমদা চোংথোক চোংশিন য়ারিঙৈ মতমদুদনি ওজা ইন্দ্রমনিনা চোংথোক চোংশিন য়াদবা। মশাগী ওইজনামদগী প্রিন্সিপলনা কয়াদা হেন্না লুরিবা ওজা ইন্দ্রমনি, শক্লাইরবা মণি, ফিরেপ লৌজবা মণি। মহাক্তি কংলৈপাক অসিগী তাঙলবা মণিনি! ❑

# [illegible]

## থিনরক্লিনে ঙসিসু ওজা ইন্দ্রমনিগী খোঙ্গুল

*✍ ইহিলেন খা-ঙানবা*

মমা ওইবী খুদিংনা মচা পুন্নমকপু অদুক্কী মতিক নুংশি। অমনা অমদগী তাদনা নুংশিবা ঙল্লবসু মচাশিংদুগী মরক্তা মমা ওইবীশিংনা তুংগী পুন্সিগী মাইওন খঙবা মচাসু য়াওদবা নত্তে। অদুমক্লবু হায়রম্লিবনি মমাশিংনা 'অঙাংদি নীংথাদা খঙঙি।'

মীবু লাইনা শেম্বী, লাইবু অমুক মীনা শেম্মী। মীওই কয়া পোকখ্রে মালেমসিদা অদুবু পোকখ্রিবা মীওইশিং কনা কনানো হায়বা অমত্তা খঙবা ঙমদে। মরমদি মখোয়না খুন্নাইগীদমক, মীওইবগীদমক অফবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমলমদে, তুংলমচৎকী ৱাখল অমত্তা খনবা ঙল্লমদে। মরম অদুনা পোকখি মখোয় মালেমদা শিখি মখোয় মালেমদগী তুমিন্না।

মীওইবা কয়াদুগী মরক্তা ঙসি মচি মচিদা নৎত্রগা মালেমদা মখোয়গী মমিংনা শিনাইদনা লৈহৌবা কয়াসু ঐখোয়না তারি। মখোয় অদু মী ওইনা পোকখ্রবসু শিখ্রবা মতমদদি লাইপোক্লি হেক্তা হায়নৈ। মসি মখোয়না মীওইবা খুন্নাইগীদমক কৎথোকপগা লোয়নননা মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা তৌখিবা থবক কয়াদুগী মহৈননি হায়বদা হেঞ্জিনবা ৱাফমদি ওইরোই নীংই।

কংলৈ লমদম অসিদসু মরৈবাক্কীদমক মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা পুন্সি লোইখিবা মীশিং য়ামজদ্রবসু খরদি লৈ। মখোয়গী হোৎনজমনগী

মমল ঐখোয়না ঙসিফাওবা চারি অমদি তুংদসু মীরোল কয়ানা চাখিগনি। মমা ওইবীশিংগী মফমদা মচাশিংনা থম্মোয় শেংনা নিজবা (অর্শিবাদ) মমা ওইবীশিংনা হাপথ্রবা বর, পুন্সিদো মায় পাক্তনা তোকখিবসি পাক্লা থেংনদে। পুৱারীনা শাক্কিনি। মখোয়বু মমা ওইবীশিংনা হায়বা ইনবা মচা হায়না কৌই।

কংলৈ পীবাশিংগী মনুংদা মীওইবা মুৎনাইনা লৈরিমখৈ মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবা মপারি অমদি শগোলশেম ইন্দ্রমনিনী, মীয়াম্না ওজা ইন্দ্রমনি হায়না খঙনরিবা অসিসু অমনি। মহাক্কী লমজিং মখাদা ঙসি মখল কয়াগী কান্নবা, মঙাল কয়া ঐখোয়না শিজিন্নরি। শগোলশেম ইন্দ্রমনি ইং ১৯০৭ মেগী তাং ২ নোংমাইজিং নুমিত্তা থাংমৈবন্দা লৈবা ইবোচৌবা অমসুং চামু অনিগী মচা ওইনা তাইবঙ খোঙদারকখি। মচিন মনাও মরিগী মনুংদা মহাক্লা অহুমশুবনি। থৌজাল অমসুং মীনুংশিগী লৈকাতনা থল্লবা মমা-মপাগী মচা ইন্দ্রমনিসু লৈকাতানা পীক থল্লম্মী। নোংমা নুমিৎ অমা মহাক্কী লুন্না তিন্নজবা মরুপ অমগী যুমদা চৎলুবদা ইমুংদুগী অঙাংশিংদুনা চারা হেনবগী মৈচাক্লা ঙাওজদুনা কপ্পদু উবদা মহাক্কী থম্মোয়দা অনৌবা ঈচেল অমা লাক্লম্মী। লাইরবগী অৱাবদু য়েংঙমদ্রদুনা নুমিৎ অদুদা মহাক্লা ময়ুম হুনখিদুনা চেঙ কিলো: ৫ হুরান দুনা পুরক্লগা পীরম্মী। হুরানবা হায়বসি ফত্তবা থবক্কি খঙলবসু, পাপ হায়বসি য়েংবনা হেন্না পুই হায়বসিসু মহাক্লা খঙলম্মী।

মহাক্কী অপোকপা ইবোচৌবা মমিং চৎলবা আর্টিষ্ট অমনি। মহাকপু মণিপুরগী অহানবা লমসিগী লময়ানবা অমনি হায়না ঙসি ফাওবদা খঙনরি। লিলাতা নত্তনা থাং-তা, শরিৎ-শরাৎ, মুক্লানচিংবা মখল মথেল কয়াগী মশান্নসু নিংথিনা হৈরম্মী। কৈনা তোকপা পোকপা হৌনব্রা ? য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী ৱাখল লৌশিং চাওবা, হৈথোই শিংথোইবা নুপামচা অমা ওইরকই ইন্দ্রমনি। নোংচুপলোমগী মহৈ মশিংদা মহাক্লা থৱায় য়াওজরবসু অহল লমন্নদি থোইদোক্লা খোইদাদে। মদুগী মহুত্তা লমসিগী থাং-তাগী কাংলোন্দনা হেন্না খোইদাজবা পোক্লম্মী।



মপাগী অপাম্বগা মাগী অপাম্বগা মান্নদ্রবদা নীংবা কায়রম্মী। অদুবু হোৎনবদি মহাক কৈদৌনুংদা চোকথবা লৈখিদে। মমৈথংদা নাওরেম মাদোব কৌবা লৈকাইদুগী অহল অমখক্লা লমজিংবীদুনা মহাকপু অহানবা থাক্কী মহৈ মশীং (প্রাইমারি লেভেল) লোয়শিলহল্লম্মী। ময়াইৱাইগী থাক্কী মহৈ (হাই স্কুল) তম্নিংলবসু ফাইনান্সিয়েল প্রোব্লেমনা মরম ওইরগা মহাক তমথবা ঙম্লমদে। মাদোপ হায়রিবা অহল অসিদা পিদুনা ক্লাস টেন ফাওবদং তমজগে হায়জরম্মী। মহাক্কী পামজবসি উবদা মতেং পাঙবীরদুনা মখা তানা মহৈ তম্লকপনা মেট্রি ফাওবা জোনষ্টোন্দা ১৯৩০ দা পাস তৌখি। মীতোপ্পদি কয়াম কুইনা মাগীদমক শেম্বীবা ঙমগনি। লাইব্রিক্কী ৱাখল খন্ন-খন্না শান্ন-খোন্নবগী ইয়াইদা চোংথরকখি, ইরোইখি মনীং তম্না। মহাক্লা শান্নখিদবা মশান্না অমত্তা লৈরমদে। লৈরমদবা মশানা কয়া হৌদোক হৌদোক্কুনা শান্নবনা অয়াম্বনি। মসিমক মহাক্কী অঙকপা পীথোরকপা খুদোলনি। লৈকাইগী পুকচেল চাওবশিংগী থৌজাল ফংদুনা মহাক আই এ ফাওবা কতন কলেজ, গুৱাহাটিদা তমখি, পাস তৌখিদে। হকচাং ফবনা মীওইবগী লোইনাইদবা লম্নি হায়বা লাইশোন্দা মহাক্কী পুক্নিং লুপ্লম্মী। মশা ফগৎহন্নবা মখল কয়াগী শাজেল তৌরম্মী, অহাওবা, অফবা চিঞ্জাক (দায়ইট) মতিক চানা চারম্মী। মমৈথংদা কাঙলুপ কাঙলুপ খাইনা নহা কয়া খোম্লগা ফিজিকেল কলচরগীদমক ট্রেনিং তৌরম্মী। বারবেল, দমবেল, চেন চোংবা, ফ্রি হেন্দ এক্সরসাইজ, নীংশা শাংনা হোনবা, নুমিৎ খুরুম্বা, গদা নৎত্রগা অরুম্বা থাঙ্গৎপা, পেরেলেল বার, হোরাইজেন্টেল বার, বুকডন ইনবা অমদি মুক্লানচিংবা মশান্না কয়া ট্রেনিং তৌহল্লম্মী। চহী খুদিংগী লৈত-লাইর, মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাং ২০০-৩০০ লোম মহাক্কী ইনষ্টিট্যুটতা মিং চল্লম্মী নোংমদা মহৈরোই, নহারোল ৪০-৫০ গী চাংদা শাজেল তম্বী। নোংমাইজিং নুমিত্তা গ্রুপ ২-৩ থোক্লা খাইদোক্কুনা তম্লম্মী। মহাক্লা মরক মরক্তা মিস মণিপুর, মিষ্টর মণিপুর কয়া চহী খুদিংগী খল্লগা শনবী হাতম অমমম পীরম্মী। শঙ্গোম্লা হকচাং ফনবা লম্বীনি হায়বসিনসু মরুওইবা মনা পীবগী পান্দমনি। লোয়ননা

লুপা ৫০০, থাগী লুপা ২৫ চহী অমা চুপ্পা পী, ফৌসু মহাক্না পীরম্মী। মমা মপা লৈত্রবশিংগী শিন্দম শঙ (ওর্ফানেজ হোম) মশাগী লন থুমগী মতেংদগী শাগৎলম্মী। মহাক্না মহৈরোইশিংদা হকচাং ফনবা পাউতাক পী। মরৈবাকপু নুংশিবা তম্মু, রোমান অমদি জর্ম্মনি লৈবাকশিংগী মতৌগুম নীংতম্বা ফুরুপ অমা শাগৎপা পামজে। শাজেল তম্বীবতা নত্তনা লমচৎ শাজৎ শেমগৎনবা হোৎনবা, কংলৈ পুৱারী, অকন অথৌগী ৱারী কয়াসু তত্তনা লীদুনা পুক্লিং লৌশিং ওইবা য়াবা ৱাফম কয়া পীরম্মী। খুদম চাংদম্নচিংবা তাক্লম্মী। মণিপুরদা শাজেলগী শরুক অমা ওইনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎপা, খোঙনা লমশাং চৎপা (ৱাক্কিং) মহাক্না হৌদোক্লম্বনি। করিগুম্বা ঙারিয়ান চীং লাল্লগা থৌবাল য়ৌবা ফাওবা য়াওই। মায়কৈ হোং-হোংদুনা চৎকদবনি হায়না মহাক্না হায়রম্মী। মহাকপু Master of morning walking হায়না খঙনরম্মী। চাংয়েংনা মহাক্কী মথৌ অমগুম থবক খুদিংমক চাংয়েং অমগা লোয়ননা মায় পাক্লবা হোৎনবা মীশক অমসুনি। ইং শোক ১৯৪৮ দা "Sindam Sinsang Anath Ashram" লীংখৎতুনা মহৈরোই কয়াবু ঈশৈ, জগোই, য়েক খোৎপা অমদি হকচাং কাংলোন কয়াৎকী তোঙান তোঙানবা নৈনশঙ ওইহনখি। ইং ১৯৫১ দা Manipur Man Building Institute লীঙখৎতুনা লমসিদা মহৈরোই কয়া য়োকখৎলম্মী। ইং ১৯৫০ দা ভারত সরকারনা মহাকপু Indigenous Physical Culture হায়বা হিরমদা পাঙথোকপা বেঙ্গলোরগী সেমিনার অমদা নোমিনেট ওইনা চে পাথোকহনখি। সেমিনারগী চে অদুদা লৈহাও অসিগী মশান্না মুক্না অমসুং খোঙ কাংজৈগীনা মরুওইবা মীৎয়েং থল্লগা সেমিনারগী চে পাথোক্লম্মী।

নীংখিবা ৱাখলদা পুক্লিং চেৎপা মহাক্কী কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমনা মহাক্কী মফমদা মমাগী লৈজবা থৌজাল খুদিংমক খিকপিখিবনা মহাক্না মীমাঙ থোক্লুবা খুদিং মীকোক থোংদুনতা লাকপনি। কাওঙমদ্রবা থৌদোক অদুদি অসিনি, লৈত-লায়রগী অৱাবা কয়া উরুরগা নহাক্না কপ্লিবা করিগীনো, লৈত-লায়রগী অৱাবা খাঙবা ঙমদ্রিবা মখোয়দো পুকচেল

লেপ্তবা, ৱাদনা নুংঙাইবা পান্নগী মহৈনি' হায়না নোংমা মমানা হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাখলদা পুক্লিং ফাথবা, পুকচেল লেপ্পগী চাংয়েং তৌনিংবদগী নোংমা চামুনা (মমা) 'শরেং' থোংদুনা মচাশিংগা চামীন্ননবা কৌরুবদা মপা অমদি মচিন মনাও পুম্নমক্না চাবা হৌনখ্রবা ফাওবদা মহাক্না অসুম্না হায়রক্লম্মী, 'ইমা ঐহাক চাক লামদ্রি। লাম্লবা মতমদা চাগে'। থৌদৌ অসি য়াম্না তোইনা তৌরক্লবদা মমাগী পুক্লিংদা চীংনবা অমা য়াওনা মীৎলুদা পিরাং শিন্থরদুনা হংবদদি ইন্দ্রমনিনা অসুম্না খুম্লম্মী, ''ঈমা ! ঐহাক পুক্লিং লাকশিনবা অমসুং পুকচেল লেপ্পগী চাংয়েং তৌরিবনি। কনানবু অহাওবা চানিংলোইদগে ? অদুবু ঈমা, ঐহাক লেপলে চপ য়ুংনা। মসিগীদমক কপকনু'' *(Mother! I am trying to control my mind and strengthen my will power. Who doesnot what want to eat the delicious fish ? But mother, I am doing it intentionally, please don't cry)* মচাগী ৱাফমদু তাবদা অপোকপী চমুগী থম্মোয়দা হায়নিংঙাই লৈতনা অপেনবা ফাওখি। পেল্লবা মমানা, মচাগী ৱাহৈশিংদু তাবদা পুন্সিগী লোইবা খন্ন্বা নাইররোইদবা খুদোল অমা পীরম্মী, 'নহাক্কী নীংজবা খুদিংমক তাইবঙ মপুনা থুংহনবা ওইরো। মমাবু তশেংনা নুংশিবা ঈচানা তৌরুবা খুদিং মায় পাকপা ওইয়ু হায়দুনা মকোক্তা নুংশিনা নাম্বীরম্মী।'

মমাগী থৌজাল হেক ফংখিবদগী তৌরুবা খুদিংদা, থাংখিবা খোঙথাংদা তুং হনখিদে। পুকচেল শেংবা, ওইদবা ঙাংবা হৈনদবা, ইশাদগী মীগী ৱাফম্না হেন্না লুনা খঞ্জবা মীতানি। মহাক্না মীয়ামগী থবক চেন চোংদুনা মন্ত্রি মন্দোল কয়া লোয়নজরবসু 'রাজনীতিৱালা' হায়বা মীংথোল অদুবুদি মহাক্না থম্মোয়দা খোইদারমদে। মহাক্না থৱায় তাজবা মীংথোলদি 'সোসিয়েল ৱার্কর'নি। মহাক মশাগী পীথোরকপা গুণ অমগী লমজিংনা মহাক্না লমশাং অসি চৎলিবনি। মহাক্তি ঙাংথোরকপা ৱাফমদগী থবক্না হেন্না খুমাঙ চাওশিনবা মীশক অমনি। মহাক্কী পুন্সি কৎথোক্লম্মী খুন্নাইগীদমক !

ইং ১৯৫৭ দা লিলাশিং খোঙনাংখোঙ হায়স্কুল, ইং ১৯৫১ দা দ নিউ গার্লস এডল্ট নাইট হায়স্কুল, খোয়াথোং লিংখৎলম্মী। মহাক্না কৎথোকপগী লৈইদা লেপ্তুনা লেপ্লাইদনা লৈরম্বা অসিমক্না মণিপুরগী পুৱারীদা (ইতিহাসতা) মণিপুর শেমগৎ-শাগৎপা মীশক অমা ওইনা ঙসি ফাওবা শিংথানরিবনি। মহাক্না পোকচবা মহাক্কী মচাদগী ইরৈপাক্কী মচাশিংনা তাবা, ৱাংখৎপগী ৱাফম থোইদোক্না লৈরমদে। মহাক্না পোকচবা মচাশিং অদুনা অৱাংবা থাক্কী মহৈকোল য়ৌহনবা পামদব্রা হায়না হংবা ৱাহং অমদা মহাক্না হায়, 'ঐগী তোঙানবা ঈচা হায়বা অমা লৈতে, ঐনা ঈচা লিশিং অমা ঙাক শেল্লিবনি। মণিপুরদা লৈরিবা নহা ওইরিবা অঙাং খুদিংমক ঐগী ঈচা ঙাক্তনি। মখোয়বু খুন্নাইসিগী মীৎয়েংফম ওইহনবা হায়বসি ঐহাক্কীদি তৌফম থোকপা ইথৌনি।' মহাক্কী অসিগুম্বা কৎথোকপা ঙম্বা মথৌনা অসিবু ঙসিগী মীরোল অসিদা কয়া য়াম্না লৈরমখিগদগে ? থাজবদা খরা ৱাগনি। মশাগী অরৈবা খুদিংমক পুথোক্তুনা লায়র অনংগীদমক খুৎ তিংথোক্লি লেপ্লাইদনা। মাগী ৱাখলগা ঙসিগী খুন্নাইগা ৱাখল ১০০% খেৎনৈ।

মশক মতৌ থিজরবসু ইন্দ্রমনি শাওং শাদা, থকশি খাশি, ৱাঙাং-শঙাংদা মীনা তানিংবা পোকহনবা ঙম্মী। মশক মতৌ ফজখ্রবী চীংমৈরোং কারাম লৈকাইদা লৈবী লক্ষ্মিগী মচানুপী গম্ভিনিগা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদামীন্নখি। মচা তরেৎ পোকই - তরুনি, বিনোদিনি, ইন্দ্রকুমার, স্নেহপ্রভা, রাজেন্দ্র, মেনা অমদি নোনিনি। গম্ভিনি ইং ১৯৮২ শজিবুগী ২০ নি পানবা, এপ্রিল থাদা মপুরোইবগী মমাং থাদুনা পুন্সি শিল্লা লোইশিনখি।

ওজা ইন্দ্রমনি পোকপদগী য়াওরকপা মগুণ অমা লৈ। তারুবা, থেংনবা, উরুবদগী মঙোন্দা অনৌবা মঙলান কয়া পোকহনখি। ঙাংবা শকপদা তাবা য়াম্না নুংঙাই। লাইরিক পাবদা শিবা নাবা কিদে। মহাক্কী শিরমদাই পুংফম অদু লাইরিক পাদুনা লেনখি হায়। লাইরিক পাবদগী মহাকপু অসুম্না হায় - *Wide reading is a habit, that adorned his personality. He read books in many and varied fields*

*namely starting from History, Politics, Economic, Education and Religion book Vedas, Vedantas and Geeta too. Not only this he also read Engineer, a Doctor, a Mathematic, Philosophy, Scientific, Physiology, Anatomy, Glanduar Structure books,* ফিজিকেল কলচর অমদি মীওইবা লায়েংলোনগী মতাংদা মহাক্কীসিনি হায়বা চপ চাবা ওজা অমত্তা নাইরমদে। মশাগী মরাইবক মশানা শেমজবনি মহাক্তি। মালেমগী অফাওবা মীশক খরগী অইবা লাইরিক কয়ানা মাগী ওজানি, গুরুনি। মহিশুরগী মশা ফবদা মমীং চৎপা, কৃষ্ণরাওদগী হকচাং শাজেলগী, মশল পুথোকপগী চার্ট, অয়েকপা লাই কয়া চেল্লি অদুগা চিনফা পুদুনা ফাবা য়াবা ফারগা মাগী মহৈরোইশিংদা অমুক তম্বীরম্মী। অদুগা আমেরিকাগী বনার মেকফেদদননা মাগীদি spiritual guide নি হায়বা য়াই। বর্নারগী লাইরিক পাই, হন্দোক্লুনা মণিপুরদা পাহল্লম্মী। লায়েংবতা নত্তে, লায়েংগী মরমদা লাইরিক কয়াসু ইদুনা ফোঙলম্মী। ইং ১৯৩০ গী অদুরাইদা মানা ইডিত তৌদুনা 'মীতৈ মাইবা' কৌবা থাগী চেফোং অমসু ফোঙলম্মী। মেগাজিন অসিদা মহৌশাগী লায়েং, লাইওং অমদি মতৌ করম্না লায়েংগদগে হায়না ইবা অমদি মনা-মশিংগী লায়েংদসু শুগাইনা তাক্লম্মী। 'চরা হেনবা অমসুং চাবা (১৯৮৬, লা: ১৯৯২, মমল ১৯০), শাফ শাজেল ১৯৮৬, লা: ১৯৬ মমল-৬৭ অমদি লায়না অমসুং লায়েং (১৯৮৬) নচিংবসু মহাক্কী খুদোলনি। মহাক্কী মচানুপী অহল তরুনিনা অসুম্না হায় 'ঐখোয় পাবুংদি শাজেল তৌরে, লাইওং খঙলে হিদাক কাংলোনসু খঙবনা লায়নাগী কাঙলুপ্তগী নীংতমলে। সাধারন্না খঙবদা কান্নবা ডাক্তা ওইবনা ঐনা লাইরিক্তগী লৌথোক্লগা পাউ চেদা হাপ্পা লেপত্রি। পাবুংনা থল্লম্বা ময়ামসি শিন্দোকপদা পুন্সি অসিমদি কোন্নরগনি।' Allopathy and Homeopathy গী লায়ওংসু ওজা ইন্দ্রমনিগী লায়েং মখলদুদা য়াওরম্মী। মহাক্লা থাজরম্মী মদুদি মহৌশা য়াওদনা মীওইবনা মখা তানা

লৈথবা ঙল্লেই। মহাক্কী য়াখলদা - the only easiest way of solving the problem of illness and deseases is to try to live nearest to the nature. মহাক্না অনাবা মীওইদা লায়েংবদা অসুম্না হায়রম্মী, 'নহাক্কী হকচাংগী অনাবদি নহাক নশানা ফহনগদবনি, ঐদি শুপ্পতগী তেঙবাংবনি নহাক্কী।'

ঐনা মমাংদসু ইজখ্রে, মহাক্তি রাজনীতি হায়বগী মীংথোলদগীদি 'সোসিয়েল ৱার্কর' না হেন্না পামজবা মীশক্তি। হায়বদি রাজনীতিনি হায়দুনা চিন্দনা পংঙাং ঙাংবা থবক্না ইনা অমফাওবা ফৈদবা চিনগা খুৎকা মান্নদবা থৌওংদু পামজদে। মহাক্না পাম্মী থবক্কগী খুৎনা হানবা। অরিবা সংস্কৃতি, পুৱারী, ইপানাৎ-ইপুনাৎ, ইয়েক-ইরোল নিংথিজনা লৈরবা লমদম অসিদা লৈখা তারকপদা মহাক্কী থম্মোয়দা অপেনবা পোক্লমদে। মহাক্না মীখল থেংনরগা লৈবাক্কী করিগুম্বা অফবা থবক খরা পাঙথোক্কে হায়না নীংলম্মী। ইন্দ্রমনি কংগ্রেসকী মেম্বর ওইরম্বদগী য়ান্নদবা খরদগী ওক্টোবর ৪, ১৯৪৬ দা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা দল অমা মহাক্না লোয়ননা (১) আর:কে: প্রিয়োগোপালসনা (২) নোংমাইথেম সুধির, (৩) লোইতাম য়াইমা, (৪) অরাম্বম লালমনি অমসুং (৫) আর:কে: মাইপাকসনা হায়রিবা মীওইশিংগা পুনশিল্লগা শেমখি। রাজনীতি ওইবগী হৌনশা, অমগা অমগা ৱাখল (মত) তিন্নরক্কবা মনুংগী ওইবা ক্রাইসিসনা মপাল থোক্লকপা, লুপকী ওইবা পান্দম ঙাকপা ঙম্লক্কবদগী ফাউন্দর মেম্বর মরক্কগী অহানবা ওইনা মহাক তোকখি। মসিগী মতুংদগী হৱাইবম নিলমনি (প্রসিদেন্ট ওফ মণিপুর প্রদেশ কংগ্রেস কম্মিটি) য়াওনা অতৈ মরুওইবা শক্লাইবা কয়াগা লোয়ননা ওজা ইন্দ্রমনিনা লোকেল পাটি 'নেসনেল য়ুনিয়ন' কৌবা অমসু শেম্লম্মী। মমৈথংদা ইং ১৯৫৩ দা নেসনেল য়ুনিয়ন অমদি গান্ধি সেবক সভা কৌবা অনি পুনশিন্নদুনা রিভোল্যুসনরি নেসনেলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর কৌবা রাজনীতি অমা পুথোক্লম্মী (মরুওইবা খরদি নিলমনি, লাইশ্রম যুগেশ্বর, রিশাং কৈশিং, ইন্দ্রমনি, আরকে মৈপাকস্না)। আর কে

মৈপাকসনানা সেক্রেটরি অদুগা আঙনাল অনালনা রাজনীতি অসিগী প্রসিদেন্ট ওইনা খল্লম্মী। ওজা ইন্দ্রমনিগী মরমদা হৱাইবম নিলমনিনা অসুম্না হায়, 'ঐদি রাজনীতিদা থৱায় কয়া য়াওদে রুপমহলদা লীলা-দ্রামা তৌদুনা লৈজবনি। ওজা ইন্দ্রমনিনা তোইনা লাক্লুনা তকপদগী খোঙ থাংজিনখিবনি। মাদি মী শেম্মী, থবক তৌবা ঙমগদবা মী উরবদি লেম্না থাদোক্কে। মীবু থেম্না থাজহনবা য়াম্না হৈ। ইরৈবাক ইরমদমগী শক্তম্বু শক্তাক্লিংবা মীশক অমনি, ঐ মঙোন্দগী নাছোক্লুনা চেনবা ঙম্লমদে।'

ইং ১৯৫৩ গী এপ্রিল ১৭ তা লুপ অসিগী মীটিং তৌরবা মতুংদা তাং ১৯ নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল পুং ৩ তাবদা মী লিশিং অহুম হেন্না তিনবা মপান কাংজৈবুংদা RNPM গী মীয়াম য়াওবা মিটিংদা সরকারবু চৈবা, মণিপুরদা লৈরিবা ময়াংশিং মণিপুরদগী তাছোকখিগদবনি, মীয়ানচাশিংনা মণিপুরবু নুংশিফম থোক্কে, অমদি মণিপুরবু U.N. Trusteeship তগী Buffer State অমনি হায়দুনা নুমিৎ ১৫ নি ফাওবগী মনুংদা লাওথোক্লবদি সত্যগ্রহ অন্দোলন হৌরগনি হায়না ৱারেপ লৌখিবা অমদি 'মাদর মণিপুর' চেফোঙগী চেজাইদা ইদুনা মীয়ামদা য়েছোক্লবদগী সরকারগী মথক্তা লান হৌই হায়দুনা মশামক (ইন্দ্রমনি) য়াওনা মৈপাকসনা, য়ংমাসো সৈজা (মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর অহানবা) অমদি ৱাহেংবম প্রালহাদ য়াওনা মীওই মরিমক পুলিসনা ফাদুনা থা ৯ জেলদা থমখি। কেস অদু জুদিসিয়েল কম্মিস্নারগী কোর্টনা কক্লুনা থাদোকখি। চেজাই অদুগী ৱারোলদু অসুম্না লৌখৎচরি - *(i) Today many Mayangs of all ranks and file have came into Manipur one after another. Not only piece of earth pots are shown again and again but enmity is caused among those persons who do not among the people. (ii) Today not only the outsiders country man are trying to produce washerwoman, barbers and coolies (iii)*

*Unfortunately we have been kept in such miserable condition as if putting in a a frying pan in the hands of one or two refugees who have been turned out by the Mahammadans (iv) Every state has its own government which we have been entrusted in the hand of two or three refugees. The price of rice rises upto Rs. 40/- It is not 10 months from that time the price was reduced to Rs. 20/- or Rs. 22/- per mound (Short extract from the pamplet All India Reporter 1955 Vol-42 Page 15)*

মতাং অসিৱাইদা 'মাদর মণিপুর' কৌবা চেফোঙ অসি সরকারনা বেন তৌশিনখ্রে। মতম খরা লৈরগা ইরৈবাক কৌবা থাগী চেফোঙ ওইনা ওজা ইন্দ্রমনিনা ইডিত তৌদুনা ফোঙখি। ইং ১৯৬৭ তা Post of Food Production Officer' খল্লে হায়বগী এপোইন্টমেন্ট সেগাই হায়বগী ৱাহৌদগী জেলদা অমুকসু লৈরুরে। 'Manipur people convention' কৌবা অনৌবা দল অমমুক লিংখৎখি। রাজনীতিগী লমদতা নত্তনা মহাক্কী ৱাখলদি শারিঙৈদা য়ৈহৌ নৎত্রবদি হিমালয় চীংশাংগী উনগা পাঞ্জকনি, মতম পুম্নমক্তা মীতৈগী ফৈজোম ফুরিৎ, ঙৌবোং ইন্দুনা লেনগনবা মীশক অসিগী রাজনীতিগী ৱাখল্লোন মতম চারগা মথি ফোংলকপা য়াই। ৱাখল্লোনদু তুংলমচৎনা ঙায়রি হায়না রাজনীতি তৌমীন্নবা মীওইশিংনা তৎতনা ঙাংনৈ।

মীওইবা ওইনা পোক্লুবনা শিবা হায়বসিমদি নাথৈদুনা চৎপা য়াদ্রে। ওজা ইন্দ্রমনি, কংলৈ অসিগী লময়ানবা অমা ওইনা শিংথাবদা থোইদোক্লা কায়দ্রে। মহাক্লা শোক্লম থেংলমদবা মফমসি য়েংলুবদা লৈত্রে, মহাক্কী খোঙ্গুল খুনামনা কংলৈ ঈমাগী মতম্বাক্তা পিক থল্লে। অদুবু মচা ঐখোয়গী লাইবক থিবদি মহাকপু উবা ফংহৌদ্রে মহাক্তি ইং ১৯৮৭, নভেম্বর ২৭, ইরাই নুমিত্তা তাইবঙ থাদোক্লুনা চৎখ্রে মপুগী লৈকোন্দা। নহাক্কী মমল নাইদ্রবা অহৌবতনা লমজিংলবা খুদোল কয়াসে



মীরোল কয়াগীদমক ঙাক্নুনা থমজরি নচা নগু ঐখোয়না থিরকখিগনি নহাক্কী খোঙ্গুল লেপ্পা লৈতনা ঙসিগী মীরোনা।

**মতেং লৌথিবা**


১। মহাক্কী মচানুপী তরুনিগা উনজবা।

২। Oja Indramani Memorial trust publication 2nd edition 2000.

৩। নোংমাইথেম তোম্বীনা ইবা অখন্নবা চেফোঙ ফেব্রুৱারী ১, ১৯৯৫।

৪। বসন্তগী লিক্লা

# ꯃꯇꯤꯡ ꯂꯩꯕ ꯂꯝꯖꯤꯡꯕ ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# মতীং লৈবা লমজীংবা শগোলশেম ইন্দ্রমনি

✍ *কেশো সিংহ ইরেংবা*

*অৱাং পোংশংবম*

*মালেম লৈকোয়পুংসিদা মীওইবনা হেক খুদ্বোকওঁদগী নৌনা মতম মতমদুগী ওইনা তোমথিন ওইবা, অথোইবা, লময়ানবা লমজীংবা, মতীক-মঙাল চাউবা মীশক খরা হেক হেক পোক্লকই। অদুগুম্বা অচৌবা মীদুগী মপোক্তি মঙালগী মশক্তি, লোংশীন্দুনা থম্বা য়ারক্তে হেক্তা ফোঙ লাউনা ঙাহোরকই। চহী কুমওন খুদিংগী অসুম অসুম লংবা হেনগৎলকই। তোমথিন ওইনা হেক্তা মীয়াম্না নীংশিংনরকই। অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মনুংদা শগোলশেম ইন্দ্রমনিসু অমনি হায়জনিংই।*

**মীওইপোক্তা পোক্লকপা ঃ**

খুন্নাইসিবু লমজীংলুনবা খৃ: ১৯০৭ কী মেগী তাং ২, নোংমাইজিং নুমিত্তা শগোলশেম ইন্দ্রমনি শগোলশেম ইবোচৌবা অমসুং চমুগী অহুমশুবা মচানুপা ওইনা তাইবঙদা খোঙদারকখি। মহাক্কী মচীন মনাওশিংদি মীয়াম্না শকখঙনরবা কালিদমন, নিত্যাই, ইন্দ্রমনি (মশামক) অমসুং ইবোমচানি।

মহে মশীং তম্লকপা, পীক্লিঙৈদগী অপোকপা মপাবুংগা লৈমীন্নবা ফংলক্তবনা পলেম অপোকপীনা য়াম্না ৱানা য়োক্তুনা মহে তমহল্লকই। লান মমাঙগী ৱাখ্রবা মতমদুদা লাইরিক লৈনবা অমদি তম্নবা হোৎনবা লায়রমদে। ইন্দ্রমনিগী লাইরিক তম্নীংবা মতৌদুদা লৈকাইগী অহল অমনা পাম্বে অমা পুথোক্লম্মী। উপায়দুদি মমাদগী ফি

হুরাল্লকউ, মদু য়োছোক্লগা মহাকপু লাইরিক তমহনগে হায়বনি। মহাক্ল া লাইরিক তম্লিংমনখ্রদুনা তৌহৈদবা থবক্তু তৌদুনা মপী লাইরিক, স্লেট কাংগ্র লৈরগা মীং চন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি। মদুদসু নত্তনা মহাক্কী মমান্নবা অমা চেঙ লৈতবদগী চরা হেনবা উবদা মহাক্লা ময়ুমগী চেঙফুদগী চেঙ লোন্না কোৎলগা পীরম্মী। হুরানবা হায়বসে ফত্তে, পাপ তৌবনি হায়বা খঙলবসু মহাক্লা খনখি মদুদি, অরাম খৌরাংবনা চাদবদগী মরুপ অমা শিখিবদু য়েংদুনা লৈবদগীদি মীগী অৱাবদা তেঙবাংনবা ওইরগদি হুরানবগী পাপ তৌবা অদুনা হেন্না য়াংগনি। কখোকপা অমদি মীনুংশি চাউবনা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী মগুণ ওইনা লোয়নরকখি।

মণিপুরদা মেট্রিক অমদি অৱাংবা থাক্কী চাংয়েং (পরিক্ষা) থাফম লৈতবনা গুৱাহাটিদা চত্তুনা জোনষ্টোন স্কুলদগী লাইরিক তম্লক্লুনা খৃ: ১৯৩০ দা মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌখি। মথংদা কতন কলেজ, গুৱাহাটিদা আইএ তম্লগা লোয়শিন্দনা তোকখ্রে। মহাক্লা মহাক্কী মপুক্লিং লাকশীঞ্জবা ঙম্নবা হোৎনবগী খুদম অমত্তং পল্লবদা মহাক্লা খ্বাইদগী পামজবা শরেং থোংবদো মমানা চাররো হায়বদা মহাক্লা কয়ারক হন্না চাদনা তোকথোকপদা মমানা মথ্বাই নুংঙাইতনা কপ্লা উবদা মহাক্লা হায়রম্মী "ঈমা ঐনা চানীংখ্রবা শরেং থোংবদো তৌগে হায়বমা য়াওনা চাদবা ঙম্নবা হোৎনরিবনি। অপাম্বনা ঐবু হুমদুনা পুবদগী ঐগী পুক্লিংবু লাকশীঞ্জবা ঙম্নবগী অখাঙ কনবা অদু তম্বগী ৱাতনি। অদুনা কপ্লগনু তোক্লো ইমা!" মদুগুম্বা মচাগী ৱাহৈশিংদু তাবদা মমা চমুনা মমীৎতা ঈরা চেল্লদুনা মচাগী মকোক্তা নাহুবীরদুনা - "ঈমাগী ঈবুংঙো - নঙনা হেক নীংজরিবা পুম্নমক তাইবঙ মপুনা থুংহনবীরসনু।" হায়দুনা বর পীবিরম্মী। মমাগী বরদু লেম্না মাঙদে। মদুমক্লা মহাক মশক নাইবা অমা ওইখি।

**য়ুম পানবা অমদি মচাশিং ঃ**

ইন্দ্রমনিনা চীংমৈরোংদগী করাম নিঙোল গম্ভীনিগা মহাক্লা ক্লাস টেন তম্বা অদুৱাইদা লুহোংখি। গম্ভীনি মীয়োক মীচান ফবী, হৌন-লোনচৎ খঙবী, শু নোম্বা কনবী, মখুৎ-মশা য়াম্না হৈশিংবী,

মীপুম খুদিংমক্তা য়াবী নুপীনি। মখোয়গী মচা তরেৎ পোকই। মখোয় তরেৎমক মীয়াম্না শকখঙনরবা মশক্লাইবা মশক্লাইবী ঙাক্তনি। মখোয়দুদি তরুনি, বিনোদিনী, ইন্দ্রকুমার, স্নেহ-প্রভা, রাজেন্দ্র, মেনা অমসুং নোনীনি। অদুগুম্লবা পুন্সিগী অৱা-নুঙাই শরুক য়ামীন্নরক্লবী গম্ভীনি মপুরোইবদগী চহী মঙা মমাং থানা এপ্রিল ১৩, ১৯৮২ ইংদা অরোয়বা ওইনা মপুগী খুয়া তানখি।

**শিন্দম শিনশঙ লিংখৎপা ঃ**

মহৈনা অথোইবা লন্নি হায়বা পান্দমসিগা লোয়ননা খৃ: ১৯৪৮ তা নহারোলশিংবু মহৈ-মশীং তম্বা ফংহন্নবা ৱাখলদা মান্নবা মীওই খরগা পুল্লগা 'শিন্দম শিনশঙ রেসিদেন্সিয়েল হায় স্কুল' লিংখৎখি। মদুদা য়ুম্নাম দিনমনি, ঙাঙোম গৌর, রা: কু: প্রিয়োগোপাল, মনাওনুপা ইবোমচা অসিনচিংবা মীওইশিং য়াওখি। অসুম্না লান মনুংদা মিলিটরিগী লৈফম ওইরম্বা চীংমৈরোংগী চীংথক্তা মখোয়না শারম্বা য়ুম মচা মাপন য়াওনা ওফিসশিং সরকারদগী লৈরগা লিংখৎখিরম্মী মদুগী অচংশেনশিং অদু য়াম্না ৱানা চেরিটি সোনচিংবা কয়া তৌদুনা তাল্লগা পীখি। স্কুল কুপ্পনবা জিঙ্খ ৱাৎপদগী মাগী ময়ুমদগী ফক্তুনা পুরগা কুপখি। মহাক্কী স্কুলসিদদি চুম্না লাইরিক তম্বীবতা নত্তে। মীওইবা অমনা হেক হিংবদা চঙবা হীরম অয়াম্বা তম্বী। ড্রিল, হকচাং শাজেল, মুক্না, থাঙ-তা, জগোই-ঈশৈ, কলা-বিদ্যা অসিনচিংবা লোয়না মনুং চল্লি। খৃ: ১৯৫৭ দা লিলাশিং হায় স্কুল অসি এম ই গী থাক্তগী হায় স্কুলগী থাক্তা ওনখৎহনখি অমদি পক্কাগী স্কুলশঙ ওছোকহনখি।

**পিদোল্লবশিংগী চঙজফম লিংখৎপা ঃ**

মপা-মমা লৈজদ্রবা মাগীনি হায়বদা নাউকোনবীনবা কনা লৈজদ্রবা, তোল্ল-তারবা অঙাংশিংগীদমক মহাক্কী থম্মোয় কায়রম্মী অমদি মখোয়দুগীদমক্তা খৃ: ১৯৪৮ দা চীংমৈরোংগী চীংখোঙদা এফএফ পিয়ারসন অমদি লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা পীরম্বা লমদা 'আনাথ আশ্রম'

(ওরফানেজ) অমা লিংখৎখি। মসিদা কন্না লৈজদ্রবা অঙাং ২০০ রোম্না চহীদা মীং চন্নখি। ময়ুমগী চেঙফুদগী চেঙ কোৎলগা পুদুনা তোল্লবশিংদু মবুক থন্নবা মী ওইবা ঙম্নবা য়াম্না ৱানা হোৎনবীখি। মহৈ-মশীং তম্বীবতা নত্তনা ইঙ্খোল কোইবা, লৌ উবা, ঙা য়োকপা, হকচাং শাজেল, যোগ, শরিৎ-শরাৎ, হুয়েন-লাল্লোঙ, থাঙ-তা, রেস্লিং, মুক্না কাঙজৈ, বোক্সিং, ৱেট-লিফটিং, ঈশৈ-নোংমাই, জগোই, লাইয়েকপা অসিনচিংবা কয়া তম্বীদুনা মতীক চাবা মী অমমম ওইজবা ঙম্নবা শীনবীরম্মী। অদুবু ইন্দ্রমনিনা জেলদা চঙখিবদগী য়েংশিনবীনবা লৈতদুনা খৃ: ১৯৫৩ দা মুৎখি।

**খোয়াথোং হায় স্কুল লিংখৎপা ঃ**

মীপুম খুদিংমক মহৈ মশীং হৈহনবা পাম্বা ওজা ইন্দ্রমনিনা হিংনবা থবক শুবদা অয়ুক নুংথিলদা মহৈ তম্বা ফংজদ্রবী ফুরুপ খুদিংগী নুপী মহৈরোইশিং নুমিদাং পুং ৫ দগী ৯ ফাওবা মহৈ তমহন্নবা খৃ: ১৯৫২ দা দি নিউ গার্লস এন্দ এদল্ট নাইত হায় স্কুল কৌবা অমা খোয়াথোংদা লিংখৎলম্মী। মহাক্কী খোঙলোই ওইখিবা য়ংমাসো শৈজানা হেদ মাষ্টর, রা, কু, মায়পাকসনানচিংবা কয়ানা ওজা ওইনা পুবীরম্মী। মমৈথংদা খোয়াথোং হায় স্কুল হায়না ওন্থোকখি। ঙসিদি স্কুল অসি সরকারনা লৌশিল্লবা মতুংদা মুখৎপিখ্রে। অসুম্না নুপী কয়া লাইরিক হৈহন্দুনা খুন্নাই শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

শাফবা শেমগৎপা অমদি তম্ফমশঙ লিংখৎপাঃ হকচাং ফবা হায়বসি অনাবা লৈহন্দবতা নত্তনা অফবা ৱাখলগীসু তুংনফম ওই। মশা ফবা মীদি অফবতা খল্লি, মবুকচেল চাউই, লেম্মী, থাজনীংঙাই ওই, মীগী মাঙনবা তৌগন্দে, খুন্নাইগী অশেংবা লন্নি, খুন্নাই অমা শেমগৎপদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচাক্লি হায়না মহাক্না লৌই। হকচাংনবু ফৎত্রবদা সনা লুপা কৈদৌননি ? মহাক্না মীওইবগী পুক্সিবু মমল য়াম্না লৈনা লৌই। মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ, পুক্লিং ৱাখল হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমকসে ফজনা শেমগৎহৌদ্রবদি মীওইবা শাগী শা ওইনা শারমচৎ চত্তুনা লৈবা মশানা তাবনি। অদুনা মহাক্না মখল মথেলগী শাজেল কয়া

তশ্বীরম্মী। মশামক অয়ুক্তা নোংমতা লেপ্তুনা ব্বার্কিং চৎপগীসু ফিদম্লফমনি। অদুনা মাবু মাষ্টর ওফ মোর্নিং ব্বার্কিং হায়না খঙনৈ। মহাক্না মণিপুরগী পুব্বারীদা অহানবা ওইনা শাফবা শেমগৎনবা শাজেল কাঙলোন তশ্বীবা হৌদোকখি। অহানবা কাঙলুপ্তা মৈস্নাম অচৌ, মৈনো লৈরক লাইশ্রম নেত্রসিংহ তাকয়েল খোংবান, রাজবাপু শর্ম্মা, হৈরাঙ্গোইথোং অসিনচিংবনি। অনীশুবা কাঙলুপ্তা খাংঙেনবম বাপুশিং অমদি নাগালেন্দগী মীওই খরনি। মথংগী কাঙলুপ্তা ইরোম লিখেন্দ্রো, সোইবম মেঘা, শিজগুরুময়ুম শুনিলচন্দ্র শর্ম্মা, থিয়াম মণি, ইরোম রাধে, মোইরাংথেম কুঞ্জো, লোখোন, ক্ষেত্রিময়ুম মোহোরী, পি শ্রীনিবাস (লোক্লাওবুং), আর কে সনাজাওবা, চাউয়াইমা (কোংপাল), ব্বাই তোম্বী (য়ুম্নাম লৈকাই), উরিকখিনবম গোপাল, রাবৈ (চীংঙা মকা), ইবোহল (য়াইস্কুল) অসিনচিংবা কয়ানি। অসুম্না অহানবা ওইনা 'মিষ্টর মণিপুর' অমদি 'মিস মণিপুর' খনবগী চাংয়েং পাঙথোক্তুনা মুৎনাইররোইদবা পুব্বারীগী পন্দুম অমা হাংদোকখি। খৃ: ১৯৫১ দা 'মণিপুর মেন বিল্ডিং ইনষ্টিট্যুট' লিংখৎখি।

লাইশ্রম মনাওবী, ওইনাম থম্বালনচিংবনা শেন পুথোকপিদুনা মপাল কাংজৈবুংদা খৃ: ১৯৪৯ দা পাঙথোকখিবা 'মিষ্টর মণিপুর' খনবগী কনটেষ্টতা অহানবা ইরোম লিখেন্দ্রোনা মিষ্টর মণিপুর তাখি। মহাক্না ১৯৪৯, '৫০, '৫১ অমসুং '৫২ ফাওবা মরিরক মিষ্টর মণিপুরগী মিংথোল লৌখি। নুপীশিংগী মরক্তসু কারাতিগুম্বা খরদা পাঙথোকখি। মখোয়দুগী মনুংদা বিনোদিনী (মচানুপী), রাণী, মোমোন্নচিংবা কয়ানি। মী অমগী মথক্তা মী কয়ামরুম্না কাখৎপা, য়ানা চীক্তুনা মী থাঙ্গৎপা অসিনচিংবা কয়াসু ইন্দ্রমনিনা হৌদোক্লম্মী। মায় পাক্লা মণিপুরগী মায় ঙাক্তুনা মিষ্টর ইন্দিয়া তাখি। ফিজিকেল সো খুদিংগী শকখিবা ওজা ইন্দ্রমনিগী ময়েক্তা শৈহৌ ঈশৈ "চেকশীল্লু পাখঙ চেকশীল্লু, শেমহৌরো হৌজিক অকনবা শক্তি, নহাগী পাঙ্গল। মীওইবা মপোক, পুন্সিগী মপোক, পাখঙগী মতম অতাঙবনি, অতাঙবা ঐখোয়গী জাতি, নোংশাগী শাগৈ, নোংশা লাল্লাউ, ঐখোয় পূন্না লাউরসি।" শম্না

ইন্দ্রমনি তুমদুনা লৈরম্বা কয়াবু য়াকাইহল্লম্বা শাজেল কাঙলোনগী লময়ানবা লমজীং পুরেন্নি।

**মহৌশাগী লায়েং পথাপ ঃ**

মীওইবনা মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা পোৎপু মীরায়দুনা লাপথোক্লবা খক য়ারোই। মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবা হিদাক্লা অনাববু লায়না ফহনবা ঙমগদবনি হায়না মহাক্লা থাজখি মহাক্লা কুপ্না থিজিন্দুনা, চেফোঙ, লাইরিক কয়া পাদুনা লায়েংসিগী মরমদা য়াম্না মুন্না খঙবা মীশক ওইখি অমদি মহৌশাগী লায়েং পথাপ অসি হৌদোকখি। খৃ: ১৯৩০ দা মহাক্লা এডিটর ওইদুনা 'মীতৈ মাইবা' কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙখি। হিদাক্লা লায়েংবা তোকথোক্লগা মহৌশাগী লায়েং অমদি শাজেল কাঙলোনগী মরমদা ইরকখিবা তিবি নারম্বদগী মশা মতোমতা লায়েংজদুনা ফরকখিবা হোৎনবা কঞ্জবা আমেরিকাগী অফাওবা ডাক্টর বর্নার মেকফেদ্দনগী পিদম কয়া নৈনখি। মানা লাইরিক খরসু ফোঙলম্মী। ১। চরা হেনবা অমসুং চাবা, ১৯৮৬, লমায় ৯৯২, মমঃ লুপা ১৮৭.২, ২। লায়না অমসুং লায়েং, ১৯৮৬, অসিনি। কে বিমোল সিংহ, নেচর ক্যুরিষ্ট, কৈশাম্পাৎনচিংবা মহাক্কী মহৈরোইশিংনি।

**রাজনীতিগী লমদা ঃ**

খৃ: ১৯৫৩ গী মার্চ ১৯, নোংমাইজিংগী নুংথিল পুং ৩ তাবদা মী ৩,০০০ রোম তিনবা মপাল কাঙজৈবুংদা পাঙথোকখিবা মীটিং অমদা ইন্দ্রমনি অমদি কাঙবুনা সরকারগী মায়োক্তা ব্রারেপ লৌরুবগীদমক লালহৌবগী মরাল শীদুনা ইন্দ্রমনি, য়ংমাসো শৈজা, ব্রাহেংবম প্রহ্লাদ অমসুং রা, কু, মায়পাকসনা মখোয় মরিবু ফাজিন্দুনা থা ৬ জেলদা থমখি। মহাক্লা গ্রেটর মণিপুর অমসুং মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইনবা দাবি তনখি। খৃ: ১৯৬৭ তা থা ৩ লোম অমুক জেলদা থমখি। এসেমব্লি মীখল অহুম্লক লেপখি অদুবু কাখিদ্রে। মহাক কংগ্রেস, নেসনেল য়ুনিয়ন্নচিংবা পাউদা য়াওরম্মী।

**ব্রারোইশিন ঃ**

খৃ: ১৯৮৭ কী নভেম্বর ২৭, ইরাই মশাগী চহীনা ৮০ গা থা ৬, নুমিৎ ২৫ নি শুবদা মহাক্কী নুংশিজরবা মচা-মনাই পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা তাইবঙ মপুগী খুয়া তানখি। রাইট মচীন-মনাওনা অহানবা পুথোকখিবা এরোপ্লেন্দু শান্না পাইবা ঙমখিদে। অদুবু মদুগী নিয়মদু শেমগৎলগা ঙসিগী এরোপ্লেনসি পুথোরকখিবনি। অদুগুম্না ইন্দ্রমনিবুসু খুন্নাই অসিগী মীয়াম্না লীক্লম চুম্না, মায়োন চুম্না, য়াঙনা চৎচবা ঙমহন্নবা লম্বী শেম্বীরম্বা অথোইবা, লমজীং পুরেন, তোমথিন ঙানবা খুৎমাবা, মীয়ামগী লমজিংবা ওইনা শোন্নরী লেপ্পা লৈতনা ঙসিসু। মহাক্না নীংজরম্বা, পাঙথোক্লীংলম্বা খুন্নাইগী চাওখৎ থৌরাং থবক কয়াবু ঐনা মাগী খুৎনম থিদুনা পাঙথোকপা তঙাই ফদে। ❑

ঌ⁕ঌ

# ꯃꯍꯥꯛꯂꯥ ꯍꯤꯡꯂꯤꯉꯩꯗꯥ ꯑꯩꯍꯥꯛ ꯊꯦꯡꯅꯖꯍꯧꯏ
# মহাক্লা হিংলিঙৈদা ঐহাক থেংনজহৌই

*✍ থাংজম কুঞ্জো*

*চিংমৈরোং মমাং, ১৫/১১/২০০০*

ওজাবু ঐনা নহা ওইরিঙৈদগী খঙজে। চিংমৈরোংগী চীংথক্তা হৌজিক লৈরিবা শিন্দম শিনশঙ রেসিদেন্সিয়েল হাই স্কুল অসি ওজা ইন্দ্রমনিনা লিংখৎপীরমদুনা সেক্রেটরি ওইনা পুবিরমই। ১৯৪৮ অদুৱাইদগী ঐসু ওজাগী মতুং ইনজদুনা স্কুলগী চাওখৎ থৌরাংদা শরুক য়াজখি। মতম অদুদা মহৈরোই খরা স্কুলদা লৈফম পীদুনা থনমই। মহৈরোইশিং অদুগী পীজ পীথক তৌবা অদু ঐহাক্কী তাদনা শিল লাংদুনা তৌরম্মী। ঐনসু মতেং পাংজরম্মী। অঙাংশিংবু তম্বী তাকপীবসু য়াওজরম্মী। চহী অনিরোমগী মতুংদা ঐসু গভর্নমেন্টকী থবক অমা ফংজদুনা স্কুলগী থবক য়াওজখিদ্রে। মসিগী মতুংদদি লম্বী লমখাংদা, হোটেল অমসুং থৌদোক ৱাথোক্তা ৱারী-ৱাতাই শান্নজে। ওজানা হকচাং ফনা নাদ-য়েক্তনা লৈনবা অমসুং লমচৎ শাজৎকী মতাংদা মমল নাইদ্রবা পাউতাক কয়া তাকপীরমই।

ওজা য়াম্না শাওগনবা অমসুং মীবু তাথি তাওইনা তৌবা থেংনজদে। মশাগী ওইজবা করি অমত্তা থিদনা থবক খুদিংমক পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনৈ। য়াম্না অখাং কনবা ওইজবা থিদবা লৈবাক্কী ফনবা খনবা মীশক অমনি। ওজা ইন্দ্রমনি অশেংবা সোসিয়েল ৱার্কর অমসুং পোলিটিসিয়ান অমনি।

শিন্দম শিনশঙ রেসিদেন্সিয়েল হাই স্কুলনা লৈরিবা চীং অসি ৱাই ইরাবতনা এমএলএ ওইরৈঙৈদা নোংপোক থংবা চীংশাং অদু মীওই

খরগা লৌতুনরগা তেমথোক্লবা হোৎনরম্মী। চীংমৈরোংগী মৈরা পায়বীশিং অমসুং অহল্লোন, নহারোলশিংনা থিংজখি। ওজা ইন্দ্রমনিনা মহৈরোইশিগী প্লে গ্রাউন্দ ওইননবা চীংগা হেক তাইনবদা লৌ খরা লৌরমই। লৌফম অমসুং চীংখোঙদা মী খরনা য়ুম শাজিল্লমই। মদু লৈকাইনা থিংনবা হোৎনখি। কেস অমা তৌনবা ঐনা স্কুলদা চঙলগা মরী লৈনবা চে চাং থিজরুবদা তাং ৮-৪-১৯৪৬ তা Secy's report on Inauguration Ceremony of Sindam Sinsang হায়না ইবা সেক্রেটরিগী রিপোর্ট অমা ওইনা তাং ২৬-৩-১৯৯৯ দা লৌজরকখি। ওজানা স্কুলদা লৈরিঙৈ মতমদদি চীং অসি কনা অমত্তা চঙহল্লমদে। হৌজিক্তি য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইদ্রে। ❑

ॐ

# ꯔꯤꯚꯣꯂꯨꯁꯅꯔꯤ ꯅꯦꯁꯅꯦꯂꯤꯁ꯭ꯠ ꯑꯃꯁꯨꯡ
# ꯁꯒꯣꯂꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ

## রিভোলুসনরি নেসনেলিষ্ট অমসুং শগোলশেম ইন্দ্রমনি

*ডা: এন সনাজাওবা*
*প্রো: ওফ লো, গুৱাহাটি য়ুনিভর্সিটি*

ইং কুমজা ১৯৪৯ কংলৈপাক (মণিপুর) অরানবা থৌওংদা হিন্দুষ্টান্দা ইলেক্সন তৌখিবা ইকুই কুইদনা চহী অহুম মখায়গী মতুংদদি, হিন্দুষ্টান্দা তিঞ্জরগা ফুল রেস্পোন্সিবল গভর্নমেন্ট ফংগনি, দিমোক্রেসি ফংগনি, চাকহোং-ঙাহোংগনি হায়না শেরান্নবা আশাগী অৱাংবা ফুরা শাগৎচরুবা কয়ামরুমদা উরক্লিবসি, মণিপুরগী ১৯৪৭ কনষ্টিট্যুসন্না পীরম্বা নীংতম্বা অদু ফাওবা য়ৌবদি লাইরদনা, ময়াং মচা চীফ কম্মিস্নার অমগী মতোমতগী দিক্টেটরশিপ থোরকই, মৱা লৌদবা ইলেক্টোরেল কলেজ, এদভাইজরশিং থোরকই, পুম্নমকশিংসিগী মথক্তা ইং কুমজা ১৯৫২-৫৩ অকিবা মওংদা চাক তাংলকই, মণিপুরগী লৌমীগী অমত্তা ঙায়রবা শন লাবা আসামদা থাদোরকই, ঈচাও থোরকই।

শেরান্নবা মঙলানগী ফুরা শাগৎলুবশিংগী শায়েং-পাম্নোম, নিংসা সোর মরাই শাল্লক্লুবা মতমদা, চহী ১-২ গী মমাংদা, মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লালহৌনা মমি শামখ্রবদা, মণিপুরগী য়ৱা-খোঞ্জেলদু রিভোল্যুস্নরি নেসনেলিষ্ট পার্টি, আরএনপি না ফোঙদোরকই, মদুগী লুচিংবা মরিগী মাঙজিল থাখিবা লুচিংবা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী মমিংবু নীংশিংবা চুমই। হিন্দুষ্টান ভারতকী লৈনাংনা থল্লবা রাজনীতিগী ইরম কয়ামরুম্না লৈবাকসিদা চনৈনরবা, মুক্লবা, মেন তাদবসু পীরকই। ইং কুমজা ১৯৪৯-৫১ ফাওবদা, মণিপুরগী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী খুৎলাই পায়বগী

লালহৌনা য়াম্লা ময়েক শেংনা মণিপুরগী নেসনেলিজম হায়না পনদ্রবসু, আরএনপি থোরকপদদি, করিগুম্বা চৈননবা, এন্টিগ্যুইটি অমত্তা থমদ্রে, তৌবদবু থৌদোক অনিমক মান্ননা চত্থরিবা লম্বীদা লীশাং শিংনা চত্থবা হায়বদু থোকখিদে। অদুবু মনীংতম্বা মণিপুর অমগীনি হায়না য়েৎনবা লৈতনা মরাল শিবীদুনা জেল চণ্ডখিবদি শগোলশেম ইন্দ্রমনি, আর: কে: মৈপাকসনা, য়াংমাশো শৈজা অমদি ব্রাহেংবম প্রলহাদ হায়রিবা লুচিংবা মরিসিনি (রিফরেন্সঃ এন, সনাজাওবা, বফর ষ্টেট অলটিমেটম, ১৯৫৩ ফ্রিদম চেফোঙ আগষ্ট ২, ১৯৯৬ অমসুং মখা তারকপা)। মখোয়না ইন্দিপেন্দেন্ট মণিপুর অমগীদমক্তা য়েৎনবা লৈতনা জেল চণ্ডখিবা অহানবা রাজনীতিগী মীশকশিংনি। মীহাৎ মীপুন তৌবা সি, পি, আইগী য়ুম্ফমদগী টেরোরিষ্ট কয়ামরুমসু মমাংদা থমখিবসু লৈ।

ভারতনা লৌশিল্লবা চহী অহুম মখাইগী মতুংদা থোরকইবা কন্স্ত্রাদিক্সনগী ফোঙদোকফমদি লুচিংবা মরি অসিনা কৌদুনা এপ্রিল ১৯, ১৯৫৩ পোলো গ্রাউন্দদা পাঙথোকখিবা মীয়ামগী মীফমদুনি। মদুদা মী লিশিং অহুমদগী তাদনা তিনখি। কংগ্রেসকী ঙসি খবরনা মী লিশিং তরা হায়দুনা, মতমসিদসু চৎনরক্লবা ৩ নৎত্রগা ১০ হায়না থোকই। মতমদুগী থাক্তদি, মীয়াম তিনবা মীফম ওইনা লৌগনি। শম্লা হায়রবদা, এপ্রিল ১৯ মীয়ামগী ফিরেপ লৌই।

এপ্রিল ১৯, গী ব্রারেপ মরি অদু শম্লা পনবা য়াই। ১) চাক তাংবা থিংনবা, ফৌনা মোন্দা লুপা ৫, চেংনা মোন্দা লুপা ৮ গী মমলদা হঙ্হনগনি, ২) মিটিং নুমিত্তগী নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা এদল্ট ফ্রেন্সাইজদা য়ুম্ফম ওইরবা ফুল রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট পীনবা লাওথোক্কদবনি, ৩) অহানবা তাঙ্কত্তা ইলেক্টোরেল কলেজবু লেজিসলেচর ওইগদবনি, মদুনা কল্লগা মন্ত্রি সেবা শেমগদবনি, নন-মণিপুরগী মহুত্তা মরুওইবা পোষ্টতা মণিপুরগী হাপকদবনি, ৪) অনিশুবা লাঞ্জাওগী ক্ষেত্রিপুরন লোয়না পীথোক্কদবনি।

য়াম্লা মরুওইবা, তুং কোইনগী ওইনা থাংজিনখিবা খোঙথাংদি, অকনবা রাজনীতিগী ওইবা ব্রারেপনি। মতমদুদা থবক ওনখিদ্রফাও,



মমাংদা অমুক্তা লেপখিদ্রবা মওংদা, মণিপুরগী নীংতম্বগী ষ্টেটস তানবা ৱারেপনি - ৱারেপসিনা মণিপুরগী মীয়াম, হেক থংনবা মীরোলগী থম্মোয়দা মৈরী চুখি। একনোলেজ তৌবা হৈনরক্কবা সোসিয়েল সাইন্টিষ্ট খরনা, মদুবু কুপশিন্দুনা থম্নবা লাক্করবসু, পুৱারীগী লমাইদগীদি ময়েকসি মুৎখিদ্রি। ৱারেপতুনা পীরি -

ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মতাং চাবা মতম অমগী মনুংদা দিমান্দ নং: ১,২ অমসুং ৩ অসি কমপ্লাই তৌদ্রবদি, মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন অমসুং গান্ধি সেবক সভা তিন্নদুনা শেন্নিবা রিভোলুসনরি নেসলেলিষ্ট পার্টি মণিপুর অসি ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট অমা শেম্নবা তৌগনি হায়না তৌরিবা সতগ্রহ অন্দোলন অসিদা পুনশিনবা হায়না লেপ্নরে''।

মীয়ামদা লৈঙাক্লোনগী ৱাথোক য়াওবা পমপ্লেট কয়ামরুম চাইবা অমদি মথক্কী অকনবা ৱারেপশিং লৌরুবগীদমক ইন্দ্রমনি অমদি লুচিংবা ৩ বু পুলিসনা এপ্রিল ২৪ অমদি ২৫ গী লোন্নবা অহিংদা ফাদুনা, থা ৬-৬ কী জেলদা ফাদোক পীখি। লোক সভাদা, এম: পি: লাইশ্রম জুগেশ্বরনা হংবা ৱাহংদা, ভারতকী মরী লৈনবা মন্ত্রিনা লুচিংবা ৪ ফাবগী মরমদি মণিপুরবু মনীংতম্বা ষ্টেট অমা শেম্নবা হোৎনবগীনি হায়না খুমখি, মরম অদুনা আই: পি: সি: গী সেক্সন ১২৪ এ, ১৫৩ অমদি ১২০ গী মতুংইন্না বিচার চথরকই। পার্লিয়ামেন্টকী প্রোসিদিংস য়েংলুরগদি, মণিপুরগী নীংতম ঈহৌ ইং কুমজা ১৯৫৩ দা লুচিংবা ৪ সিনা হৌদোকই। পনবা য়াবদি ১৯৪৯-১৯৫১ গী মণিপুর কম্ম্যুনিষ্ট পার্টিগী টেরোরিজমনদি মণিপুরগী মনীংতম্বগী ষ্টেটস ময়েক সেংফাওনা থনম্বদুবু আর: এন: পি: না খ্বাইদগী হেন্না ময়েক শেংহনখি। ঈহৌ অনিমক্কা মণিপুরীবু দিফাইন তৌরকই।

'ময়াং' হায়বা ৱাহৈসিগী মতাংদা হায়বা চৈবগীদি মরাল লৈতে হায়না রাই তাখি। *... I think the present appellants cannot be deemed to be quilty under Sc. 124-A and 153-A, IPC, Simply because they used the word "Mayang" in the leaflets Exs. P/A to P/C* । অইবনা হাপচিনবা পাম্বদি,

চৈথারোল কুম্বাবদা মণিপুরগী লোনচৎতা, ময়াং হায়বা ৱাহৈসি মতম শাংনা শিজিন্নরকই - মরমদি, মণিপুরী নেসনেলিটিনা ময়াংবু চনখিবা তাঙ্কক লৈতে। ঙসিমকসু কুম্বাবগী পথাপতু অদুমক চত্থরি। কেশ অসিদা, ময়াংবু অতোপ্পা নেসনেলিটি অমা ওইনা লৌরকই।

মণিপুরবু ইন্দিপেন্দেন্ট ষ্টেট ওইহবগী মতাংদা, সরকারনা নৎত্রগা কোর্টনা অহানবা ওইনা শকখঙখিবা অমদি য়ানিংদবা পীখিবসি ইন্দ্রমনি, সৈজা, মায়পাকম্না, প্রলহাদগী কেশ অসিনি। জুদিসিয়েল কম্মিস্নারনা মাগী রাইদা অসুম্না পনখি : -

*Regarding the question whether the present appellants preahed creation of independent buffer state under the U.N. Trusteeship in Manipur, a glance at the paper "Mother Manipuri" dated 21-4-1953 shows that this contention is not well founded and all that they mentioned in the paper was that some peace and democracy loving sections of the people were on the verge of launching movements to establish an independent buffer state. This clearly does not mean that the present appellants wanted anybody to establish any independent buffer state"*

জুদিসিয়েল কম্মিস্নারনা, লুচিংবা ৪ শিবু 'বিয়োন্দ এল রিজনেবল দাউবতস' ভারত সরকারগী মায়োক্তা, লালহৌবগী ৱাফম ফংদবদগীদি, বেল বোন্দ পীরকপদা দরকার ওইদে হায়দুনা কনভিক্সন অমদি সেন্টেন্সতুবু ককথৎখি। মহাক্না রাজনীতিগী হৈশিংবা উৎলদুনা, মণিপুরগী নীংতম্বা ষ্টেট শেম্বগী ৱাফমদুবু অচৌবা মণিপুরগী ৱাথোক অমা ওইরকপদগী, মদুবু ওইদনবা মওংদা ৱাথোক্তু মচা পোকহনখিদে। অদুবু য়াম্না ময়েকশেংনা, য়েৎনফম লৈতনা মনীংতম্বা ষ্টেট শেম্বগী, যাত্রা যুম্বী (Corner stone) দি আর: এন: পি: না ইং কুমজা ১৯৫৩ দা মণিপুরদা যুংই। অতোপ্পা উয়ুং কয়ামরুমদি যুংবা ঙমখিদে। হায়রিবা

লুচিংবা ৪ সিগী অকোনবগী লৈঙাকলোনগী পুল্লিদি থারুদনা, ইং কুমজা ১৯৫৩ দা আর: এন: পি: না মনীংতম্বা ষ্টেট অমগী য়ুমফম থোল্লবা মতুংদা, মথং মথং মখোয়গী খোঙ্গুল লীরকপা খরা পুৱারীগী পীবুক্লুংদগী থোরকই - মদুগী দ্রামা কয়া, শিন চিংথবা, চিংখৎপা কয়া ২১ শুবা চাইচাদা ফাওবা উবা ফংনরি। লিশাং শিংনা থাজবা অমদা অদুমক য়ুংদুনা লৈবা হায়বদু, লুচিংবা ঙম্নগদবা উবা ফংলক্তবসিদি করি মরমগীনো হায়না থিগৎপা চঙই - নিয়ম অসিদা, একসেপসন হায়বদু উবা ফংনদ্রি। মরম কুপ্পা থিজন্নবা তাঞ্জা অমা লাকই।

মতমদুদা, আর: এন: পি: করম্না লৈঙাক্লোনগী ফমবাক্তা থমখিবগে হায়বদুসু নৈনবা তঙায় ফদে। আর: এন: পি: গী ইং কুমজা ১৯৫৩ গী মে ১০ গী মধুহোং কবুইনা মীফম মপু ওইদুনা পাঙথোকখিবা ৱার্কিং কম্মিটিগী মীফম্না, আর: এন: পি: লুচিংবা ৪ ফাবদুবু চৈখি, থাদোক্লবা ৱারেপ লৌখি। ৱারেপ অদুনা চীফ কম্মিস্নারগী শুপ্নম লৈঙাকপু য়াদবা, দিমোক্রেসি পাম্বা অদুগী মথক্তা শেনবালোনগী অৱাবদুবু শিংথাখি - “হৌজিক্কী মণিপুরগী শেম্মীৎলোন অসি নোংম-নোংমগী ফৎলক্ত্রি, মসি খ্বাইনা উনরিবনি। হৌখিবা চহীগী চাক তাংবদগী হেনবা অকিবা শকফম হৌজিক ঐখোয়না থেংনরি অমসুং মী খুদিংমক নীংবা কায়রে।” মধুহোং কবুইনা মীফম মপুংওইবা আর: এন: পি: ৱারেপনা পীরি - হৌজিক্কী সরকারগী সুপনমগী নীতী অমসুং মাগী চোকথরবা, ময়া কুম্লবা খুৎলাইনা অপনবা ওইদনা চত্থরিবা অসি ঐখোয়না থিংগদবনি। ঐখোয়না পামদবা, মথোং চাদবা লৈঙাক অসিগী মহৈদি, চাক্লিবা মৈদা অকঙবা শীং হাপচিনবা ওইনা থোকপা শোইদ্রবনি। মধুহোং কবুইগী নৈনরোল এসেসমেন্ট অদু মতমদুদসু চুমখি।

মণিপুর কম্যুনিষ্ট পার্টি অমদি সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনা আর: এন: পি: গী অকনবা লৈঙাক্লোনগী ফিরেপ্তা জুদিসিয়েল কম্মিস্নার ব্রজনারায়ন্দগী হেন্না ওভর স্মার্ট ওইনা, মৈবু ফিনা কুপ্তনা থমজীল্লবশু, কংগ্রেস পার্টিদি তশেং-তশেংনা আর: এন: পি: বু য়াদবা ফিরেপ লৌরমই। কংগ্রেস পার্টিনা মণিপুরগী লিংজেল মান্নদবা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা, কংগ্রেসতা

লোয়না য়াওরগা লিংজেল মান্নবা শকই হায়বগী প্রোপেগন্দা তৌরকই। কংগ্রেসনা মণিপুরী লীংজেল মান্নবা হায়বসি, লোয়লমগী মীখা পোনমিন্নবদা লিংজেল মান্নগদবনি হায়না ৱাহত্থোক পীখি।

মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস প্রচার বীভাগনা, আর: এন: পি: গী রাজনীতিগী পন্থুংবু কন্না হুল্লদুনা ইং ১৯৫৩ এপ্রিল ২৬ তা প্রোপেগন্দা থাদোরকই। ''চফু কাইরগা ক্বাক্লা হরাওই'' হায়বদুনি। মণিপুরগী পুৱারী অমুক হঞ্জিনহনগনুসি.. অন্দোলন্দগী আইন সভা লাক্কদবা নত্তে। আর: এন: পি: না তৌরিবা থবকশিং নাগা হিলসতা (মতমসিদা, নাগালেন্দা মণিপুর লৌশিনবগী ৱা কাংনরকত্রি) ফিজোনা পুখৎলিবা ঈরাং অদুগা মান্ননা, কান্নদে হায়, ওইরোইদৌবনি হায়না কংগ্রেসনা লৌরকই। শিনাম কৃষ্ণমোহোন্না আর: এন: পি: বু কংগ্রেসকী ফিরেপতগী রিএক্সনরি ওইবা থবকনি হায়না চৈথরকই - "The irresponsible way in which the so called Revolutionary National Party gave ultimatum with the threat of demanding a separate independent statehood for Manipur betrays the sad lack of sense of responsibility on the part of those poeple" । মণিপুরনা মীরৈবাক্কী লোয়লম ওইদবা য়াদে হায়রিবা কৃষ্ণমোহনগী থেসিস অসি ঙসিমকসু মণিপুরদা য়াম্না লুথনা মবা তারি।

কংগ্রেসকী প্রোপেগন্দা কম্মিটিনা আর:এন:পি: না তাল্লিবা পান্দম অদুবু এসিয়াগী মাংগদবনি হায়না শন্দোরকই, মদুবু থাজদবা মপাঙ্গল লৈরবা ইলিত, ইন্টেলিজেন্টসিয়া চহী ৫০ গী মতুংদা ঙসি ফাওবা, কংগ্রেসকী প্রোপেগন্দা অদুবু বাইবলদা, কোরান্দা, বেদদা হায়দবগুম্না ৱাহন তৌদে, অহোইনদুম প্রোপেগন্দা অসিবু 'অচুম্বা অমনি' হায়দুনা লৌনরকই। প্রোপেগন্দা অদুনা আর: এন: পি: বু লৈখা তানবা মওংদা য়াথং তাওথরকই - ''ঐগী অফবা অদুদা এসিয়াগী মাংগদবা লৈরবদি মদু ঐনা তানবা চুমদে। মণিপুরগী অমসুং নাগা হিলসকী অফবা এসিয়াগী, ভারতকী অমসু বর্ম্মাগী অফবা অদুগী মনুং চনবা তানগদবনি''। শম্না হায়রবদা, মণিপুরনা মাগী

মাঙখ্রবা নীংতম্না থাক্তা হনজিল্লকপা হায়বসি, কংগ্রেসকী ৱাখল্লোন্দা এসিয়াদা মাঙ তাক্লবনি - করিনা মাঙই হায়বদুদি হায়বা ঙমখিদে।

ভারতনা মনীংতম্বা হায়বসি য়ুরোপ্তা মাঙই হায়বগা পাঙ্খক্লি - খ্বাইদগী অরানবতনা থল্লবা ফিরেপনি। সেল্ফ কন্ত্রাদিক্টরি ওইবা মরম্না, ৱাফম অদু ঙাকপীবা য়াদনা লাল্লবা ৱাফমনি। মনীংতম্না লৈরম্বা লৈবাক্না মনীংতম্নবা হোৎনবা হায়বসি অকায়বনি হায়বা ৱাখল্লোনসি ওইদবা ঙাংবনি।

লোয়লমগী পার্টি ৩ সিগী হোৎনজমনগী ফংলকপা ময়াং চীফ কম্মিস্নারগী লৈঙাক্তু মখোয়না তানজরুবনি। মদুগী মহে ওইনা মণিপুরগী চীংমী-তম্মী হা-হা কার লাওখি। ১৯৫২ গী চাক তাংবদা, লিলোং চজিংদা, অহল অমগা অঙাং অমগা চারা হেন্দুনা, চাক ফংদদুনা শিখি। পার্টি ৩ সিগী হোৎনজবসি লোয়লম লৈঙাক্না, পার্টি ৩ সিনা কৌজরুবা সি.সি.ই.পি. মুন্না, মণিপুরগী পোখোক হনগদবা শন ২৫,০০০ মপান্দা থাদোকখি - ১৯৫১ জুনদা কংগ্রেসনা মদুবু য়াদবা হৌরকই। কংগ্রেস লুচিংবা মশেল অমগা অমগা চার্জ তৌনরকলে, মদুনা আসামদগী চালিহা লাকখিবনি। মীয়াম্না ১৯৫২ দা চারা হেনবদুসু মখোয় ৩ না হোৎনজবদুগী মহেনি নৎত্রগা মপান্ননি, অদুবু লুচিংবশিংদুদি অৱা-অনা থেংনখিদে। শম্না হায়রবদা, এদভাইজর এ কৃষ্ণমোহোন, দিজমনিদেব শর্ম্মা, সলাম তোম্বী, ডা: কম্পু, এ দাইহো অমমমনা থাদা লুপা ৯৫০ ফংখি। ঙসিগী শেনদা হায়রগা থা লুপা লাক্ষ ২ গুম্বনি। অচৌবা বরনেটতা ৫ সিবু, শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন (আরএনপি দা য়াওরক্কদবনি) ভলন্টিয়র ১০০ না মখুৎ চল্লমই - এপোলোজী তৌনবা, অদুবু খুৎমক্তি থাখিদে (Saweek KS. খুন্নাই অমদি মাগী পুঙ্গিগী ঈচেলদা কে বিগা ৱারী শাবদা, এদভাইজর অমদি খুন্থিরমগদৌবদগী নাম্বোকখি ১৯৯৩ লা: ৬৫) এদভাইজর ৫ বু মীয়াম্না পামখিবা, থাগৎখিবা, নুংশিখিবা শক লৈতে, মখোয়বু কি-তুকচনা হিংচাবগী মমাই ওইনা উরকই।

মরম অদুনা, “মাদর মণিপুর” চেফোঙ থোকপগী মথক্তা (আরএনপি না ১৯৫৩ এপ্রিল ১৯ দা য়েন্থোকখিবা লীফলেটশিংদা অসুম্না ইরকই - “ঐখোয়না অরোনবা থবক লৌখৎলগনি থিংবিনিংবা থোকপীরকউ। চেনগদবা, মীগী থৌজালদা হিংবীনিংবা মীদি লেংবীরক্কনু। অরোয়বা ৱা হায়দোকচগে”। লীফলেট ৩ না তুমদুনা লৈরুরবা মণিপুরদা মমীৎ মমায় পাংহন্দুনা মথংগী এজেন্দা শিন্নরকই।

মতম অদুদা ফোঙবা নুংতিগী চেফোং “মাদর মণিপুর” দা মহাক্কী ৱাখল্লোন, লৈবাক্কী ওইবা ৱাফম কয়াশিং অমদি Academic কী ওইবা Information কয়া ফোঙদোকপা হৌরক্লম্মী। পাউ-চেসিগী Editor ৱাহেংবম প্রলহাদানি। পাউ-চেসিগী এপ্রিল ১৯৫৩, তাং ১৭, ১৯ নোংমাইজিং নুমিত্তা পাঙথোকখিবা মিটিংগী ৱারেপ কয়া ফোঙলুবগীদমক পেপরদুগী কোপি কয়া প্রেসতগী ফাখি। শোক ১৯৫৩, মার্চকী তাং ১৭দা ইম্ফাল পোলোগ্রাউন্দদা পাঙথোকখিবা মিটিং অদুদা মী ৩০০০ দগী হেন্না তিনখি, কাংলুপ কয়াগী মীওইশিং য়াওখি। মদুনা ৱা ঙাংখিবা মরু ওইবা মীওই ৪ হায়বদি শগেলশেম ইন্দ্রমনি, আর:কে: মাইপাকসনা, এক্স চীফ মিনিষ্টর য়াংমাশো সৈজা অমদি ৱাহেংবম প্রাহ্লাদাবু কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রসিদ্যুরগী প্রোভিজন মখাদা 124A, 153A, IPC পান্দুনা সরকারনা ফাজিনখি। মতমদুগী Magistrate 1st Class S.D.O. Sadar Nildhawaja না conviction পীদুনা 6 months regoraus emprisonment Jail দা থম্নবা রাই পীখি। অদুবু মখোয়না অমুক Higher Court তা Appeal তৌখি।

এপ্লিকান্টকী মায়কৈদা এডভোকেট এন ইবোতোম্বীনা লেপখি। ষ্টেটকী উকিলনা এস বরধননি। পুখৎলক্লিবা Criminal appeal No. 13 of 53 দু Bruij Narain J.C. না মহাক্কী রাই 26-05-54 দা পীখিবা অদুনা মখোয়বু মরাল লৈতে হায়দুনা Lower Court কী রাইদু ককথৎখি। মতমদুদা মখোয় বেলদা লৈবা মতম ওইবনা কোর্টতা অমুক সরেন্দর তৌবগী দরকার লৈতে হায়না রাইদুদা পল্লি। অসুম্না মরৈবাকপু নুংশিজবা, মরমদম



মজাতিবু চাওখৎহন্নিংবা ওজা ইন্দ্রমনি অমদি মহাক্কী খোঙবুবু আইন্না য়াদবা থবক তৌবনি হায়বদু পুন্নান লাল্লি হায়বসি খ্বাইনা খঙনরি। নৈনবা নুংঙাইনবগীদমক মখোয়দা পানখিবা এক্টশিংদুগী এক্সপ্লেনেসনগী অকুপ্পা মরোল পীরি।

Section 124 A IPC whosoever by words, either spoken or written or by signs or by visible representation or otherwise brings or attempts to bring into hatred or contempt or excites or attempts to excile disaffection towards Govt. established by Law in British India, shall be punished with transportation for life or any shorter term to which fine may be added or with imprisonment wich may extend to 3 yrs. to which fine may be added or with fine.

Section 153A, IPC whosoever by words, either spoken or written or by signs or by visible representations or otherwise promotes or attempts to promote feelings of enmitty or hatred between different classes of the citizens of India shall be punished with imprisonment which may extend to two years or with fine or with both.

শোক্লখ্রিবা কেশ অদু ওজা ইন্দ্রমনি অমদি মখোয়গী কাঙবুনা ঙমখ্রগসু মাদর মণিপুর হায়বা পাউ-চেগী নম্ফম চুড়াচান্দপুর প্রিন্টিং ৱার্কস অমদি মফম কয়াদগী পুলিসনা ফাগৎখিবা অতাংবা লাইরিকশিংদুগী পুলিসনা পীরম্বা Seizure List মাঙখিবদগী লৌথোকখিদ্রে। মসি লৈবাক্কী মাঙজবনি ফংনবা হোৎনবদা ময়ামগী মতেং চঙই।

ওজা ইন্দ্রমনি অমদি মহাক্কী খোঙবু কয়ানা মণিপুর চাওখৎনবা, ৱাহল্লোক লৈবা পুন্সিরোল অমা পুরক্লবা অশাঙবা মীৎয়েং অদুবু খঙখিদবা অমদি লান্না লৌখিবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। অদুনা মহাক্কী রাজনীতিগী

খোঙথাং কয়াদা পুলিসনা তত্তনা ফাননবগী মচাক ওইহনখি। অদুবু মহাক্কী মিংচত্তি থোইনদুম হেন্না তাঙবা হেল্লকখি।

হিংলিঙৈগী মতমদা চহী ১০০ পুল্সিগনি হায়রম্বা, মীয়াম পুন্নমকপু তিঞ্জং-লাইচংদনা মশা ফনা লৈহন্নিংলম্বা, শোথহৌরবী নুপীশিংবু শিক্ষা হেন্না পীহন্নিংলম্বা, মনীং-মখা তম্না মীপাল তাংজদনা হিংবা, হিংমীন্নবা পামজরম্বা ওজা অসি নভেম্বর ২৭, ১৯৮৭ (ইরাই) নুমিত্তা লৈখিদে মহাক চহী ৮০ থা ৬ নুমিৎ ২৫ পুল্সিরম্মী।

হৌজিক্কী চরাংনরবা নে-তাবা ফংদ্রবা পুক্সি মরেলসিদা নোংম-নোংমগী লৈবাকসিদা লৈঙাক্লোন, শেন্মীৎলোনগী মতিক ময়াই য়াওরক্রবা মতমসিদা ওজাগুম্বা লময়ানবা, লুচিংবা নুপা-নুপী তঙায় ফদে।

মহাক্কী ৱারী খরদং হংজরুবা থিজরুবদা মহাকপু খঙবীবা লোইনহৌবা কয়ানা মপি ঈরা চেন্না মহাক্তি লাইপোক্লি হায়না তাকপীরকপদা অইবনা খনখি ওজা ইন্দ্রিমনি হৌজিকসু হিংলি মীয়াম্লক্তা কুইনা হিংখিগনি মতুংদসু। ❑

৯)(৬

# ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯨꯕꯗ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# নীংশিংলুবদা ওজা ইন্দ্রমনি

*আর:কে: সুনিল সুই*

ওজা ইন্দ্রমনিগী মিং অসি ঐহাক্না পুংকক চাওরকপা হাই স্কুলগী ক্লাস নাইন-টেনগুম্বা কারকপা মতমদা নিংফুঙ-নিংফুঙ অদুম তারকই অদুবু করিনো কনানো হায়বনচিংবদি থোইনা খঙজিল্লুদে, থিগৎলুদে। ঐনা খঙখিবা হায়ববু চীনবান্দা চিনফা ওইখ্রবা ওজা ইন্দ্রমনিগী মিং অদুতনি। মীয়াম্না শক খঙবা মিং হায়বসিদি নীংশিংলুবা, তাক্লরুবগী ৱা লৈতে। ঐখোয়না লাইনিংথৌ, লাইরেম্বীগী মিংলেন নীংশিংবগুম্বনি। ঙসিদি ওজা অসিগী খুন্নাই অসিদা লমজিংবীরম্বা, খুন্নাই অসিবু অহোংবা, কান্নবা, চাওখৎলোন অমদা পুখৎলম্বগী শকফম ময়েক লানা মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবগুম্না চোংথোরক্লি।

খ্বাইদগী ঐহাক্না পেঞ্জরিবদি ওজা অসিনা মণিপুরদা হেলথ কলচর, ব্যুটি কলচর অমগী লমজিংবা ওইখিবা অদুনি। নীংশিংবা য়াই, মী অমগী অহানবা মপুন্সিদা হকচাং ফবা, হকচাংবু লু- নান্না, খীং-খীং লাওনা থম্বা অসিনি। "হেলথ ইস ৱেল্থ" হায়নবা ফাওবা লৈরিবনি। মণিপুরদা বোডি বিল্ডিং, ৱেট লিফটিংগী কলচর অমা পুশিল্লকখিবদগী ওজা ইন্দ্রমনিনা মণিপুরগী লময়ানবনি হায়বগা অদুম ইন্নদুনা, ঙাংনদুনা লাক্লিবা ৱাফমনি। ঐনা খনখি, ওজা অসি মণিপুরগী আইদেন্টিটিগা লোয়ননা পৃথিবী অসিদা চেনরিবা লমজেল। মোদর্ন সিবিলাইজেসনগী ঈহৌ অসি ঐখোয় মণিপুরীশিংবুসু য়াওননবা ঈঙ্গিৎ পীরম্বা মীশক অমনি । হান্নন ওজা অসিগী অপোকপা শগোলশেম ইবোচৌবমকসু ড্রামাগী আর্টিষ্ট অমা ওইনা হৌরকখিবনি। মসিদা নত্তনা

ওজা অসিগী অপোকপা অসি থাঙ-তাগী ওজা অমা ওইরম্বগী ৱাফমসু লৈরি। ময়াম্বা কালিদামোনমকসু মণিপুরগী সেরিমোনিয়েল সিঙ্গরশিংগী মনুংদা অমসু ওইখ্রবনি।

মীয়াম্না শক শোন্নরবা মিংলেন হায়বসিদি মীয়ামগীনি। মসিদা অহল অঙাংগী ৱা লৈতে। মীপুম খুদিংমক্কী মিংনি, মীশক্তি। মতাং অসিদা মীয়ামগী ওইখ্রবা মীশক অমদা ঐগী তামো, তাদা, ইবাই, মাম্মা, পাবুং, ইয়াম্বা, ইনাও হায়বগী ৱাফম লৈতে। মসিমক্কুনি অতাঙবা মীশক অসিমক্কী মিংলেনবু ওজা মিংথোল পীদুনা খঙনরিবসি। অমনা ওজা ইন্দ্রমনি মেমোরিয়েল ত্রষ্টনা চহী খুদিংগী লেপ্পা লৈতনা পরিং নাইনা চত্থরকপা ওজা অসিদা কত্থোক্লবা মখল মখা কয়াগী লমদা মনা-মথুমনচিংবা হেক-হেক য়েত্থোক্লিবা অসিমক চাওথোকচনিঙাই অমসুং তুং কোইনা ঐখোয় খুদিংমক্কী ইনাওগী লাপ্না চৎখিদনবা থৌদাং অমনি লৌবা য়াই।

ওজা ইন্দ্রমনিনা লম কয়াদা খঙ হৈবা য়োকখৎলম্বগী ৱাসু অমা ওইরগা ওজা অসিগী এডিটরশিপকী মখাদা 'মাদর মণিপুর' কৌবা চেফোঙ অমসু ফোঙলম্বা অদুনি। তশেংনমক ওজা অসিগী লমদা চেফোঙ পাউ-চে কয়াদা অইবা কয়ানা শৈথাদুনা, শাফোঙদুনা ইন্নরকপা কয়ানিনা থোইনা অমুক পংই-ইরুবগী মথৌদি তাদ্রবরা হায়না খল্লি। মী হায়বসি পোকপদগী মতিক ময়াই চপ মান্নে অদুবু মীথোইবা মপোক্তি য়াম্বা নত্তে। ঐখোয়না মীথোইবা মীওইশিং অদুগী তুং ইন্নবা হোৎনবা হায়বসি মহৌশা লাইরেম্বীনা পীথোরকপা ঈঙ্গিৎনি। ❑

# ꯑꯩꯕꯨ ꯂꯝꯖꯤꯡ ꯂꯝꯇꯥꯛꯄꯤꯔꯝꯕꯥ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# ঐবু লমজিং লমতাকপীরম্বা ওজা ইন্দ্রমনি

*কে বিমোল*
*নেচর ক্যুরিষ্ট, কৈশাম্পাৎ*

অহল অমখক ঐখোয়দা মরক-মরক্তা হেক-হেক ফাওজিল্লকই, ঐনা নোংমতা ফাওবা হংলুদে, অদুবু ৱাঙাং শঙাংদি হেক তাবদা নুংঙাই, মশাদা অকি-তুজুংবা য়াওদে। মতমদো ঐখোয়গী অহল নাবা হৌরকপগী মতাংনি। অনাবগী মরমদা পাউতাক হেক-হেক পীরল্লগা চংখি, মশাদুসু ঙাইহাক্তা লৈতানা ফমদে, য়াম্না থবক চিনবদৌনা তৌই। ৱাসে য়াম্না লাইনা ঙাংথোকই, ঐনা খল্লি মসিগী অহলসে করম্বা মীতানো, নোংমদি ঐনা ঐখোয়গী অহলদা হংলুবদা মণিপুরগী ফার্ষ্ট নেচর ক্যুরিষ্ট অমনি হায়না তাকপীররম্মী। অদু ফাওবা থাজরুদে, ঐখোয়গী অহলনা এদভাইস লৌরুনবগীদমক্তা অহল অসিগী মনাক্তা হেক হেক চংহল্লি। ঐনদি হংজরুই মানদি কয়া থৌৱা শাদনা খুমলকই, ঐনা খল্লি মসিবু করম্বা মীতা ওইরমগবা, তোয়না তোয়না ময়ুমদা চংপা হৌরে, 'ভক্তি'গী মমাংদা মুর্ত্তি লেপ্পা ঙমদবগুম ঐবু খরা লুনা তৌবা হৌরক্লে। ঐনা অনাবগী মরমদা থৱাই য়াওনা তৌরকপা উবদা ''নুপামচা নঙ ঐগী ইতুং ইন্দবা য়াদে, নঙবু ঐনা শেমবীগনি হায়বা নুমিৎ অদুদগী ঐনা 'ওজা' কৌবা হৌজরে। নুমিৎ খুদিংগী মনাক্তা চংলি ঐনা খল্লি ওজাসিবু লোইনবা নুংঙাইবা মীরা, চংলুরবদি হনবা য়াদে ওজাগী ৱাকিং নোংমগী তোকপা য়াদে। অয়ুক্তা উনগে চংপদি উনবা ফংবগী ৱাফম য়াওদে। পুং ৩ (অহুম) দগী থোকখিবদুনা অয়ুক পুং ৭-৮ দা হল্লকপা অদুসু তম্বা ঙমদে, লম্বী লমখাংদা মীনা অনাবগী নংত্রেগা হকচাং শাজেলগী নংত্রেগা থাং-তাগী হেক্তা পুদুনা চংখি। তশেংনমক ওজা

শেন্নদ্রবদি উন্নবা ৱাই, ওজাগী লৈগদবা মতমসি পুং ১১-১২ স্বাইসিদা চম্ফুৎ চাবগী মতম ওইনা তৌই। চারি থক্লিদৈদি উনবা ফরক হেক্তা তাই। অদুবু ঐনা য়াম্না লুরিবদি ঐখোয়গী পাবুংহন্না কন্না প্রেস তৌরকপা মশা নুংঙাইতবগী হংলুচো ওজাদা উনদবা য়াদে। অদুবু ওজানা মখোঙ য়াম্বনা ঐদি নুঙ অনিগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে। খঙদে, ওজানা ঐঙোন্দা চাংয়েং তৌবা হায়বদো ওইরবা জাৎলা ঐসু ইন্টরেষ্ট অমা লাক্লে। মিনিট ৫-১০ দং ৱারী ৱাতাই তৌরবসু থম্মোয়দদি অপেনবা অমা লাক্লে। ৱা অমা হংলুবদা য়াম্না লাইনা হেক্তা খুমদোরকই মীগী পুক্নিং থৌগৎপা হৈ। থবক খুদিংমক্তা হেক্তা ঙমগদবোই খলহল্লি। য়াম্না ক্লোস ওইদ্রি হায়বগীরা করিগীনো খঙদে ৱারী হৌবগা নয়ুম য়ৌখ্রো হেক্তা হায়রকই। ঐনা খল্লি ঐসিবু নুংশিদবজাৎলা, পেন্দনা হল্লকই ডাইটিং তৌরগা নোংমতা করি চানি থক্কনি হংবীদে। খরা তোয়না চৎশিনবদগীদি চম্ফুৎ টাইমিংদগা ৱারী-ৱাতাই তৌরবদি চম্ফুৎ চাউ হায়দুনা পীরকই, মদু ঐঙোন্দদি চারা ২-৩ গী ওইবা য়ানি। ওজাগী তোপ-তোপ্পা মগুন অমা লৈ, মীবু শুমহৎপা, মনাক্তগী মী অমত্তা হৌগৎনিংদবা, মীনুংশিদা হায়রবসু ওর্ফানগী অঙাংশিংগী লৈননবা য়ুম শারম্মী। অনাবগী মতাংদসু ওজানা অনাবা য়েংবদা হিদাক লৈনবা চানবা শেন লৈতবা মীদা লোন্না অনাবদুগী মোন মখাদা ওজাগী অয়াওবা শেন থম্বীরম্মী হায়বগী ৱারী কয়াসু লৈ। অমরোমদা থাং-তাসু তম্বীরমই, মহৈরোইশিংনা ফি হুনবদি লায়রদনা ওজানা ময়ুমদগী চান্ন থক্লবা ফাওবা পী। মশানা অরেম-অপা, ওইজ-ওইথক অমত্তা য়াওরমদে। ঐনা খঙলকপদা ওজানা লাইয়েংদুনা ফখিবা অনাবশিংদুনা মখোয়গী লৈজবা চুহি, হৈরা, মশাগী ইখোলদা হৌবা মনা-মশীং খরা পুরক্লগা শেনগী মহুৎ ওইনা পী। অদুবু অসুক চাওবা মখোয়গী ওইবা থবক তৌবীরগা কনামত্তনা ওজাবু লমসিদা চিংখৎপগী ৱাখল অমতা লৈরমদে অদুগা মশা লৈত্রবা মতুংসিদদি কয়াদা পাক শন্না ওজাগী মিং তারক্লিবা! ঐসু মীওই খরনা খঙবীরিবসিসু ওজাগী মপান্দগীনি। চহী ১০-২০ চঙনা ঐনা প্রেক্টিস তৌরবসু লাম্বা ফংলরোইদবা মহৈ অমা হায়বসু ওইরে অসুক মমল নাইদ্রবা মীশক অসিবু করিগী পুন্সিগী তেল্লবা মতম খরা খক্তদা থেংনহল্লম্লিবনো?



শান্ন-খোন্নবা পামজবা মীওইশিংদা ওজানা য়েংশিনবী। ওজাগী মঙ্গলান য়াম্না চওই। জিম কয়া লিংখৎতুনা নহারোল কয়া মশা ফম্না থম্না পাম্মী।

পোলিটিক্সকী মতাংদসু মওং অমনি মীহুৎ লেপ্পগী মতাংদসু মীপুম খুদিমকপু মীনুংশি নত্তনা শেননা লৈগে খনখিদে। পোলিটিক্সতা মহাক্কী মহৈরোই মমিং লৈরবা অফাও অফাওবা কয়া লৈরি। ওজানা পোলিটিক্সতা মতুং তারকপদদি মায় কয়া ওনশিনখিদ্রে। চন্নবা পুন্সি মরেল অমদা মীয়ামগী থৌগল তৌদুনা লেনখ্রে।

ওজাগী মশাদা থবক কয়া পাওথোক্কে খনবা ৱাখলগী মমি য়াম্না তাই, হায়বসি ওজাগী ৱারীদগী খঙবা ঙম্মী। ওজাগী খ্বাইদগী চাওবা ৱাখলদি নেচর কিওর হোস্পিটাল কম ওর্ফান সেন্টর অমা শাবনি। ওজাগী থম্মোয় শেংবা কখোকপা ঙসিগী খুন্নাই অসিদা য়াওরক্কনি থাজদে। মী অমনা ওজা মসিগী থবক অসিমত্তা তৌবীয়ু হায়রুবদা মীদুগী পেন্নবা পাম্বে অমা হেক্তা তৌবা ঙমই। মদু ঙম্মোই য়ারোই হায়বসু হায়দে। ওজাদি হিরম খুদিংমক্তা ইয়াওদা য়াওবা, ইখঙদ খঙবা মীশকনি। ওজাগী মতৌ মানদবা নহা ওইরিঙৈগী ঙাওরকপগী ৱারী কয়াসু ঐঙোন্দা শাদোরকই, ওজাদি অঙাং অহলগী ৱা লৈতে লোয়নবা ইয়াদা য়াই। ওজাগী মরমদদি হায়দুনা, ইদুনা. তমদুনা লোইদে।

মরকসিদা ওজাগী নীংবা কায়বা হায়ববু অনাবগী মতাংদা মহাক্না অহিং নুংথিল খাইদনা ৱানা ইজরম্বা ‘‘লাইরিক’’ মশানা শেন অমত্তা ফাওবা ফংখিদে। লাইরিক ফোংলিবা প্রেসশিংনা তুমিন্না মমল চাওনা লৌরগা য়োল্লগা শেন তাল্লম্মী। ওজা মশামক্না ইবা লাইরিক্তা (‘‘মপাল লমগী লাইরিক ইবা নুপা অমনা মাগী লাইরিক্তা মীয়াম্না খ্বাইদগী পাম্নবা ওইখি’’। লাইরিক অদুক্কী মতিক য়োনখি কোপী অমত্তা ফাওবা মসাদা লৈহৌদে অয়োনবা মীনা শেন তানখি) হায়না ইরম্মী। ওজাসি পৃথিবীগী ওইবা লাইরিক মশীং খঙদনা পাবা মীশক অমনি। হংলুবদা খঙদে হায়বা অমত্তা য়াওদে, করম্বা ৱেন পানবনো খঙদে, ওজাগী মতুং ইল্লুবা মহৈরোই খুদিংমক মীনা মশক মমিং খঙবীবা অমদি ওই। অদুবু খরদি মতোমতা হৈজরকপগী মওং ওইনা তৌই।

ঐনা ঙসি মীয়ামগী থৌগল খরতা ওইরবসু তৌবা ঙমজরিবা অসি ওজাগী চাওরবা ক্রেদিট অমনি। চহী ২০-৩০ নৈনরবসু ফংবা ঙল্লোইদবা মহৈ কয়া ওজানা ঐঙোন্দা মপুং ফানা ফংহনবীরম্মী। ওজা অসি ফোরেন কন্ত্রিদগা পোক্লুল্লবদি শক্লাইরবা মমিং চৎলবা মীনা হেন্না খঙনবা অমা ওইরমগনি। ঐখোয়গী লমসিদদি নমশিন্দুনা থম্বীরি। লাইন অমা খক্তা নত্তনা লাইন কয়াদা খঙ হৈরবা মীওই ওইরিবা ওজাগুম্বসে খরা তাঙনা থোক্কনি লমদমসিদদি। মণিপুরগী ফিগর ওইরিবা অহল অসিবু নিউজ পেপর অমদি মেগাজিন্দা ইবীদ্রিবসি থিজিনবা ৱাৎপদগীনি হায়না লৌই। ঙসিদি ঐখোয়বু মীৎ পাংহনবীরল্লবা ওজা অসিনা চৎখ্রবদা মেনখৎপা ঙল্লরোইদবা অহাংবা মফম অমা চাওনা লৈহৌরে। পেন্দবা, নিঙমদবনা পীক থল্লে, ওজাগী থৌজাল, মীনুংশি অনাবা মীওইশিংবু মীপায়হন্দবা ৱাহন্দবা, ওজানবু হায়রবদি লাইয়েংবীরবদি শোয়দনা ফরগনি হায়বগী থাজবা লৈবা কয়া ঐনা ঙসি কোয়না চৎচরুবদা অনাবশিংদগী তৎতনা তারকই। ওজানা গাইদ তৌবীরমবদগী কোয়না লায়েংবা চৎচরিবা ঐ ফাওবা থাজবা থম্বীরি, ওজাগী মিং পনবদা মী অমবু মহৈরোই অমবু চিংখৎপা ঙম্বা অসিগুম্বা ওজাগী গুন অমা লৈ। ঐনা কোয়না চখোকলুবদা কনাগুম্বা মীওই খরনা হায়বীরকই ''ওজা ইন্দ্রমনিগী মহৈরোইদি লেম্না খক মাঙলোই অফাওবা অমদি ওইগনি''!

ঐনা থিজিনজরুবদা অয়াম্বনা অফাওবা ঙাক্তা মমিং চৎপা ঙাক্তসু ওইরম্মী। ওজানা তুংগী ওইবা থোক্লক্কদবা ৱাফম কয়া হায়বিরম্মী ঐখোয় মীওইবসে কোক য়াওররোই, খোঙ পাল্লরোই অমদি খুৎ পাল্লরোই খন্না মতমগী চানবা মওংদা হায়বিরম্মী। ওজানা ইবিরম্বা লাইরিকশিংদা হৌজিক-হৌজিক্কী থোক্লিবা লায়না লায়েং, চীঞ্জাক ওন্ননা চাবা অসিনচিংবা কয়া য়াওরি। মীপুম খুদিংনা হেক পাবদা মশাগী চীঞ্জাক অশোয়বা অমদি মশাবু ঙাকথোকচনবা কয়া য়াওরি। মশানা মশাবু লায়েংজবা ঙম্নবগী থৌনা লিংজেলসু য়াওহল্লি। ওজানা হায়বিরম্মী ''চীঞ্জাক অসিনা মীওইবা ঐখোয় অসিবু কনগদৌরিবনি, হাৎকদৌরিবনি''।



ওজা মশামকসু হার্ট নাবা মীওইনি অঙাং ওইরিঙৈদা, মশানা কন্না হোৎনজবদগী মশা-মউ ফবা মীওই অমা ওইনা হিংখি। ওজানা মণিপুরগী মমিং চৎপা শাফবা কয়া পুথোকখি। মশাগী চহী ৮০ হেল্লবা ফাওবা মশা মউ লিংনা লৈখি, ইনখৎলকপা নহারোল অমগা চাবা থকপা অমদি চেন-চোংবদা লম্বা তৌনবদা খেন্নবা লৈতে।

ওজাগা ঐগা লোয়নরিঙৈ মতমদা গাড়ী তোংবা য়ারমদে সাইকলনা চৎকদবনি নৎত্রবদি পাঙ্গল শোনগনি হায়রম্মী। মীগীদমক খনবদা মশাগী অনাবা ফাওবা কাওথোকপা ঙম্মী। ওজাগী অরোয়বা মীকুপ ফাওবদা মশাগী খন্দুনা ''চৎলুনে অনাবশিংদুগী মনাক্তা ঐ করিগু তৌদে, ঐ শিবা য়াদ্রি, থবক য়াম্না পাঙথোক্কদবা লৈরি'' সিনি ঐগী পুক্সিদা কাওঙমদ্রিবসি! ❑

৵৴

# ꯔꯤꯚꯣꯂꯨꯁꯟꯅꯔꯤ ꯑꯃꯥ ꯑꯣꯏꯅꯥ ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# রিভোলুসন্নরি অমা ওইনা শগোলশেম ইন্দ্রমনি

*চীংশুবম বীরচন্দ্র*

*"চেকশিল্লু পাখঙ চেকশিল্লু,*
*শেমহৌরো হৌজিক অকনবা শক্তি*
*নহাগী পাঙ্গল। চেকশিল্লু...*
*মীওইবা মপোক পুন্সিগী মকোক*
*পাখঙগী মতম অতাঙবনি অতাঙবা*
*ঐখোয়গী জাতি নোংশাগী শাগৈ*
*নোংশা লাল্লাও ঐখোয় পুন্না লাওরসি"*

মেগী তাং ২, ১৯০৭ নোংমাইজিং নুমিৎ অসিদা খ্বাইনা ওজা ইন্দ্রমনি হায়না নুংশিনা শোন্নরম্বা, হৌজিকসু শোন্নরিবা লুচিংবা অসি থাংমৈবন্দ, ইম্ফালদা পোকখি। অপোকপগী মিংনা ইবোচৌবা অপোকপীগী মিংনা চমু কৌই। মচিন-মনাও ৬, নুপা ৪ অমসুং নুপী ২ গী মনুংদা ৩ শুবা মচানি। পীক্লিঙৈদগী হৌনা হোৎনবা কনবা, হংবা-পাবা তন্দবা, উইল কনবা, মরিংজেল লৈবা কখোকপগী পুকচেল চেনবা অঙাং ওইনা হৌরকই। পীক্লিঙৈদগী অপোকপা পাচ্ছৌগা লৈমিন্নবা ফংলক্তবনা পালেম মমানা য়াম্না ৱানা য়োক্লকই। লাইরবী লুখ্রা ওইবনা মচাশিং য়োকপা ঙম্মনবা ফিমু শাদুনা কৈথেলদা য়োল্লগা হোৎনরকই। ইবোচৌবা লাইরিক লাইশু হৈতবা মীওই ওইরগসু আর্টসপু পামজবা মীতৈগী ওইবা থাং-তা অমদি কলচরবু য়োকখৎনিংবা নুপা অমা ওইরম্মী। ওজা ইন্দ্রমনি পীক্লিঙৈদগী লাইরিক লাইশুদা থৱায় য়াওজবা অঙাং ওইজরগসু অপোকপা পচ্ছৌনা মপুক্লিং থৌগৎপীবগী মহুত্তা লাইরিক তম্বা থাদোক্লগা থাং-তা তম্বা অমদি আর্টসকী শিনফমদা



চঙশিন্নবা হোৎনখি। মায় পাকখিদে, অদুবু অপোকপী চামুদি মীতিক মীরৌ খঙবী, লাইনিং লিচৎতা পুক্লিং লুপচবী ওইবনা মচাশিংগী অপাম্বা কয়াদা শৌগৎপীরম্মী। অদুনা ওজাগী তুংগী পুন্সিদা অপোকপী মমাগী ঈথিল থৌজাল কয়াসু অপোকপদগী হেন্না ফংলকখি। ওজাগী অনীংবা অপাম্বা কয়াদা নৌরিঙৈদগী হৌনা লাইবক অমদি খুৎশেম কয়না অপনবা পীরকখি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা ঙন্না পচ্ছৌ কায়নখিবা, লায়রবা অমদি মতমদুগী সোসিয়েল সিষ্টেম কয়াসিনি। পুম্নমকসি ওজানা অকনবা ফিরেপ অমগী মখাদা অমমমতা ওইনা নমখায়দুনা চঙলকখি। অপোকপী লায়রবীদুগী শেন্দান লম্বী ওইজরিবা ৱানা শাজরিবা ফিমুদু লাইরিক তম্নীংমনবদগী হুরান্দুনা লৈকাইগী অহল নাওরেম মাধোপ কৌবা অমবু কৈথেলদা য়োম্থোকহল্লগা স্কুলদা মিং চন্নবগী, লাইরিক, স্লেট লৈবগী শিজিন্নখি। নোংমসু চেং লৈতবদগী লায়রবা মমান্নবা অমনা চরা হেন্দুনা লৈরম্বা থেংনরুবদা ময়ুমদগী চেং হুরান্দুনা পীখি। হুরানবা, অসি পাপনি, ফত্তে খঙলবসু অফবা থবক অমগীদমক নৎত্রগা কনাগুম্বা অমগী অৱা তেঙবাংনবা ওইরগদি পাপ অদু পুবদা হেন্না ফৈ হায়না ফিরেপ লৌখি। অসুম্না পীশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা নুপা থোক্লা মশাগী ফিরেপ লৌজবা, চুম্মী খনবা থবক্তো মপুক্লিং লুপশিনবা, উইল কনবা এক্সপরিমেন্টেলিষ্ট অমা ওইরকখি। মমাবু লুনা নীংজৈ নুংশিজৈ। ময়াম্বা কালিদমন্না ঈশৈ নোংমাইদা লৈবাক্লা খঙনরক্লবদা অসুম্না মমাবু থাগৎলি, - ''ঙসি তয়াইনা ফাওরিবসি ঈমাগী মপান্ননি মহাক সুর লান্না ঈশৈ শক্লকপা খুদিংগী ঈমানা শকপিদুনা অশোয়বদু চুমথোকপীবনি।'' থবক মাইপুনবা ঙম্নবা মশাগী উইল কলহন্নবগীদমক চাংয়েং কয়াসু মথন্তা হোৎনজৈ। লায়রবী মমানা লৈত লৈত মচাশিংবুদি পীজনিং কৈথেলদগী লৈজরকপা শরেং নীংথিনা থোং থাক্লবা কয়ারক চাখিদে। মমানা নোংমদি মথায় নুংঙাইতনা কপ্লগা মচাবু চানবা অমদি চাদবগী মরম্ম হংলকপদা মপুকচেন তীংনা খুমখি। ''ঈমা! শরেং থোংবা চানিংদবা কনা লৈবগে খাইদগী হাওবা চানিংঙবা এঙ্গাংদু চাদবা ঙম্বগী উইলদু তম্বগী ৱাতনি।''

মচাগী মপুক্লিং খঙলবা মমানা ইবুংঙো নহাক্লা নীংজরিবা ফংনবা তাইবঙ মপুনা চানবীবা ওইসনু। চাওরক্লবা মতমদা মরিল কয়াসি ফুদোকপা হৌরকখি। লাইরিক লাইশু মথং মথং তল্লক্তুনা কলকত্তা য়ুনিভসিটিদগী মেত্রিক পাস তৌরগা গুৱাহাটি কটন কলেজদা আইএ তমখি। মখল কয়াগী লাইরিক পাদুনা মরমদমগী অৱাৎপা, অশোয়বা কয়া চুমথোক্লবগী, মেনশিন্নবগী ফিরেপ লৌবা হৌরকখি।

নোংমা ইম্ফাল কৈথেলদা কনাগুম্বা চমজরবা মীওই অমনা মহাক্লা খঙনজবা কনাগুম্বা মরুপ অমদগী সাইকল অমা ৱায়জরগা পোৎ অমা লৈবা লাকপদা মান্নবদগী খঙদদুনা অতোপ্পা সাইকল অমা মফমদুদগী তোংদুনা হল্লকপদা মহাকপু সাইকল হুরানবনি হায়দুনা নুঙ থাজিল্লকপা, ফাননবা তান্নরকপা অমদি মীয়াম্না থীনা ফুবীরমগদৌবদগী ওজানা থেংনদুনা নুপাদুগী পুন্সি অমদি ইজ্জৎ কনবীখি। মসি ওজাগী লৌশিং অমদি মরীংজেলগী লানফমনি। নুপাদুগী অচম্বা মওং অদু উবদগী খুদক্তা মীয়ামগী ঈহৌ ফাথরগা নুপাদুনা মহাক্লা সাইকল পুরকফম মফমদু ফাওবা পুরকখি অমদি মফমদুদা মহাক্কী সাইকল অদু লৈরম্বদুদগী মান্নমনবদগী ওন্ননা পুরুবনি হায়দুনা মীয়ামদা তাকখি। মীয়াম্না য়াবিখি মরাল ঙাকপীখি, লাল্লে হায়জখি। অসিগুম্বা ৱারীসি ওজাগীদি কয়ানি। ওজানা হায়রম্বা ৱাফম কয়া, চঙশিল্লম্বা হীরম কয়া পাঙথোক্লম্বা থবকশিং য়েংলুরগদি মহাকসি মল্টিফেসেট পার্সোনেলিটি লৈবা মীনি হায়বসি হায়মনবা থোক্লোই। মহাকপু এডুকেসনেলিষ্ট, নেচরোপেথ, হেলথ এডুকেটর, সোসিয়েল রিফোর্মর, পোলিটিসিয়ান, পেট্রোইট, রিভোলুসনরি হায়না মীৎয়েং কয়া থোক্লা নৈনবসু য়াই, নৈসু নৈনরি। ঐনা নৈনজগদৌবা মতাংদি মহাকপু রিভোলুসনরি অমা ওইননি।

রিভোলুসন হায়বসি চৎনবী অমদি থৌদৌ অমসুং মনুং থীৎনা হোংবা রেডিকেল চেঞ্জ হায়বনি। রিভোলুসনরিনা-ৱান হু টেক্স পার্ট ইন রিভোলুসন, রিভোলুসনরনা - সপোর্ট ওফ রিভোলুসন, রিভোলুসনিষ্টনা - ৱান হু ফেবর্স রিভোলুসন হায়বনি।

ৱেবসটর ডেকসনারিগী মতুংইন্না রিভোলুসনগী ডিফিনিসন অসুম্না পীরি, এ কম্পিলিটি ওর মার্ক চেঞ্জ ইন সমথিং, এ রেডিকেল এণ্ড পরভেসিব চেঞ্জ ইন সোসাইটি, এ কমপ্লিট এণ্ড ফোর্সিবল ওভরাথ্রো ওফ এ গভর্নমেন্ট ইষ্টাব্লিস বাই এ লো ওর পোলিটিকেল সিসটেম, গ্রীন রিভোলুসন (মহৈমরোংগী পোথোক হেনগৎহনবা) ৱাইট রিভোলুসন (শঙ্গোমগী পোথোক হেনগৎহনবা) ব্লু রিভোলুসন (ঙাগী পোথোক হেনগৎহনবা) খুদম ওইনা পনবা য়াই। অতৈসু লৈরি কল্চরেল রিভোলুসন, আর্ম রিভোলুসন, আমেরিকান রিভোলুসন ১৭৭৬, ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন ১৭৮৯ অসিনচিংবা, মসি মতমনা পুরকপা অহোংবনি, অরানবা অশোয়বা ফত্তবা কয়াবু মতম্না মরাইনা চুমথোকচরক্কনি হায়না ইভোলুসন ওফ টাইমস, টাইম ইজ দি বেষ্ট জদজ হায়বা কন্সেপ অদুদা থাজখিদে। আর্ম রিভোলুসনসু পামখিদে। করিগুম্বা অচুম্বা, অফবা অমা পুরকপদা থবক্তু পাঙথোকপদা লৈবাক্তুগী আইন্না য়াদবদগী পুলিসনা ফাবা পুনবা থোক্কদবা লৈরবসু মদু অকিবা লৈতনা ওভরগ্রাউন্দদা লৈদুনা হোৎনগদবনি, অন্দরগ্রাউন্দদা লৈদুনা হোৎনবা খক য়ারোই হায়বসি চেৎনা থাজখি। শিম্লাশিং অদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মহাক্কী পুক্সিগী থৌদাং ওইখি।

হিরম কয়াগী লাইরিক কয়া পাখি, নৈনখি। মীয়াম্বুসু পাহন্নবা হোৎনখি, পাউ-চে, চেফোঙ অমদি লাইরিক কয়া মহাক্না এডিটর অমদি অইবা ওইনা নৎত্রগা শৌগত্তুনা ফোঙলকখি। মীয়ামগীদমক অরৈবা শেন, লম অমদি ৱাখল শীজিন্নরকখি। অনাবা মীওইদা, নারক্কদবা মীওইদা, মশা ফনীংবা মীদা মখোয় মখোয়না পামজবা হীরমদুদা পুক্লিং থৌগৎপীবা থবক কয়া মশানা চৎ চত্তুনা পাঙথোকপা হৌরক্লম্মী। খ্বাইনা খঙনবা হৌরকখি। ওজা হায়বা মিংথোলসি মহাক্না স্কুলগী ওজা ওইরম্বা অমদি হিরম কয়াগী তানফম ওইরুবদগী মীয়াম্না পীবা মিংথোলনি হায়না অইবনা লৌজে। পাঙথোক্কদৌরিবা থবকশিংসিগীদমক তঙাই ফদবা শেনগী অৱাবা লৈখিদে অঙম্বা পুথোকই, ঙমদ্রগা মীঙোন্দগী পুরুই, শিংদোকখি, ঙমদ্রগা ঙমদে হায়দুনা মীগী মপুক নাহন্দে,

কোকথোকপীবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। নুপীবু য়াম্না ইকাই খুমনৈ। মখোয়গী এডুকেসন পুরক্লবা কয়া হোৎনখি, নহারোল শেম্বদা পুক্লিং হেন্না লুপচখি। স্পোর্টস টুর্নামেন্ট শীনবা কয়াদা মেডল ব্রিন্নরদা শনবী কয়া অমসু পীদুনা মখোয়গী হেলথ কিয়ার, ডাইটিং হেবিট শেম্নবগী ব্রাখলসু হৌদোকখি। ❑

৯৯(৬

# ꯑꯣꯖꯥ ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ
# ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমনি

*✍ গুরুময়ুম সুনিলচন্দ্র শর্ম্মা,*
*দিপুটি সুপরিন্টেন্দেন্ট ওফ পুলিস (রিটয়ার্দ)*

ওজা ইন্দ্রমনিগী মরমদা ঐনা খঙজবশিং হায়বা তারবদি ফিজিকেল কলচরগা মরী লৈননা মণিপুরগী হকচাং শাজেলগী ইহান হান্না হৌদোকপীবা লময়ানবা নুপা অমনি হায়জনিংই। ইং ১৯৪৮ দা ঐহাক করিগুম্বা ইমুং-মনুং নুংঙাইনদবদগী হু থকলুই। মতম অদুদা হু অদু পঙকন কনদবা ওইবদগী ঐহাক য়াম্না ৱানা হিংহৌই। ঐনা ৱাহেং লৈকাইদা হিন্দি তম্বদা রামুর্ত্তিনা মশা ফবদগী হু ফাওবা তুমহন্বা নুপা অমা লৈ তাবদগী ওজাদা চৎতুনা উনজরুরে।

ওজানা ঐঙোন্দা ফিজিকেল এক্সরসাইসগী ফ্রি হেন্দ আইটেম তরা খক পীদুনা তম্বীখি। মদু থা অমা তৌগদবনি। অসুম্না স্বর-শাধনা তৌহনলগা আইটেম ময়াম য়াম্না তপ্ন-তপ্না চথহল্লম্মী। ঐগী মতমদা ঐনা এক্সরসাইস তৌমীন্নবসি, সোইবম মেঘা, ইরোম লিখেন্দ্রো, থিয়াম মনি, ইরোম রাবৈ চিংঙামখা, মোইরাংথেম কুঞ্জো, লোখোন উচেক্কোন, ক্ষেত্রিময়ুম মোহোরিসু য়াওই। ঐনা হংজবদা ওজাগী সেবক অহানবদি ওজা মৈস্নাম অচৌ মৈনো লৈরক, লাইশ্রম নেত্রা তাকয়েল খোঙবাল, ৱাজবাপু শর্ম্ম হৈরাংগোইথোং অসিনি। অনিশুবা বেজতা খাঙঙেনবম বাপু অমদি অতৈ নাগালেন্দগী মীওই খরা অদুগা অহুমশুবা বেজনা ঐখোয়নি। ঐখোয়না ওজাদগী তম্লগা অমুক ঐখোয়গী লৈকাই-লৈকাইদা ক্লব অমদি জিম শেমদুনা অমুক ঐখোয়না লৈকাই-লৈকাইগী অঙাংশিংদা ফিজিকেল এক্সরসাইজ তম্বী। মসিনি ওজানা পাল্লম্বা, হায়বদি ওজানা মণিপুর পুম্বগী নহারোল পুম্নমক মশা-মউ ফবা, মীথোই-মীহেনবা ওইহন্নিংলম্মী। সিষ্টেমিটেকেল্লি এক্সরসাইজ তৌবা তম্বীদুনা

মী পুন্নমক মশা ফনবা হোৎনবীরম্বা অসি ওজা ইন্দ্রমনি নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা মণিপুরদা পোকখিদ্রি, হায়বদি ওজানা ইহান হানবনি মণিপুরদদি।

ওজাদি মাগী সেবকশিংবু মচাদা মচাদৌনা খনবীবা মীশক অমনি। মদুগী সেবক অমনা খরদং মশা ঙমদে হায়দুনা নুমিৎ নিনিদংবু ওজাগী নাক্তা লাক্লবদি ওজানা চৎপীদুনা সেবক অদুগী অনাবগী মওং হায়বীরগা নেচরগী ওইনা মনা-মশীংগী হিদাক খরা তাকপীরম্লগা অদুম ফহল্লি। মরম অদুনা ওজাবু সেবকশিংনা মপামককুম্না খঞ্জে। মাগুম্বা মীশকতি অতাংবনি। মাগুম্বা মচা ওইনবা হোৎনবা মথৌ তারী ❑

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯅꯥ ꯑꯍꯥꯅꯕꯥ ꯑꯣꯏꯅꯥ ꯚꯥꯔꯇꯀꯤ
# ꯇꯣꯈꯥꯏꯅꯤꯡꯕꯒꯤ ꯋꯥꯈꯜ ꯂꯥꯛꯄꯥ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯍꯣꯠꯅꯕꯥ

# মণিপুরনা অহানবা ওইনা ভারত্তগী তোখাইনিংবগী ৱাখল লাকপা অমসুং হোৎনবা

*কে তেলহৈবা*

লৈবাক ঙাকউ হায়দুনা থল্লগা লম হুরান্দুনা কোনুং শাদুনা লৈরবা, চেঙ পান্নৌ থল্লগা ময়ুম থাদোক্কুনা কার তোংদুনা লৈরবা লৈঙাক হৈবা নত্তে হুরানবনি খঙলবদা মতিক চাদা দণ্ডি তৌদুনা তাহ্লোক্তি তাহ্লোক্কদুনা থবক শুবদা শরু কেল্লবা মণিপুর, চরা অনীশুনা চাজবা ফংদ্রবা মীয়াম্বু থবক শুদে মতিক চাদে, হায়জিনবা ফুরুপ অসিবু করম্না কয়াম কুইনা তিন্নদুনা লৈখিসিগে ?''

ভারত্তা তিল্লুরবা মতুংদা নীংলম্বা পুন্নমক ওন্ন-তৈনরক্লবদা লাওরকপা খোল্লাওনি।

ইং ১৯৫৩ গী এপ্রিল ১৩ গী নুংথিল পাঙথোকখিবা মিটিংদুদা ৱারেপ ৪ খক লৌখি। ৱারেপশিং অদু মখাগীসিনি ঃ

(১) হৌজিক ফৌ অমসুং চেঙগী মমল অসি চেঙনা মন্দা লুপা ৮ অদুগা ফৌনা মন্দা লুপা ৫ য়াম্না থুনা পীহন্দুনা চাক তাংবা থিংবা।

(২) ঙসিদগীনা নুমিৎ ১৫ ফাওবগী মনুংদা (এপ্রিল ১৯) এদল্ট ফ্রেন্সাইজদা বেজ তৌবা ফুল রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্টনা পীগনি হায়না লাওথোকপীয়ু। ঙসিগী মিটিংসিনা কাউন্সিল ওফ এদভাইজর শেম্বা য়াম্না কন্না য়ানিংদে খুদক্তা চৎনহল্লোইদবনি।

(৩) রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট পুরক্লবগী ষ্টেপ অমা ওইনা ইলেক্টোরেল কলেজ অসি লেজিসলেচর ওলহনবীরগা, মদুনা খনবা মন্ত্রি লুচিংবশিংগী অপুনবা শেম্বীয়ু। হৌজিক মরু ওইবা পোষ্ট পায়রিবা

নন মণিপুরীশিংগী মহুত্তা লমদমসিগী মীওইশিং শিনজিনবীয়ু।

(৪) পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও লোয়খিবা চহী ১০ শুরবা ফাওবা লান্দা মাং-তাকখিবগী ক্ষেত্রিপুরোন পীবা লোয়দ্রি। মসি থুনা পীদ্রবদি মরী লৈনব বৃটেন, য়ু এন ও, অমদি জপান্দা রিফর তৌগনি।

ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা মতিক চাবা মতম অমগী মনুংদা দিমান্দ নং ১,২ অমসুং ৩ অসি কোমপ্লাই তৌদ্রবদি, মণিপুর নেসনেল য়ুনিয়ন অমসুং গান্ধি সেবক সভা তিন্নদুনা শেম্লিবা রিভোলুসনরি নেসনেলিষ্ট পার্টিনা মণিপুর অসি ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট অমা শেম্নবা তৌগনি হায়না তৌরিবা সত্যগ্রহ আন্দোলন অসিদা য়াওশিনবা হায়না লেপ্লরে।

মসুম্না ৱারেপ ৪ সি লৌখি। পোলোগ্রাউন্দা পাঙথোকখিবা মীয়ামগী মিটিংদুদা ৱারেপশিং অসি লৌবগা লোয়ননা অতৈ লিফলেটসু চাইবগীদমক ইন্দ্রমনি, মাইপাকসনা, প্রলহাদ অমদি য়াংমাশো সৈজা মরিসি এপ্রিল ২৪ অমদি ২৫ গী লোন্নবা অহিংদা পুলিসনা ফাখি। এস দি ও সদরসু ওইরিবা ফার্ষ্ট ক্লাস মাজিষ্ট্রেটনা মখোয় ৪ বু থা ৬-৬ জেলদা ফাদোক পীখি। মতুংদা জুদিসিয়েল কম্মিসনারগী কোর্টতা আপিল চংখি।

রিভোলুসনরি লুচিংবা মরিসিগী কেস অসিগী মতাংদা চঙ্খিবা কেসকি ৱারী তাদ্রিঙৈদা, রিভোলুসনরি ৪ সিগী থবক্তা মতমদুগী মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকি প্রসিদেন্ট এস কৃষ্ণমোহনগী অমদি কংগ্রেসকি করি মোত লৈবগে হায়বদু হান্না খরদং খঙমীন্নখিসি।

ইং ১৯৫৩ গী এপ্রিল ১৯ দা পাঙথোকখিবা মীয়ামগী মীটিং অদু পাঙথোকখ্রবা মতুংদা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস প্রচার বিভাগনা প্রেসতা ফোঙদোরকপা ৱাফম অমা মতম অদুগী পাউ চেশিংদা ফোঙদোক্লখি। এপ্রিল ২২ দা পাউ চে অমদা ফোঙদোকখিবা ৱাফম অমনা ফোঙদোকখি মদুদি "রিভোলুসনরি নেসনেলিষ্ট পার্টিনা হায়দোরক্লিবা ৱাফমশিং অসি মণিপুর মচা পুম্নমক্কী পুক্লিংদা থং থং পানবা ৱা ঙাক্তনি। কংগ্রেস, কম্ম্যুনিষ্ট, সোসিয়েলিষ্ট খায়দনা মণিপুরী পুম্নমক্কা পান্বা ৱাফমনি।



মণিপুরী পুন্নমক্না পান্মী মণিপুরীশিংগী শক্তম ঐখোয়না লেপচবা, মণিপুরদা মণিপুরীশিংনা পাঞ্জবা। মণিপুরগী আইন সভা অমসুং দায়ত্বশিল সাসন। তৌইগুম্বসুং মণিপুরীশিংগী মখুত্তা করম্না লৈঙাক্লোনগী শক্তি লাকহনগনি, মণিপুরদা করম্না আইন অমদি দায়ত্বশিল সাসন পুরক্কনি অমসুং খ্বাইদগী মরু ওইবদি করম্না মীয়ামগী অফবা চাউখৎপা লৈঙাক ওইহনগনি হায়বগী লম্বীগী মরমদা মোত খেন্নবা লৈ। পান্দম চুন্নবসু লম্বী শেরান্নরবদি পঙ্খুংফম য়ৌবা য়ারোইদবনিনা অমসুং মীয়াম য়াম্না ৱাগদবনিনা 'লম্বীগী' মরমদা ৱাখল খরা ময়েক শেংদবা য়াদে।''

কংগ্রেসকি প্রচার বিভাগনা মসুম্না অমুক মখা তাথরি :

''মণিপুরগী ফম অচৌবশিং মণিপুরীনা করম হায়দুনা পায়গদগে হায়বা অসি লাইরিক হৈবা থবক ফংদবা মিদল ক্লাসশিংগী দাবিনি হায়দুনা থবক ককথৎপা য়াদে। মসিদি মণিপুরীশিংনা লৈঙাক্কী শক্তি পায়রগা হেক মওইগনি। অদুনা মরু ওইবা ৱাদি করম হায়না মণিপুরীনা পুবা সাসন, আইন সভা অমসুং দায়ত্বশিল সাসন পুরক্কদগে অসিনি।''

ৱারোলদুনা অমুকসু মসুম্না মখা তারি :

''আইন সভা অসি মণিপুরীশিংনা পাম্বা অদুগা ময়াংশিংনা পীদবগী ৱা ঙাক ওইনা খনবা য়াদ্রি।'' ❑

# ꯑꯍꯣꯡꯕ ꯈꯨꯟꯅꯥꯏ ꯑꯃꯥ ꯄꯨꯔꯛꯂꯕ
# ꯍꯣꯡꯅꯕꯗ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤꯒꯤ ꯐꯤꯗꯥ
## অহোঙবা খুন্নাই অমা পুরক্লবা হোংনবদা ওজা ইন্দ্রমনিগী ফিদা

*✍ নোংমাইথেম কুঞ্জরাজ*
*ওজাগী সেবক, বোক্সিং গোল্ড মেডালিষ্ট*

ওজাগী পুক্সি অসি অঙকপনা পীক থনখ্রবা অমনি। মহাক্লা শোক্লমদবা অমত্তা য়াওদে। খুন্নাই থৌগলদা কখোল্লবা মহাক্কী পুক্সিনি। মীতৈ লময়ানবশিংগী মনুংদা মহাক্কুম্বা লুচিংবা পোকখিদ্রি। নহারোলশিংগী হকশেল অমদি মোদর্ন হেলথকী লমদা মহাক্কুম্না শেমগৎ-শাগৎলম্বা মীশক অতাংবনি। হৌজিক্কালগী বারবেল এক্সরসাইজ ইহান হানবা পুথোকপীরম্বা লময়ানবনি। ফ্রি হেন্দ এক্সর্সাইজ (Free Hand Exercise), ডমবেল নচিংবা অরিবা শাজেনতমক তৌনরম্বনি অদুবু ওজা অসিনা খ্বাইদগী নৌবা হকচাং শাজেলগী মেথোদ অসি পুথোকপীরম্বনি। হৌজিক্তি বারবেল এক্সরসাইজ অসি অসুক্কী মতিক পাম্নরে, অদুনা স্পোর্টসমেন খুদিংমক্লা তৌদবা য়াদ্রবা অমা ওইরে, কান্নবসু য়াম্না কান্নে। মহাক্কুম্বা হিরম খুদিংদা লমজিংবা ঙম্বা মীশক অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা য়াম্না তাঙনা পোকই, মাগুম্বা মী লাক্কনি, পোক্কনি হায়বা থাজদে।

ঐনা মতম খরা তিনঞ্জহৌবদা ওজানা মীখা-পোনবা পামদবগী মওং খরা উজবা ফংখি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা রিছোর্স লৈতবনিনা সেন্টরনা ইথৌ-থওইবীদে। সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী মীহুৎশিং অসিগী থৌওংশিং অসি ইপেন-পেনদে। অদুগা আর্মস রাইজিং হৌজিক্কাল অসিদা নহারোলশিং অসিনা তৌরিবা মওং অসিগা চপ মান্নবা ঈরাং অমা তৌনিংবা খরা ফোঙদোকখি। অদুগা ঐখোয় খরা অসি মতিক



চানা মহৈ-মশীংনচিংবা খরা ৱাংপদগী ওজাগী অপাম্বা অনীংবশিং অদু থুংহনখিবা ঙমখিদে। অসিগী মতুং অমুকসু ওজানা তাকপীখি অসিগুম্না লুপ লিশিং-লিশিং লৈ অদুবু ঐখোয়না ঈমা-ঈপা অহল ওইহ্রকপা, ঈচা-ঈশু লৈরকপা তাইবঙগী শিন্দুনা কন্না পুনশিল্লক্লবা অহল ঐখোয়না ওজাগী অনীংবা অদু অমুকসু থুংহনবা ঙমখিদে। য়াম্না নুংঙাইখিদে। ওজাদি নহারোলবু য়াম্না লুনা তৌবা, লমজিং লমতাকপা হৈ-শীংবা মীশক অমনি হায়দুনা কান্নদে ওজানা মহেল্লি। নুংশিরবা ওজা অমুক্তা হল্লকখো নঙনা পামজবা থবকশিং হৌজিক্তি ইরাই লাইনা থুংবা ঙম্লগনি। ❑

৯৯৯

# ꯂꯝꯖꯤꯡꯂꯣꯏ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤꯒꯤ ꯄꯨꯟꯁꯤ ꯋꯥꯔꯤ

# লমজিংলোই ইন্দ্রমনিগী পুন্সি ৱারী

*হৈগ্রুজম গোমতি লৈমা*
*সগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রি লৈকাই*

ঐ থবক ইঙ্খ্যাং লোয়শিল্লগা টি, ভি ঙাইহাক য়েংলুই। বোক্সিং থারকই ইরমদমসিগী লমজিংলোই ওইবিরম্বা ''শগোলশেম ইন্দ্রমনি'' নীংশিংলকই। অহানবা ওইনা ইরমদম মণিপুরগী ওইনা বোক্সিং হৌদোক্লম্বা মহাকপু নীংশিংলকপদা থম্মোয়না ইনিংবগী ইথিল অমা ফাওরকখি। ইন্দ্রমনি, লমজিংলোই অমা ওইনা ফিজিকেল কলচরেলগীদমক ত্রেনিং তৌরমই, বার বেল, ডম-বেল চেন-চোংবা, নিংশা শাংনা হোনবা, মঙাং শিদবদা পুনেমজবা, অরুম্বা থাংগৎপা, হোরাইজেন্টেল বার, বুকদন ইনবা অমদি মুক্লানচিংবা মশান্না কয়া ত্রেনিং হৌরক্লম্মী। চহী খুদিংগী ওইনা কনা লৈজদ্রবা হায়বদি মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংবু মাগী ইনষ্টিট্যুটতা মিং চনবীদুনা শান্নহল্লম্মী। মহাক্না মরক-মরক্তা মিষ্টব মণিপুর খনবীদুনা শন হাতম অমমম পীরমই। শঙ্গোম্মা হকচাং ফনবা লম্বীনি হায়বসিসু মরু ওইবা মনা পীবগী পান্দমনি। শাজেল তম্বীবতা নত্তনা লমচৎ-শাজৎ শেমগৎনবা হোৎনবা, নোংমদা নহারোল ৪০/৫০ গী চাংদা শাজেল তৌহল্লম্মী। কংলৈ পুৱারীদা অকল-অথৌগী ৱারী কয়াসু তৎতনা লীদুনা তাহল্লম্মী। পুক্লিং লৌশিং ওইবা য়াবা কয়াসু তাকপীরম্মী। নোংমাইজিং নুমিত্তা গ্রুপ অনি থোক্লা তম্বীরম্মী। কংলৈপাক্তা মহৈরোইশিংদা শাজেলগী শরুক অমা ওইনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎপা, খোঙনা লমশাং চৎপা অহলশিংদসু তম্বীরমই অমসুং হৌদোক্লম্মী। মমা মপা লৈজদবশিংগী শিন্দমশঙ মশাগী মরন্নাই তাঞ্জবা



শেন্না শাগৎলম্মী। মরৈবাক নুংশিবা তম্মু, রোমান অমদি জর্মন লৈবাকশিংগী মতৌ তমদুনা নীংতম্বা অমদি শাগৎপা পাম্মী। মণিপুরদা শাজেলগী শরুক অমা ওইনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎপা, করিগুম্বদনা ঙারিয়ান চীং লাল্লগা থৌবাল য়ৌবা ফাওবা খোঙনা চৎপা, মায়কৈ হোং-হোংদুনা চৎকদবনি হায়বা নিয়ম কাংলোন শেন্নম্মী। মহাকপু মষ্টর ওফ মোর্নিং ৱার্কিং হায়না খঙনৈ। ইং শোক ১৯৪৮ দা শিন্দম শিনশঙ অনাৎ-আশ্রম লিংখৎতুনা মহৈরোই কয়াবু জগোই, ঈশৈ, য়েক-খোৎপা অমদি হকচাং কাংলোন কয়াৎকী তোঙান-তোঙানবা নৈনশঙ ওইহনখি। ইং ১৯৫০ দা ভারত সরকারনা মহাকপু Indigenous Physical Culture হায়বা হিরমদা পাঙথোকপা বেঙ্গলোরগী সেমিনার অমদা নোমিনেট ওইনা চে পাথোকহনখি। সেমিনারগী চে অদুদা লৈহাও অসিগী মশান্না মুক্না অমসুং খোঙ কাংজৈগীনা মরু ওইবা মীৎয়েং থন্নগা সেমিনারগী চে পাথোক্লম্মী। মমাগী লৈজবা থৌজাল খুদিংমক খিকপীখিবনা মহাক্না মীমাং থোক্লবা খুদিং মীকোক থোংদুনতা লাকপনি। লৈত-লাইরগী অৱাবা কয়া উরগা নহাক্না কপলিবা করিগীনো, লৈত-লাইরগী অৱাবা খাঙবা ঙমদ্রিবা মখোয়দা পুকচেল লেপ্তবা, ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বগী মহৈনি হায়না নোংমা মমানা হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাখলদা পুক্লিং ফাথবা, পুকচেল লেপ্পগী চাংয়েংনি। নোংমা চামুনা শারেং থোংদুনা মচাশিংগা চামীন্ননবা কৌরুবদা মপা অমদি মচিন মনাও পুম্নমক চাবা হৌনখ্রবদা মহাক্তি চাক লামদ্রি, লাম্লবা মতমদা চাগে। থৌদৌ অসি তোইনা তৌরক্লবদা মাগী পুক্লিংদা চিংনবা অমা য়াওনা মীৎলুদা পীরাং শিস্থরদুনা হংবদা ইন্দ্রমনিনা, ঈমা! ঐহাক পুক্লিং লাকশিনবা অমসুং পুকচেল লেপ্পগী চাংয়েং তৌরিবনি। কনানবু অহাওবা চানিংলোইদগে? অদুবু ঈমা ঐ লেপলে। মসিগীদমক কপকনু মচাগী ৱাফমদু তাবদা অপোকপী চামুগী থম্মোইদা হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওবা ফাওখি। নহাক্কী নীংজবা খুদিংমক থুংজবা ওইরো! মমাবু তশেংনা নুংশিবা ঈচানা তৌরুবা খুদিংমক মায় পাকপা ওইয়ু হায়দুনা মকোক্তা নাম্বীরম্মী। মহাক্না মীয়ামগী থবক চেন-চোংদুনা মন্ত্রি মন্দোল লোয়নজরবসু লৈঙাক্লোনগী চান্নদ্রবা মীংথোল অদুদি থম্মোইদা খোইদারমদে। মহাক্না থৱায়না খোয়দাজবা মিংথোলদি

সোসিয়েল ৱার্করনি। ইং ১৯৫৭ দা লিলাশিং খোঙনাংখোঙ হাই স্কুল, ইং ১৯৫১ দা New Girl Adult Night High School, Khuyathong দা লিংখৎলম্মী। মশক মতৌ থিজরবসু ইন্দ্রমনি শওঙ-শাদদা, থাকশি-খাশি, ৱাঙাং-শাঙাংদা, মীনা তানিংবা পোকহনবা ঙম্মী। মশক মতৌ ফজখ্রবী চীংমৈরোং করাম লৈকাইদা লৈবী লক্ষ্মীগী মচানুপী গন্তীনিগা য়ুম্বাল লম্বীদা খোঙদামিন্নখি। মচা ৭ পোকই, তরুনি, বিনোদিনি, ইন্দ্রকুমার, স্নেপ্রভা, রাজেন্দ্র, নেনা অমদি নোলিনি। মমৈথংদা ইং ১৯৫৩ দা নেসনেল য়ুনিয়ন গান্ধি সেবক মভা কৌবা অনি পুনশিন্নদুনা রিভোলুসনরি নেসনেলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর কৌবা লুপ অসি পুথোক্লম্মী। মাদি মী শেম্মী, থবক তৌবা ঙমগদবা মী উরুবদি লেম্না থাদোক্তে ইরৈবাক ইরমদমগী শক্তমবু শক্তাকনিংবা মীশক অমনি। ওজা ইন্দ্রমনি, কংলৈ অসিগী লময়ানবা অমা ওইনা শিংথাবদা কায়দ্রে।

মচা ঐখোয়গী লাইবক থিবদি মহাকপু উবা ফংহৌদ্রে, মহাক্তি ইং ১৯৮৭, নভেম্বর ২৭ ইরাই নুমিত্তা তাইবঙ থাদোক্তুনা চৎখ্রে মপুগী লৈকোলদা।

নহাক্কী মমল নাইদ্রবা অহৌবতনা লমজিংলবা খুদোল কয়াসে মীরোল কয়াগীদমক ঙাক্তুনা থমজরি নচা নশু ঐখোয়না॥ ❑

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯗꯥ ꯐꯤꯖꯤꯀꯦꯜ ꯀꯜꯆꯔ
# ꯑꯃꯗꯤ ꯑꯣꯖꯥ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ

## মণিপুরদা ফিজিকেল কলচর অমদি ওজা ইন্দ্রমনি

✍ *ইরোম লিখেন্দ্রো*
Mr. Manipur 1949, 50, 51 & 52
Ex-DSP Excise Dept., Manipur

ইরমদমসিদা পোকখিবা মীয়াম্না ওজা ইন্দ্রমনি হায়না খঙনবা লৈখিদ্রবা শগোলশেম ইন্দ্রমনি ফিজিকেল এডুকেসন অমদি ফিজিকেল কলচরগী লমদা মৈরা চুখৎপীরম্বা লময়ানবা অমনি। হৌগৎলক্লিবা নহারোল খুদিংমকপু মশা মউ ফহনবা হায়বসি লৈখিদ্রবা ওজাগী অপাম্বনি। মসিগা ইরোয়ননা থৌনা লিংজেল লৈবা, মরৈবাকপু পুকচেল শেংনা নুংশিবা ঙম্বা মচা হায়বদু মণিপুরদা লৈরিবা নহা খুদিংমকপু ওইহন্নিংলম্মী। অমদি মসিগী লমসিদা খোঙ থাংজিন্দুনা নুপী নুপা, অহল অঙাং খায়দনা মীওই কয়া খোমজিন্দুনা ৱারী ৱাতাই শাবা হৌখি। মণিপুরগী চীং অমদি তম অনিমক্কী নহারোলশিং কাংলুপ কাংলুপ নাইনা খোমজিন্দুনা মশা-মউ ফনবগী লমদা ফিজিকেল কলচর পায়খৎপা হৌখি। মতমদুদা ঐখোয়গী ইরমদম মণিপুরনা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদগী লম্বী থোং ফত্তবনা মরম ওইদুনা শোত্থনা লৈখিবনা অপাম্বা কয়া ইরাই লাইনা ফংবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা খুদোংচাদবা কয়াসি মাইরোং য়াদুনা মপান লমদগী মশা ফবগী হিরমদা ইংলিসতা ফোঙবা লাইরিক অমদি মেগাজিন কয়া চেনবীদুনা ফংহনবীখি। মরম অসিমক্তা ইউরোপ অমদি আমেরিকা য়াওনা মপাল লমগী মশা মউ ফবা লেভেল কয়াদা টাইটল ফংখ্রবা মীওই কয়াগী ফোটোশিং ঐখোয়না উবা ফংজখি। মসিমক্তা ঐখোয়বু পুক্লিং তৌগৎনবা মরু ওইবা মচাক অমা ওইখি। বারবেল,

দমবেল, পেরেলেল বার, হেন্দ ফ্রি রেষ্টলিং, চেষ্ট এক্সান্সন, ৱেইট লিফটিং, বোক্সিং হায়রিবা আইটেমশিং অসিবু ওজানা ঐখোয়দা মরুওইনা তাকপীখি। মমৈদদি যোগা হায়রিবা আইটেম অসিমসু হাপচিন্দুনা ইশা ইশাগী পুক্লিংবু ইশা ইশানা খুদুম চনবা ওম্নবগী পাঙ্গল হাপ্পীনবা শীনবীখি।

মতমদুদা ফোর্মেল ওইবা ইনষ্টিট্যুট অমা লিংখৎতুনা ফিজিকেল কলচরগী লমদা ত্রেনিং অতোপ্পা মফম অতৈদা লৈরমদে। হৌজিক হৌজিক চীংমৈরোংদা লৈবা লৈ ইস্কোল হায়রিবা মফম অসিগী চীংখোঙদগী খরা কাখৎলগা থেল অমা লৈরিবসিদা মাঙুব মানবা শঙজাও অমা শারগা মদুদা ইহান হানবা ওইনা মণিপুরগী চীং-তম অনিগী নহারোলশিং খোমজিন দুনা ফিজিকেল কলচরগী ত্রেনিং পীবা হৌখি। মথংদা লৈখিদ্রবা ওজাগী যুমমক্তদা লৈবা চাউরবা মাঙুব অমদসু ত্রেনিং চখবা হৌখিবনি।

হৌজিক্তা নীংশিংলুরগা পুক্লিং নুংশিরকই। মতমদুদা ঐখোয়না ৱেইট লিফটিংগীদমক শিজীন্নখিবা মচাকশিংদু হৌজিক হৌজিক ইনাওশিং ইচাশিংনা শিজীন্নরিবশিংসিদগীদি য়াম্না খেন্নে। ঐখোয়না হোৎনরকখিবদি সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱারদা শিজীন্নরম্বা জিপ, দোজরনচিংবা কয়াগী অতেক অকায় ময়াম মরক্তগী য়োৎতেক থাংতেক য়োম্থোকপদা য়াওরকপা মশা লোংবা ইঞ্জিনগী চাকাশিংনা অয়াম্বনি। হৌজিক হৌজিকমক ফাওবা শিজীন্নবা লেপত্রি। ঐগী ইনাও ইবুংঙো মাইপাক, মিষ্টর ইন্দিয়াগী জিমদসু হৌজিক হৌজিকমক শিজীন্নবা উবীগনি। মসিনি ঐখোয়না হোৎনজরকখিবদু। ফেসিলিটিশিংদি অদুক্কী মতিক ফংখিদবনি। অদুবু মতমদুদা ফজে ফজদে, ৱাংলি ৱাংতে হায়দুনা নিংঙাই তৌজরক্তে। লৈখিদ্রবা ঐখোয়গী ওজানা ৱাখল ৱাংনা খনবা তম্বীরকপনা, অৱাং-অপা, মচা মশুগী ৱাখল খনবা শংখিদে। তৌগে হায়বা অমা য়াওনা তিং ফুদোক্তুনা হোৎনজখিবনরা লৈখিদ্রবা ওজাগী থৌজাল ফংখিবনরা শোক ১৯৪৯, ৫০, ৫১ অমদি ৫২ চহী মরী চুপ্পা মথং মথং মিষ্টর মণিপুরগী টাইটল ফংজখি।



ইং শোক ১৯৪৯ গী মিষ্টর মণিপুর অমদি বিউটি কন্টেষ্ট অসি মণিপুরগী ওইনদি ইহান হানবা থৌদোক্নি। লৈখিদ্রবা ওজা ইন্দ্রমনিনা হৌজিক্তি লৈখিদ্রবা লাইশ্রম মনাওবী, ওইনাম থম্বাল, রিটয়র্দ দিষ্ট্রিক্ট এণ্ড সেসন জর্জনচিংবা মতমদুগী মচিন তোংবা লময়ানবা খরগা লোয়ননা শীনবীখিবনি। ঙসি কনটেষ্ট কয়া শিনবীরিবা ইচাশিং ইনাওশিংদা নীংশিংজনিংবা অমনা কনটেষ্ট ইহান হান্না হৌদোরকপা মতমদুদদি কপ, সিলড নৎত্রেগা শেন মনা ওইনা পীবগী মথক্তা শঙ্গোম থোকপী মচা চেনবী শন মমা-মচা ওইনা অমদি ফৌ ওইনা পীরমই। মতমদুগী চাওখৎপগী থাক ৱাংলি-ৱাংতে হায়বগী ৱাফমনা তোঙান তোঙান্না থমখ্রগা মনা পীবগী মওং অদুমক্তি অৱাংবা ৱাংউলোন অমগী মখাদা পীখিবনি হায়জনিংই। মতমদুদা হকচাং শাজেল তৌবা লাক্লিবশিংদু অয়াম্বনা লাইরবা ঙাক্তনি। ইনাক খুনবা, শেন পায়বা ইমুংগী মচা মশুশিংদি মশীং য়ামখিদে। লৈখিদ্রবা ওজানা ট্রেনিংগীদমক ফি লৌখিদে। অহোইনদুম, ত্রেনিজশিংদুগীদমক য়ামদ্রবসু য়ামদনা ওজানা ঙমজবা চনা অহিংবা, লফোই শঙ্গোম নচিংবা খরা পীজ-পীথক তৌবীখি।

মতমদুদা ওজানা তম্বীখিবা মওংশিংদু হৌজিক্কী মোদর্ন ওইরে হায়রিবা মওংসিগা থোইদোক্না কা হেন্না খেন্নবা উবা ফংজদে। শিজীন্নবা খুৎশু খুৎলাইগী ওইবা অৱাৎপা লৈজরবসু নীংজবা অমা ওইনা চথখিবা ত্রেনিং মওংদি চহী ৫০ গী মতুংদসু পংহোং হোংবা উদে। বেসিক অইবশিংদুদি অদুম্মক মান্নরি।

নহারোলশিংবুনা মশা-মউ ফনা থম্নবা অসুম্না ফিজিকেল কলচর হৌদোকপীরে। চহী য়াম্লবা অশোনবশিংগী ওইনদি ওজানা চিঞ্জাক্লা লাইয়েংদুনা মশা মউ ফনা তিঞ্জং কাইজংদনা থম্নবা হোৎনবীখি। নেচর কিওরগী লমদা চঙশিন্দুনা ইহান হান্না মণিপুরদা অনাবা লায়েংবা হৌবীখি।

লৈখিদ্রবা ওজা ইন্দ্রমনি হিরম কয়াদা মায় পাক্লা চঙশিনবা ঙমখিবা লুচিংবা অমনি। পোলিটিক্সকী লমদসু থোইদোক হেন্দোক্লা

মীনা চঙশিনবা ঙমদ্রবা মায়কৈদা চঙশিনখি। ওজাদি মরৈবাকপু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা মীওই অমনি। ওজাগী ব্রাখলদি ইরমদম মণিপুরসি মনীং তম্না কনাগীসু মখা পোন্দনা হিংবনি। মনীং তম্বা হায়বসিমক কংলৈচা ঐখোয় খুদিংমক্না তাক্কদবনি। তিঞ্জং কায়জংবা মশা শোনবা মণিপুরী মচানা ইরমদম মণিপুরবু ঙাক শেনবা ঙম্লোই, য়েক্লবগা লম্বা পাবা ঙম্লোই হায়বসি লৈখিদ্রবা ওজাগী অচেৎপা থাজবনি। মরম অসিমক্লনি ওজানা মণিপুরগী নহারোল পুম্নমকপু মশা ফনা থম্নবগী খোঙথাং অমা লৌখৎখ্রিবসু।

অরোয়বদা পুম্নমক্কী মফমদা হায়জনিংবদি ঙসি ইরমদম অসিগী ইচাশিং ইনাওশিং অমদি ইচলশিংনা মালেমগী শান্নবুংদা শরুক য়াবা ঙম্লকইবসি লৈখিদ্রবা ঐখোয়গী লুচিংবা ইন্দ্রমনিনা ইরমদমসিদা লমজিং মৈরা চুখৎপীরম্বদগীনি।

পুম্নমকসি য়েংলুরগদি লৈখিদ্রবা ওজা ইন্দ্রমনিগী নীংশিংবা য়াবা মফম অমা মণিপুরগী ফিজিকেল কলচর অমদি স্পোর্টসকী পুব্রারীগী লমাইশিংদা কনফম থোকপনি। হায়রিবা ব্রাফমসিমক কুপ্না থীজিনবীদুনা ষ্টেট স্পোর্টস ওথোরিটি অমদি ওলেম্পীক এসোসিয়েসন্না শীনবীদুনা লৈখিদ্রবা ওজা ইন্দ্রমনিবু ইকাই খুমনজবা অমদি তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা ওজাগী শক্তম (ষ্টেচু) অমা ঙসি খুমন লম্পাক্তা লৈরিবা ষ্টেদিয়ম অসিগী মফম চাবা অমা য়েংদুনা খিনবীবা তঙায় ফদে। ❑

# [illegible]

## শক লোংখ্রবা থৱাই

লাইশ্রম সমরেন্দ্র
য়াইস্কুল

ঐগী পুন্সিদা ইহান হানবা ওইনা নুংথিলগী স্কুল কাখিবা ''য়োর হায় স্কুল'' নি। নুংঙাইরবা অঙকপা ওজা ঙাক্তা থেংনখি, ভুগোলগী ওজা লাইশ্রম যুগেশ্বর থেংনখি। মহাক্না খঙদবা মণিপুরগী লম্মিং-তুম্মিংকী ৱা লৈতে। ওজা আনন্দ মতম পুম্নমক্তা ফাগী তৌদুনা পোকহন্দুনতা লৈ। ক্লাসতসু ক্লাসকী মপান্দসু ফাগী তৌই, মহাক থেংনবদা নোক্তবা লৈতে। স্কুল কাবদা নুংঙাইতবা লৈতে। ওজা ইন্দ্রমনি নোকমি নোকমি তৌই কনা লাঙদে, অঙাংশিং য়েংদুনা লৈ, মশা-মউ ফবা অঙাং শেমগৎনিংদুনা য়েংদুনা লৈ। হকশেল কাঙলোনগী লাইরিক তম্বী লাইরিক্তগী। মহাক্কী মীৎয়েংদি মশা-ফবা অঙাং শেমগৎনিংবনি, লাইরিক্তা নৈদুনা লৈতে। হকচাং শাজেলগী হকচাং শেংনা থম্নবগী ৱারী মখল মথেল লী। নুংশাদগী কান্নবা করম্না লৌশিনগনি, নুংশা করম্না য়াইগনি অঙাংশিংদা তাকপী। সনবাথকী মওং মখল মখল তম্বী। ভিটামিনগী ৱা ঐখোয়না তম্বা লাইরিক্তগী খঙদে, ওজা ইন্দ্রমনিনা মরন্নাই ওইনা কান্নরবা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা লাইরিক্তগী খঙলকপশিং অদু ঐখোয়দা তাকপী। অঙাং পুম্নমক মশা ফহন্নিংই। মহাক্না পাম্বা খনগৎলবা অঙাং খরদি কন্না তম্বী, ট্রেনিং পী। স্কুলগী চহীগী প্রাইজগী নুমিত্তা পুথোরকই, মখোয়গী অঙক-অঙকপা কুম্মৈ উৎলি। য়োর হাই স্কুলগী অমসুং মপানগী মী কুম্মৈ য়েংবা চঙলকখি। য়োর হাই স্কুলগী চহীগী প্রাইজগী নুমিৎ অসিদি স্কুলদগী নত্তুনা মণিপুরগী ওইনা নুংঙাইরবা নুমিৎ অমনি।

ওজা ইন্দ্রমনিগী মীৎয়েং য়োর হাই স্কুলগী অঙাংশিংদগী হেন্দোরকই। মণিপুরগী অঙাংশিং পুন্নমক উরকই, পন্নমকপু কোনশিল্লকই, মদুগী ৱারী ঐখোয়দা লী নোংমদি। ৱারী অদুদা পেরিঅদ অমা হৌখিবা খঙহৌদে ফনা চাওরে, ফনা ফজনা ভাব তারে ঐখোয়। মহাক্কী মঙনি হায়। য়াম্না চাওবা লম অমা পামই হায়, মদুগী মনুংদা অঙাংশিংনা চোংথদুনা ইরোইদুনা শান্নবা য়াগদবা চাওরবা ইকোন অমা থমগনি, অকোয়বদা শান্নফম লৈগনি, হকচাং শাজেল তৌনবা চেন্দুনা চোংদুনা শান্নবা য়ানবা লম লৈগনি, অঙাংশিংগী চাক থোংদুনা চাবা য়ানবা চাকশঙ শাগনি। মখোয়গী লৈননবা শঙ শাগনি। লৌশিং লৈবা মীৎয়েংদি অফবা মশা-মঙ ফবা ৱাখল লৌশিং লৈবা তুংগী মণিপুরগী নহারোল পুথোকপনি হায়। ৱারীদা মুনখি, ঐখোয় হৌজিক ফাওবা কাওদ্রি। য়োর হাই স্কুল কারকপা নোংমতা শোইখিদে নোংমতা স্কুল কাদবগী হায়জবা চেরোল পীখিদে। নোং ঙানবগা স্কুল চৎনিংবনা খাঙবা ঙমদে। স্কুল য়ৌখিবা খঙহৌদে। অঙকপা স্কুলনি ঐখোয়গী য়োর হাই স্কুল!

ক্লাস আইটতগী য়োর হাই স্কুল থাদোকখি, ঐহাক ইপানা য়াদদুনা স্কুল হোংখি। চুড়াচান্দ স্কুল কাখি। খরা লৈরগা ২ শুবা লাঞ্জাও ইম্ফাল য়ৌরকখি। স্কুল কায়খি। লম্মাংদা তম্বা স্কুল অমদা মেট্রিক থারগা ইন্টর্মেদিয়েট তম্বা চৎখি, মণিপুরগী মপান্দা। কলকতাদা বি: এ: তমখি, বি: এ: পাস তৌরগা ইঙাও ঙাওনা ইম্ফাল য়ৌরকখি। লান লোয়রদুনা ইম্ফাল নিংনিং হৌগৎনরকখি। ওজা ইন্দ্রমনি থেংনৈ নোংমা। ওজা ইন্দ্রমনি থাইনগী ওজা ইন্দ্রমনিদু অদুম ওইরমলি। ঐ উবদা হরাওখি। এ! সমরেন্দ্র নঙ হয়েংদগী ঐগী স্কুলদা ওজা ওইরো হায়। মথংগী নুমিত্তগী ঐ ওজা ওইখি, ওজা ইন্দ্রমনিগী শিন্দম শিনশঙদা কাখি। শিন্দম শিনশঙ লান মনুংদা এলাইদ আর্মিগী অচৌবা মফম অমা ওইরম্মী। বৃটিশ সিফাইশিংনা হুন্দোক্লম্বা টেনিস গ্রাউন্দ লৈরমই। ঐঙোন্দা স্পোর্টসকী চার্জ পীদুনা ঐনা গ্রাউন্দ অদু শেমজিনখি। রেসিদেন্সিয়েল স্কুলনি, অঙাংশিং স্কুলগী হোস্টেলদা লৈ, মখোয়না রোলর তক্লম্মি। ফজনা শান্নবা য়াবা লৈপাক্কী টেনিস গ্রাউন্দ অমা ফংখি। ইয়ু বিরোইদগী লুপা ২০০



পীবা টেনিশকী নেট অমা লৈখি। স্নেজেনজরসগকী রেকেট লৈ, স্নেজেনজরসকী বোল লৈ। অঙাংশিং টেনিস শান্নবা হৌখি। ইয়ু বিরোইদগী বোক্সিং গ্লবস লৈ, অঙাংশিং বোক্সিং থিন্নবা হৌখি। স্কুল মতম হেক লোইবগা মখল মথেলগী মশান্না কয়া শান্নবা হৌরে। নুমিদাং অথেংবা ফাওবা শান্নবা লোইদে। অকনবা স্পোর্টসকী মফম অমা ওইরকখি শিন্দম শিনশঙ। স্পোর্টসকী শেন লোইথোকখিবা খঙহৌদে। হেড মাষ্টরনা গেমসকী শেন লৈত্রে হায়রকই। ওজা ইন্দ্রমনি তারকখি। ওজা ইন্দ্রমনি কন্না খিগত্তুনা নোকপদগী হেন্দে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ওজা ইন্দ্রমনিনা স্কুলদা লীখিবা মঙ ব্রারীদু ফনা য়াম্না চুমখি শিন্দম শিনশঙদা। ঈকোন (পুখ্রি) অচৌবা অমা হায়বা অদুতনি শিন্দম শিনশঙদা ব্রাংখিবা। ❑

# ꯍꯛꯆꯥꯡ ꯁꯥꯖꯦꯜꯒꯤ ꯑꯄꯣꯛꯄ ꯑꯃꯁꯨꯡ
# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯗ ꯕꯣꯛꯁꯤꯡ ꯄꯨꯁꯤꯟꯂꯛꯈꯤꯕ ꯃꯤꯁꯛ

# হকচাং শাজেলগী অপোকপা অমসুং মণিপুরদা বোক্সিং পুশিল্লকখিবা মীশক

*✍ পি: শ্রীনিবাশ, মোইরাংথেম লোক্লাওবুং*

ইং কুমজা ১৯৪৪ অদুৱাইদা মালেমগী ওইনা ফিজিকেল এক্সরজাইজ অমসুং বোক্সিংগী ঈচেল অমা লাকখি। মদুদা ইন্দিদাদা রামুর্টিনা এক্সরসাইজ তৌরকপদগী অকন-অথৌগী থবক কয়া পায়খৎলকপা অমসুং মালেমগী ওইনা সেনদোনা এক্সরসাইজ তৌরকপদগী রেল গাড়ী ষ্টার্ট তৌরকপদা ফাদুনা থম্বা ঙম্মী হায়বগী ঈহৌদা মী অয়াম্বা মশাফনিংবগী ৱাখল লাক্কুনা এক্সরসাইজ তৌবা হৌনরকখি। মতম অদুদা সোইবম লৈকাইগী মেঘনা নুঙ থাংগৎতুনা ফিজিকেল এক্সরসাইজ তৌবদগী মসল ফরকপা অমসুং হোদাম লৈরক্কী লাইশ্রম জগৎনা ফ্রি হেন্দ এক্সরসাইজ তৌবগী মশা ফবা উৎলকপা অসিনচিংবা ময়ামসিনা চুড়াচান্দ হাই স্কুলদা মী অয়াম্বা এক্সরসাইজ তৌবগী নুংঙাইবা ৱাখল অমা লাক্লখি।

নীংশিংবা য়াবদি "2nd great world war" জাপানগা বৃটিশকা কন্না লান শোক্লবদুনা লোয়শিন্নরকপগী মতাং অদুদা হৱাগাড়ীগী অতেক অকায়শিং অদু চীংমৈরোংগী হৌজিক হৌজিক ইন্দিয়ান ওইল দিপার্টমেন্ট লৈরিবা মফমসিদা পৈশীন্দুনা থল্লম্মী। মফম অসিবু সেলবেজ (Selvage) হায়না খঙনরম্মী। মসিদগী গাড়ী পার্টশিং অদু এক্সরসাইজ তৌবা য়াবা মচাকশিংদু লৌনদুনা মফম মফম খুদিংমক্কী নহারোলশিংনা লৌশিন্নদুনা ফিজিকেল এক্সরসাইজ তৌবা হৌনরকখি। অদুবু নীয়ম নাইনা তৌদবনিনা মসল চেকখাইবা অমসুং ঈ-ওবা অসিনচিংবা কয়া



তৌনরকখি। মতম অসিদা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা নেচর কিওরগী লায়েং তৌদুনা ফহনখিবা কয়াসু য়াওখি। মদুদগী ওজানা ফিজিকেল এক্সরসাইজ তৌনবগী খুৎশু খুৎলাই চেনবীদুনা অমসুং বোক্সিং গ্লোব কয়া থম্বীদুনা মওংনাইনা এক্সরসাইজ তৌবা হৌনরকখি। অমসুং মরক মরক্তা হকচাং চেক-অপ তৌবীদুনা নিয়মনাইনা তৌবা হৌনরকখি।

ওজা ইন্দ্রমনিখোয়গী মাগুবতা তৌখিবা মরুওইবা মীওইশিংদি সুনিল শর্ম্মা, সোইবম লৈকাইগী মেঘচন্দ্র, পি শ্রীনিবাশ, আর:কে: সনাজাওবা, কোংপালগী চাওয়াইমা অসিনচিংবা অসিনী। মতৌ অসুম্না অযুক্তা শান্নবা কাণ্ডবু, নুংদাংবাইরমদা শান্নবা কাণ্ডবু কয়া কয়া লাক্কুনা চীংমৈরোংদা লৈবা কাণ্ডবু, কুরাইদা লৈবা কাণ্ডবু, বাঙ্খেদা লৈবা কাণ্ডবু, শিংজমৈদা লৈবা কাণ্ডবু, চিঙামখাদা লৈবা কাণ্ডবু, য়ুম্নাম লৈকাইদা লৈবা কাণ্ডবু, য়াইস্কুলদা লৈবা কাণ্ডবু, কাণ্ডবু কাণ্ডবু লাক্কুনা ওজা ইন্দ্রমনিগী মাগুবতা বেক্সিং থিন্নবা অমসুং এক্সরসাইজ তৌবা হৌদোকপনি।

য়ুম্নাম লৈকাইগী রাই থোইবী, উরিকখিনবম গোপাল, চিঙঙামখা রাবৈ, য়াইস্কুলগী ইবোহল, পি শ্রীনিবাস, থিয়াম মনি ঐখোয় পুম্নমক তাদা বাবুশিংগী ময়ুমদা বোক্সিং এরিনা শেমদুনা লম্বা-লম্বা বোক্সিং থিনবগী প্রাক্টিসসু তৌখি।

মণিপুরগী ওইনা অহানবা বোক্সিং টুর্নামেন্ট অসি চুড়াচান্দপুর হাই স্কুলগী অচৌবা হোল অদুদা পাঙথোকখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ষ্টুদেন্টস ফেদরেসনগা চুড়াচান্দ হাই স্কুলদা পুন্না ওর্গেনাইজ তৌখিবনি। মতম অদুদা ষ্টুদেন্টস ফেদরেসনগী ওফিসতি হৌজিক-হৌজিক ঙায়োনফম ওইরিবা অৱাংগী মনীং থংবা মমাই মখা ওনবা পরেংদা লৈরম্মী। মসিগী শিললি-লাংলিবদি নিংথৌজম বিনোয়, ঙাঙোম মোহিন্দ্রো, থোকচোম বীরা, থিয়াম মেঘচন্দ্র মখোয়শিং অসিনি। মসিগী মতুংদদি 1948 তা Arian Hall দা থিন্নখি।

মথংদা বোডি বিউটি কন্টেষ্ট অসি রূমহলদা ১৯৫০-৫১ অদুৱাইদনি। মসল ফজবদা মেঘচন্দ্রনা হেনখি। চুং-ফিরাল চাবা ফজবনা লিখেন্দ্রোনা ওইখি।

ঙসিদি অনৌ-অনৌবা নহারোল চোংথোরক্তুনা ৱেইট লিফটিংদা অমসুং বোক্সিংদা মশক নাইবা কয়া চোংথোরক্লিবসি ইহান-হানবগী কাঙবু অসিদগী ফংলকপা ঈহৌনি, মরম অদুনা ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমনিবু ঐখোয়না মহাকপু মীরাইবা চুমদে, কাউথোকফম থোক্তে। ওজাগী মপান্দগী ঐখোয় পুম্নমক্কী চাউথোকচফম ওইজরিবনি। ওজানা মপা মমা লৈত্রবা ওরফানশিংবু নীংশিংজনা য়োকপীদুনা লৈ ইখ্নোলগী চীংগোলদা থম্বীরম্মী। মখোয়গীদমক Residential High School লিংখৎপীখি। Residential High School দসু মখোয়গীদমক ফিজিকেল এক্সরসাইজ তৌননবা খুৎশু-খুৎলাই থম্বীদুনা এক্সরসাইজ তৌহল্লি অমসুং বোক্সিং থিন্নহল্লি অমসুং রিং হায়দুনা শান্নহল্লি।

মহাক্না খুয়াথোংদসু New Girl's and Adult Night High School অমা লিংখৎপীখি। অদুগা লীলাসিং খোঙনাংখোঙ ময়াদসু হাই স্কুল অমা লিংখৎপীখি। হৌজিক হৌজিকসু মানা ইরম্বা নেচর কিওরগী লাইরিক কয়াসু লৈরি। হৌজিক্কী মতমদা মশা মউ ফবা জাতিগী যুম্বী কয়া চোংথোরক্লিবসি ওজা ইন্দ্রমনিনা কন্না হোৎনজরকপগী মহৈনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই।

অহানবগী শেমগৎ শাগৎলক্লিবা মীওইশিংবু কাউথোকফম থোক্তে। খুদম ওইনা হায়রবদা Wright brother মচিন-মনাওনা Aeroplane ইহান-হান্না শেমখিবা অদু য়াম্না শাংনা পাইবা ঙমখিদে। অদুবু মচিন মনাওনা পুথোক্লম্বা Formula অমসুং Basic Rule শিং অদুগী মথক্তা Upgrade তৌরকপগা অয়াং-অয়াংবা Aeroplane কয়া কয়া পুথোরকখিবগুম হৌজিক্কী মতম অসিদা হেন্না ফবা নহারোল কয়া থোক্লক্তুনা অহানবগী অহল-লমনশিংনা য়াৎলম্বা লম্বী অদুগী হেন্না ফগৎহল্লক্তুনা মণিপুর লৈবাক্কী মতিক চাবা নহারোল থোরকখিগনি খল্লি।



নহারোল ময়ামশিং অসি Mountaineering অমসুং Tracking গী ইহান হানবা ওইনা চীংমৈরোংদগী হৌরদুনা লাঙ্গোল চীংগী শঙলেন্দা চৎহনবগী প্রোগ্রামসু পায়খৎলম্মী অদুগা কৌব্রু চীং কাননবগী ব্রাফমসু হৌদোক্লম্মী। মসিগী প্রোগ্রামশিং অসিনা নহারোলদা অকি-অখঙ লৈতনবগী প্রেক্টিসসু তৌহল্লম্মী। ❑

# ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤꯅꯥ ꯂꯩꯈꯤꯗꯕꯗꯥ !

# শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা লৈখিদববদা !

*আর: কে: মৈপাকসনা*

নভেম্বর ১৭ তা ইখঙ খঙহৌদনা ময়াম্না ওজা ইন্দ্রমনি হায়রগা খঙনবা মণিপুর মীয়ামগী য়াইফনবা খনবতনা মপুঙ্গিগী লাইনিং ওইরম্বা মীশক অমনা লৈখিদবা অসি মণিপুরগী হনজিনবা ঙম্লরোইদৌবা অমাঙবা অমনি। মহাক অসি মণিপুরগী ফিজিকেল কলচর হৌদোক্লম্বা অমদি য়োকখৎলম্বা, চিঙ্গাক অমদি হকচাং শাজেলতনা লাইয়েংবগী লময়ানবা অমনি। মহাক্না মণিপুর মেন বিল্ডিং ইনষ্টিট্যুট কৌবা লুপ অমা লিংখৎতুনা মিষ্টর মণিপুর অমদি মিস মণিপুর কনটেষ্ট হৌদোক্লম্মী লোয়ননা নহারোলশিংবু মশা-মঙ ফননবা এক্সরসাইজ তৌহন্নবসু হৌদোক্লম্বনি। মহে মশিংগী লমদসু শিন্দম শিনশঙ রেসিদেন্সিয়েল হায়স্কুল অমদি নিউ গার্লস এন্দ নাইট এদলট হায়স্কুল লিংখৎলম্মী। মপা মমা লৈজদ্রবা অঙাংশিং য়োক্লনবা অমদি মহে তম্বীনবা অনাথ আশ্রম লিংখৎলম্মী। অমরোমদা মণিপুরদা ১৯৪৬ তা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস কৌবা রাজনিতি দল লিংখৎনবা হোৎনখিবা অমদি মদুগীদমক মীহুৎশিংগী মীতিন কৌবদা য়াওখিবশিংগী মনুংদা মরুওইবা মীশক অমনি। অতৈ কনভেনরশিংদি : ১। রা:কু: প্রিয়োগোপাল ২। লোইতাম য়াইমা ৩। অরাম্বম লালমনি ৪। মোইরাংথেম সুধীর অমদি ঐ ইশামক অসিনি। কংগ্রেসকা ব্রাখল মান্নরক্তবদগী তোক্লগা নেসনেল ইউনিয়ন কৌবা রাজনিতি দল অমা লিংখৎখি। ১৯৫২ দা নেসনেল ইউনিয়নগা গান্ধী সেবক সভাগা পুনশিন্নরগা রিভোল্যুসনরি নেসনেলিষ্ট পার্টি ওফ মণিপুর কৌবা দল অমা শেমখি। ১৯৫৩ দা দল অদুনা মীয়ামগী মীতিন তৌবগা লোয়ননা "মণিপুরদা আইন সভা অমুক হন্না থুনা লিংখৎকদবনি হায়বদু

ভারত সরকারনা শোয়দনা তৌরগনি হায়বদু দিক্লারেসন অমদা লাওথোক্লবা" দাবি তৌখি। মদু তৌরক্লবদি মণিপুর অসি ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট অমা ওইহন্নবা অমদি মদু রাষ্ট্রসংঘগী ট্রষ্টিশিপ কাউন্সিলগী মখাদা থম্লনবা সত্যাগ্রহ অন্দোলন তৌগনি হায়না ৱারেপ লৌখি। মতুংদা ভারত সরকারগী পাউখুম ফংদ্রিঙৈ অমদি অন্দোলন অদুসু তৌদ্রিঙৈদা ১। ইন্দ্রমনি ২। য়ংমাসো সৈজা ৩। ৱাহেংবম প্রলহাদ অমসুং ঐ ইশামক্না লোয়ননা পুলিসনা ফাখি। সরকারগী মথক্তা লান হৌবা য়াওনা চার্জ মরি তৌখি। ৱায়েন তৌরিঙৈদা থা ৬ জেলদা থমখি, ৱায়েল তৌরগা থা ৬ অমগা জেলদা লৈননবা দণ্ডি পীখি। অদুবু জুদিসিয়েল কম্মিসন কোর্টনা কেস ককতুনা থাদোকখি।

মতুংদা ১৯৬৫ দা মণিপুর পিপলস কনভেন্সন কৌবা দল অমা মহাক্না অমুক লিংখৎখি। "গ্রেটর মণিপুরগী দাবি অমদি মণিপুরবু রাজ্য অমা ওইহন্নবগী দাবি তৌখি"। ১৯৬৭ তা অতৈ লুচিংবশিংগা লোয়ননা ইন্দ্রমনিবু সরকারনা ফাজিনখি। থা ৩ লোম জেলদা লৈখি। মতুংদা ১৯৭১ দসু প্রিবেনটিভ দিটেন্সন এক্টকী মখাদা ফাজিন্দুনা মতম খরা জেলদা পুন্সি লেনখি।

ইন্দ্রমনি মীয়ামগী অপাম্বা রাজনিতি পচ্ছুং ফংননবগী অন্দোলন্দা য়াওদুনা জেলদা লৈবগী অৱাবা খাঙখিবনি।

মহাক্কী অপাম্বা অমনা জিমনাসিয়মগা কোয়না সেনাতরিয়ম অমা লিংখৎপা অসিনি। মদু থবক ওইনা পায়খৎপা ঙম্লমদ্রে। চিঙ্গাক্লা লাইয়েংবগী মরমদা ফজনা তাকপা লাইরিক অমা ছাপা নম্বা লোইশিনগদবা ঙায়দুনা লৈরবনি। লমাই লিশিং অমা চনিরোম পানগনি। মদু লোয়শিনবা নংহৌদ্রে, মহাক লৈখিদবনা হানখ্রে।

মহাক অসি হকচাং ফবা অমদি নাদ য়েক্তবনা অথোইবা লন্নি হায়না থাজবা অমদি মদু থবক্তা ওহোক্লুনা পুন্সি লেনখিবা অথোইবা মীওইপোক অমনি ❑

~~~
~~~

# ꯂꯩꯈꯤꯗ꯭ꯔꯒꯥ ꯍꯦꯟꯅꯥ ꯅꯤꯡꯁꯤꯡꯂꯛꯂꯦ

## লৈখিদ্রগা হেন্না নীংশিংলক্লে

*✍ কে: কুঞ্জবিহারি*

থবায় শোকপা পাউনি, নোংমা আকাশবানি ইম্ফালদগী শগোলশেম ইন্দ্রমনি লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙবা !

ঐনা ঙক্লা হংখি কমদৌনা ? মরুপ অমনা খুমখি - "নারে হায়না তাখি, লৈখিদ্রবোইরে ! ইমৌনুপী অহন্না তমখি - "ঐগী লায়েং লোয়রে, অঙাংশা নখোয়গী নীংবা থুংনবা ডাক্টর কনা য়েংহনগে হায়বগে ?"

ওজা অসিনা ৱা ঙাংবদা লন্নাই ৱারী শাবদা হায়খি - "মীনা শিবসি অমুনবা উহৈ অমা পোপ তারকপগুম্বনি, কুইনা লায়কন্নগদবা নত্তে।" পেলহৌদে ঐনা মনাক্তা লৈরম্লবদি চহী ৫-১০ দংদদি হিংলম্বা য়াবনি। ইমৌ অহন্না হায়, চহী ৮০ শুরে হায় অহন ওইরে। ঐনা হায় মহাত্মা গান্ধিজীদি চহী ১২৫ পুন্সিগনি হায়বীরম্বনি। হৌজিকসু চহী ১২০ শুরবা কয়া মোঙ্গোলিয়াদা হিংলি।

ঈশিং অশাবগা অঙ্গীংবগা মিনিট ২-৩ ওন্না হিগা ৩ লক (মিনিট ১৫) ঘড়ী য়েংবা অমনা চেকশিন্না য়েংলগা অশাবদা অসুম শাবা হেলহনবা অঙ্গীংবসু হেন্না ২ ঈংহনবা পুখ্খায় অমত্তা থৌগল তৌবদা লাইহৌ মাঙপ্রগনি অনাবা অতৈসু মাঙগদবগী লাইওঙ হোংলক্লগনি।

চাবা থকপদু হু পীজ পীথক্লবা অসিনচিংবা, কুইদ্রি "নঙ হনুখিদৌরে, অয়ুক হৱা চাবা থায়নগুম খুরুম তোংদুনা থোরকউ অয়ুক পুং ৪ এ:এম: দা নিতাইপাং চুথেক্তা উনসি।"



ঐনা খুমখি ঐগী ওই থংবা কল্লাক অসি ইংখোন্দা ফমদেকচদুনা চয়োল অমা ফমুংদদা লেনখি। হৌজিক অঙাংবা থেংনদুনা শিখিবসু য়াই, খরা শারকখিসনু।

''শিরগা শিরেদনা, শিবা কিব্রা ?'' ফাগী ওইনা হায়খি অদুগা ওজানা মখা তাখি - ''নখোঙদু ব্রাংলপনা পুনখৎতুনা মিনিট ২০ দং লেঙগনু''।

শিন্দম শিনশঙ হায়স্কুলদা চীংগী নুপামচা নুপীমচা কয়া থম্বীদুনা রেসিদেন্সিয়েল হায়স্কুল লিংখৎলম্বা হৌজিক্কা এডল্ট হায়স্কুল হায়না মমিং ওনখ্রবা লৈরিবা মফমসিদা মাগুব পাক চাওনা খন্দুনা নুতিগী নেচরপেঠি, হায়দ্রোপেথিনা লায়েংবগী মরমদা, থাং-তা ডিমোনষ্ট্রেসনগা লোয়ননা অখঙ-অহৈ কয়াবু মীয়ামদা উৎখিবা, মেন বিল্ডিংগীদমক কয়াবু মীয়ামদা উৎখিবা, মেন বিল্ডিংগীদমক ওজাখোয়গী দেবীগী মাগুবতা স্কিল কয়াগা লোয়ননা তম্বীবদা নহারোল কয়ানা মনা-মথুম ফংনখিবনি।

নম্বুল মপাল ষ্টুদেন্টস এসোসিয়েসনগী মিটিং কয়াদা ওজানা তৎতনা ব্রা ঙাংবিবদা নুমিৎ খুরুমদুনা নুমিৎকী মচু অব্রাৎপা অনিদু অয়ুক্তদা ফংই মদুগীদমক্তা শাজেল অসুম্না তৌরবদি মীৎ ফবা হেল্লি। খ্বাং নাগনবা মীদু থা খরা উপনা হিপ্পগী শাজেল অমা শান্নবদা খ্বাং কোনবসু ফগনি। অসুম্না, নুংশা য়াইবদা হকচাংগী কান্নবা, য়া পুন্সিনবা, শমখোঙ কন্নবা শাজেল কয়া, খ্বাং চেংবদা নত্তে পুন্সিবসু হেল্লি। খ্বাংবু ''লাইফ লাইন'' হায়না কৌনরিবনি।

ফ্রান্সকী লৈশাবীশিংনা অঙ্গুর হুরান্দুনা চাবগী ব্রাথোক্লে। হৈ অশিনবা চারগা য়া, য়ারী ফহনবতা নত্তনা কুচু ফজবসু হেল্লি হায়বিখি। ''মীতৈ-মাইবা'' কৌবা থাগী চেফোঙ ওজানা ফোঙলিঙৈদা ঐনা অঙম্বা খরা খরা ইবা য়াওখি। ফুট নোটকী শরুক্তি ঐঙোন্দা অয়াম্বা শিন্নখি।

মীয়ামগী মীতিনদুনা শেমগদৌরিবা লুপ অদুবু ''কঙ্গ্রেস'' হায়না মিং থোন্ননবা হোৎনবদসু অকনবা শরুক য়াখি।

ওজাগী লৈঙাক্লোনগী ৱাখলদি মণিপুর অসি "বফর" (বফর ষ্টেট) অমা ওইনা লৈবনা ফগনি হায়বসিনি। অদুনা "ইরৈবাক" পাউ-চে ফোঙদুনা অকনবা ঈহৌ অমা পুরকখি। মদুগী মরীদা মী কয়া জেলদা চহী শাংনা মিয়াদ তখি, পাউ-চেগী থবক তোকখি।

ৱাখল লৈবা মী অমবু পুন্সিগী থবক পায়খৎপা য়াদনবা চৈরাক পীবসি চাওখৎপা করিগুম্বা জাতি অমত্তনা তৌনদে। আগ্রাগী হিন্দী পাউ-চে অমগী এডিটরবু জেলদা পীরম্বসি বৃটিশকী মতমদা এডিটর ৩৩ (কন্থ্রাহুমদোই) শুখি। কলিকাতাগী ইংলিস পাউ-চে অমগী এডিটোরিয়েল নোট ফোঙহনখিদে : অদুবু পীকপ্লবা মণিপুর শেমগৎকদবা থবক কয়া ৱাংলিবা অসিদা ৱাখল্লেবা মী অমসুং পাউ-চেবু মখা তাহন্দবসি ঐখোয়তগী অৱাংপনি, অশোয়বনি।

মহাত্মাজীনা হায়বীখি - মী পুম্নমক্না মানা মানা তৌরিবা থবক অদুতনসু লৈবাক্কী থবক তৌবা য়াই। মদুবু ওজাসিনা নোংমা ৱা ঙাংবদা হায়বিখি জাপানগী নহারোল খরনা শান্নরুবদগী হোটেল অমদা চা থকপা চঙলকপদা হোটেলগী নুপী মপু অদুনা "শঙ্গোম ফৎত্রে অমগীদা থকউরো" হায়। নহারোলদুনা ফত্তসনু চা শেমবীরকউ হায়রবদা নুপীদুনা শঙ্গোম অদু মখোয়গী মমাঙমক্তদা হৈদোক্লগা হায়খি - "ঐগী ফত্তবা শঙ্গোম অসি নহারোল নখোয়দা য়োনশিন্দুনা নশা মাঙহনগদবগী শরুক ঐগী শেল মাঙজসনু" হায়খি। অসুম্না লৈবাক মীয়াম্বু নুংশিবা ঙম্বগী থৌনা লৈরবা মী কয়াগী ৱারী তাহন্দুনা মী খুদিংবু মরৈবাক নুংশিহনবা, হকচাং নাদ-য়েক্তনবা তাকপীরম্নবা হোৎনবীরম্বা অতাঙবা ওজানি।

লৈখিদ্রবা ওজাসিবু হৌজিক্তি নুমিত্তা নুংশাদা, লম্বীদা, শান্নবুংদা, স্কুলদা পোলট্রি ফার্মদা, উহৈদা, ঈশিংদা মফম খুদিংদা উদুনা ঙাক্তা লৈরি, করিগুম্বদা কাউবা ঙম্মরোই। ওজাসিগী থৱাইনা ঈংনা চিক্লা তাইবঙ মপুগী নাক্তা লৈহনবীসনু। ❑

# ꯂꯩꯉꯥꯛꯂꯣꯟꯒꯤ ꯄꯨꯟꯁꯤꯗꯥ
# ꯁꯒꯣꯜꯁꯦꯝ ꯏꯟꯗ꯭ꯔꯃꯅꯤ

## লৈঙাক্লোনগী পুন্সিদা শগোলশেম ইন্দ্রমনি

✍ ব্রাইরোকপম মঙ্গল

প্রসিদেন্ট, নেসনেল ইউনিয়ন মণিপুর

লৈবাক্লা ইকায় খুম্নরবা লৈখিদ্রবা ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমনিগী লৈঙাক্লোন পুন্সিগী মরমদা ঐখোয়না লোয়নজরকপদা, ওজানা নেসনেলিষ্ট পোলিটিকেল পার্টি অমা শেম্বা তঙায় ফদে হায়না ১৯৭৪ গী হৌগৎলকপদা ঐখোয়দা কন্না তাকপীরম্মী। দল অসিগী মমিং অসি নেসনেলিষ্ট ইউনিয়ন মণিপুর হায়না থোনবা ফগনি হায়না ওজানা তাকপীখি অমসুং দল অসিগী কনষ্টিট্যুসন অমা ড্রাফট তৌরো হায়না তাকপীবদগী কনষ্টিট্যুসন অসি ১২, মে ১৯৭৪ দা শেম্বা লোয়শিনখি।

লৈবাক্কী অরুবা মতাংদা হেক হেক তান্নজরিবা ইকায় খুম্নজরবা ওজা নোংমৈকাপম নবকিশোরগী মফমদা ওজা ইন্দ্রমনিনা লুচিংদুনা ড্রাফট কনষ্টিট্যুসন নৈনরুই অমসুং দল অসিগী মরমদা খন্নখি। নোংমৈকাপম ওজানা পাউতাক কয়ামুক পীবিরকই।

ওক্টোবর ৬, ১৯৭৪ নোংমাইজিং নুমিত্তা নেসনেল ইউনিয়ন মণিপুর শেমখি অমসুং ওজা শগোলশেম ইন্দ্রমনিনা দল অসিগী এদভাইজর ওইবীদুনা লাকখি লোয়ননা পার্টি অসিবু লুচিংবীরকখি। অদুব ওসিদি লমদম অসি চাওখৎ থৌরাংগী লমদা পীরমগদবা মমল [illegible] লৌহৌবা ফংদনা তাইবঙ মপুগী খুয়াদা চঙখিবা [illegible]য়বসি মণিপুর মচা ঐখোয়গী মাঙজবা নৎত্র ? ❑




৯৯৬

## ওজা ইন্দ্রমনিনা পীবিরম্বা পাউতাকশিং
## ঙসি ফাওবা ঐখোয়গী নাকোংদা নিন্দুনা লৈরী

- মীনা শিবসি অচুম্বা উহৈ অমা পোপ তারকপগুম্বনি, কুইনা লায়কন্নগদবা নত্তে।
- মীওইবগী পুন্সি অসি শুপ্লতগী অমত্তনি, মসিবু খ্বাইদগী নিংথিজবা মওংদা শিজীন্নগদবনি।
- পুন্সিগী শাংখ্রবা খোঙচত্তা অচুম্বতগী ওইবা খোঙথাংতনা পান্দম য়ৌনবা লাক্লগদবনি।
- মণিপুর অসি ইন্দিপেন্দেন্ট বফর ষ্টেট অমা ওইনা লৈবনা ফগনি।
- নোংমগী হৈনবীনা করি মাঙহল্লী, করি শাগৎলি হায়বসি নুংতিগী ওইনা কুপ্না য়েংগদবনি। হৈনবী কয়া অদুতনা মী অমগী লমচৎ শেমথ্রগদবনি, নঙনা থম্লিংলিবা নপুন্সিদগী লাপথোকহনগনি নৎত্রগা নকশিনহনগনি।
- সভাত্যাগী মিংদা চঙশিল্লকইবা লানওং কয়াগী মনুংদা তান্নবা, শীংনবগী যুগ অমা পুরক্লিবা অসিদা মতিক চাদ্রবদি, হৈজদ্রবদি নৌনা কেম্বা মাঙজবা কয়ানো!
- Alcohol is the Plague of Civilisation.
- It is the greatest enemy of religions, morality, Health and prosperity.
- It is the poison that strikes deeply into the roots of personal life, home life, civic life and national life.